My Lord

*Published by :* **Ak. Mirabai Devi**



*By :* **Dr. Ak. Dhiren Meitei**

First Edition : 1st July, 2012
Copies 500

Price:- Rs. 75/-



***Printed at : Kangla Printers, Governor Road Imphal, Manipur***

"মীবু শেম্বীবা ওন্বা Man-Making, ঙাকপিবা ঙন্বা
Forgive, ধর্ম্ম (Dharma) লৈবা মীওইশিংদা
কথোকচবা লাইরিক ”

# Acknowledgement

লাইবিক অসিবু Print তৌনবা অমদি Publish তৌনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং, অচৌবা মতেং পীবিবকখিবা ঐগী নুংশিজরবা মরুপ ওক্রম বুজিৎ সিংহবু থাগৎচরি; লাইবিক অসিবু অফবা, অচুম্বা, চৎনবা য়াবা লাইবিক অমা ওইনা পুথোক্নবা হোৎনবদা Suggestion কয়া পীবিরকখিবা Dr. Ak. Jhalajit Singh বুসু থাগৎচবি।



**Dr. Ak. Dhiren Meitei, Columnist,** অমা ওইবতা নত্তনা **Freelance Writer** অমনি। হৌগৎলক্লিবা লাইরিক কয়া তমখৎলক্লিবা নহারোলশিংগীদমক্তা কান্নবা হেন্না ফবা জ্ঞান পীবা ঙম্বা লাইরিক কয়ামরুম ইথ্রবা মীশক অমনি। মসিদা নত্তনা নহারোলশিংগীদমক্তা তুংগী ওইবা **Life career Excellence** লমদা তাকপিবা তশ্নীবা **Guidance** তৌরিবা মীশক অমনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা চহি ১৭ হেন্না (ইংশোক ১৯৯৫ দগী হৌনা) **Animal welfare and Environment (Under Animal Welfare Board of India and RSPCA London, UK)** লমদা মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক অয়াম্বদা থবক তৌরিবা মীশক অমসুনি।

# PUBLISHER'S VIEW

My Lord (ঐগী ঈশ্বর) হায়না মমিং থোনবা একে. ধীরেন মৈতৈনা ইবা লাইরিক অসিদা ঈশ্বর হায়বদু কনানো হায়বদু তাক্লি। ঈশ্বর হায়বদু ঐখোয়না খংবা ঙমদবা, উবা ঙমদবা হায়বদু ওইদ্রমদ্রে। ঈশ্বর হায়বদু মশক মমিং, মওং মতৌ লৈদুনা হিংদুনা লৈরম্বা মীওই ওইবম্লে হায়বদি মীনা ঈশ্বর ওইবা ওইরম্লে। ইংলিসকি ৱাহৈদা Lord হায়বদি ঈশ্বর হায়বনি। Lord হায়বা ৱাহৈ অসি মী অমগী মমিংগী মমাংদা হেক্তা থম্বা/ফম্বা য়াদে। য়াম্না চাউবা Title অমনি। মসিগী Title অসি হেক শিজিন্নরগদি মী অদু ঈশ্বর হেক্তা ওই। Lord Mahavira, Lord Krsna, Lord Gautam Buddha, Lord Jesus Christ অসিনচিংবনি। মীওইশিং অসিনা ঈশ্বর ওনখিবা ঙাক্তনি। মীওইশিং অসিনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা, Control over nature/control over human nature ঙমদুনা ঈশ্বর Divine nature ওইবনি। অতোপ্পা বাফম অমনা ঈশ্বর হায়বসি কদায়দা লৈবগে হায়বদা থৱায় পানবা মীওই, জিবশিংগী হকচাং মনুংদা লৈ। থৱায় পানবা মীওই, জিবশিংবু সেবা তৌনা ঙম্লগদি ঐখোয়না ঈশ্বর সেবা তৌবা ঙম্মনি, ঈশ্বর নিংবনি হায়না লৌই। ঈশ্বর লৈ/লৈতে হায়বগী খেৎনবা মোং অনি লৈ। থাজবা Faith লৈবনা ঈশ্বর লৈ, Form লৈ হায় অদুগা জ্ঞান Wisdom লৈবা Infinite knowledge, Nature law খংবা মীওইনা ঈশ্বর লৈতে Form লৈতে হায়রি। মালেম সংসার অসিগী ওইবা Nature law পুম্নমক খঙ্ববদা লোইবা নাইবা নত্তে, Infinite ওই। সংসার অসি Natural laws গী মখাদা শেম্মনি, Frame তৌবনি। Nature law গী cause and effect লৈগনি। Soul-related system লৈগনি। সংসার অসিদা খেৎনবা থৱায় পানবা জিব মযাম অমা ঊবিবা লৈরিবা অসি Nature law গী cause and effect কী মতুংইন্নানি। থবক অমা তৌবগী Result মাংবা লৈতে। ঈশ্বর অমা ওইবা ঙম্বসি থাক অমা Step অমা কাখৎপনি, কুমথবা নত্তে। Will power গী শক্তিনা অচুম্বা লম্বীদা track কায়দনা চৎপা ঙমদুনা অৱাংবা থাক্কি ফম্ফম্ Nirvana ফংবা ঙম্মনি। Lord/ঈশ্বর ওইখ্রবা মীওইশিং অসিগী পুন্সি ৱাবি অমদি মখোয়না পীবম্বা পাউতাকশিং অসি ঐখোয়না জ্ঞান তানা লৌশিনবা ঙম্লগদি ঐখোয়গী পুক্নিং ৱাখল লেপ্পা ঙমগনি, ইংবা তপ্পা ঙমগনি, ঐখোয়গী পুন্সি চাওখৎপা, কাখৎপা ঙমগনি অমদি মীযাম্না ইকাই খুম্নবগী ফম্ফম অমা শোইদনা ফংবা ঙমগনি।

Thobungkhok Awang Leikai
Date 1st July, 2012

**Ak. Mirabai Devi**

## PREFACE

"My Lord" (ঐগী ঈশ্বর) হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিদা-ঐখোয়না ঈশ্বর হায়বসি কনানো হায়বা অদু খঙবগী দরকার ওইবদুগী মরমদা ইজবা লাইরিক্তি। মীওইবগী মরক্তা ধর্ম্ম খেৎনবগী মতুংইন্না ঈশ্বরগী মওংমতৌ ফোর্মসু খেৎননা লৈরি। মীওইবগী পুক্লিং ৱাখল খেৎনবগী মতুংইন্না ঐগী-ঐগী থাজবসু (Faith) খেৎনৈ। মীওই কাংলুপ খরনা Christian Faith ওই, অতোপ্পা কাংলুপ খরনা Lord Krsna Faith ওই, খরনা Lord Gautam Buddha Faith ওই, খরনা Lord Mahavira Faith ওই, খরনা (মুসলিমশিংনা) "Allah" Faith ওই। মসিনা তাকপদি ঈশ্বর হায়বসি তোঙান-তোঙানবা মমিং মওংমতৌ ফোর্মদা লৈ। মসিগা চপ মান্নবা খুদম অমদি- ঐখোয়গী হকচাংনা খৌরাংদুনা থক্লিবা পোৎশক অদু "ঈশিং" হায়না কৌই, হিন্দুশিংনা "পানি", ইংলিসমেনশিংনা "ৱাটর" হায়না কৌই। ঈশিংগী লৈফমগী মমিংনা তুরেলগী ঈশিং, পাৎকি ঈশিং, সমুদ্রগী ঈশিং অসিনচিংবনি। মমিংদা খেৎনবা মওং মতৌ ফোর্মদা খেৎনবা ওইরগসু পোৎশক্তি অমখক্তনি। অশেংবা অচুম্বা হায়বদুদি অমখক্তনি। লাইনিংবা ভক্তশিংগীদমক্তদি ঈশ্বর হায়বসি মওং মতৌ ফোর্ম লৈ, অদুগা জ্ঞান wisdom লৈবা মীওইশিংগীদমক্তদি ঈশ্বর হায়বসি মওং মতৌ ফোর্ম লৈতে। তশেংনমক ঈশ্বর হায়বসিদি Infinite-Immortal-Bliss ওইবা মওং মতৌ অমনি। অতোপ্পা অর্থ অমদনা Infinite power শক্তি লৈবা অদুনা Control over nature/control over human nature তৌবা ঙম্বনি। মীওইপোক্লা ঈশ্বরগী থাক য়ৌবা ঙম্বা হায়বদি মীওইবনা ঈশ্বর ওইবা ঙম্বগী Example খরদি Lord Jesus Christ না Salvation ফংবা ঙমখি, Lord Krsna না Mukti ফংবা ঙমখি, Lord Gautam Buddha না Nirvana ফংবা ঙমখি। ঐখোয়না ঈশ্বর ওইবা মখোয়গী পাউতাক লৌদুনা পুকচেল শেংনা মখোয়না চৎলম্বা লম্বীদা চুম্না চৎপা ঙম্লগদি Salvation, Mukti, Nirvana ফংবা ঙমগনি। অরোইবদা লাইরিক অসিবু পাবিরিবা মীওইশিংনা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মীওইবনা ঈশ্বর ওইবা ঙম্বা অমদি মখোয়গী পাউতাকশিং অদু ঐখোয়না লৌশিনবা অমদি প্রাক্টিস তৌবদা কান্নবা খর ফংবা ঙম্লগদি অইবা ঐহাক্লা লাইরিক অসিবু ইজরুবগী মমল হঞ্জিল্লে হায়না লৌজগনি।

Thoubal,
1st July, 2012

D. Ak. Dhiren Meitei

# CONTENTS


| Chapter | Titles | Page |
|---|---|---|
| 1. | লোর্ড মহাভির | ১ |
| 2. | লোর্ড গৌতম বুদ্ধ | ৭ |
| 3. | লোর্ড যিশু খৃষ্ট | ২৫ |
| 4. | লোর্ড রাম | ৬৭ |
| 5. | লোর্ড শ্রীকৃষ্ণ | ৭৩ |
| 6. | লাইশোন-তিনশোন | ৭৯ |
| 7. | লোর্ড সনামহি | ৮০ |
| 8. | অহানবা মৈতৈ নিংথৌ পাখংবা | ৮৮ |
| 9 | Kings of Manipur | ৯৪ |
| 10. | Reference Book | ৯৭ |

## Lord Jesus Says,

**"Will a person gain anything if he wins the whole world but loses his life"**

*(Matt 16:26)*

## The Scripture Says,

**"If your enemy is hungry, feed him;**
**If he is thirsty, give him a drink;**
**For by doing this you will make him burn with shame.**
**Do not let evil defeat you;**
**Instead conquer evil with good"**

*(Romans 12:16-21)*

# Chapter - 1

# LORD MAHAVIRA

# (লোর্ড মহাভির)

যিশু খৃষ্ট পোক্ত্রিঙৈগী চহি ৫৯৯ গী মমাংদা বিহার ষ্টেটকী কোনুং পাটনা সহরগী মনাক্তা লৈবা মফম খুঙ্গং অমদা লোর্ড মহাভির পোকখি। মহাক্কী মপাগী মমিংদি সিধারথা কৌই। মহাক্কী মপা অসি য়াম্না অচৌবা মকোক থোংবা ক্ষেত্রিয় কাংলুপকী লুচিংবা নিংথৌগুম্বনি। মহাক্কী মমা মহারানিগী মমিংনা ত্রিসালা কৌই। অতোপ্পা মমিং অমনা প্রিয়া কাবিনি হায়নসু কৌই। মমা মপানা মহাভিরবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক তম্নবা স্কুলদা থারম্মী। মহাভিরনা স্কুলদা লাইরিক লাইশু তম্বদা থব্রাই কয়া য়াওদবা, লাইরিক্কী মাষ্টর কয়া ওইনিংদবগী মওং মতৌশিং অদু মমা মপানা উরম্মী। স্কুলগী লাইরিক লাইশু তম্বনা অশেংবা পুক্নিং ব্রাখলগী জ্ঞান wisdom অমা পিবা ঙম্লোই হায়বসি মহাভিরগী ব্রাখলদা পোক্লম্মী। গৌতম বুদ্ধগী মওং মতৌগুম্না মহাভিরনা সংসার নেচরগী ওইবা (ব্রার্ল্ডলি) চৎন- লোনচৎ অদু থাদোক্লবা রিনাউন্স তৌনবা হোৎনরম্মী। মহাক্কী চহি ২৮ শুবা ফাওবা মহাক্কী মমা-মপা, মচিন মনাও মচে মচলশিংগা পুন্না লৈমিন্নরম্মী। মদুগী মতুংদা মমা মপা শিখিরম্মী। মমা-মপা লৈত্রবা মতুংদা মহাক্লা সন্যাসা অমা ওইনা পুন্সি লেনবা পাম্লকখি। মহাক্লা সন্যাসা অমা ওইনা পুন্সি লেল্লগে হায়বগী অয়াবা অমা ময়াম্বদা নিজরম্মী। অদুবু ময়াম্বনা মখোয়গী মমা-মপা নৌনা কাইনবগী নুংঙাইতবা লৈরিবনা মনাওনুপা মহাভিরবু মতম

খর ইমুং মনুং পুন্না লৈমিন্ননবা থেমখি। ময়াম্বগী য়াথং মতুংইন্না মহাভিরনা চহি অনি শাংথনা মচিন মনাও পুন্না লৈমিন্নরম্মী। মহাক্কী চহি ৩০ শুরবা মতুংদা মহাক্কী পুক্লিং ব্রাখন্দা সংসাবগী চংনবি নেচর পুম্নমক থাদোক্লগে রিনাউন্স পুরা তৌরগে অমদি মীয়ামগী সেবা তৌরগে হায়না লেপখি। গৌতম বুদ্ধগী মওং মতৌগুম্না মহাক্না মশাগী ওইবা লম্বুম খুদিংমক য়াম্না লায়রবা তোল্ল-তাববা মীওইশিংদা পীথোকখি। মদুগী মতুংদা মহাক্না ময়ুম থাদোকখি। মহাক্কী লৈবাক কিংডম অমদি লৈবাক ঙাক্পগী কাংলোল ব্রায়েল খুদিংমক মহাক্কী ময়াম্বদা শিন্নরমখি। পুম্নমক অসিগী মতুংদা মহাক্না য়াম্না শেংবা সন্যাসা (Sannyasa) অমা ওইনা পুন্সি লেনবা হৌখি। গৌতম বুদ্ধনা নির্ভানগী মঙাল (নিংতম্বা) চহি ৬ চংনা মেডিটেসন তৌরগা ফংখি। মহাভিরনা নিংতম্বা মঙাল ফংবা ঙম্বা অসি চহি ১২ চুপ্পা হোৎনদুনা মেডিটেসন তৌরগা ফংবা ঙমখি। পুন্সিগী মঙাল (wisdom-consciousness) ফংবা ঙম্বা মী অদু মপুংফাবা মী অমা "A Perfect Man" হায়না কৌই।

মহাভিরনা চহি ৩০ চুপ্পা মফম অমদগী মতম অমদা চত্তুনা পুন্সিগী ওইবা পান্দম (a great mission) অমা ওইনা মীয়াম পুম্বদা অচুম্বা জ্ঞান(wisdom) সংসাবগী ওইবা অৱা অনান্দগী ঙাকথোক্লবা পাউতাক কয়া পিখি। মীওইবগী পুন্সিগী ওইবা নুংঙাইবা অনন্দাগী পাউজেলশিং ব্রেষ্ট বেঙ্গল, (বঙ্গলাদেসকী শরুক খর) বিহারগী মফম খুদিংদা শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী ব্রাখল্লোন পাউজেলশিং অদু তশেংনা খংদবা মীওইশিংনা মহাকপু থিনা চৈবা, নুংশি হৈতনা ফুবিবা কয়া তৌরকখি। অসিগুম্বা নাতৈ চাদবা কয়াশিং খাংদুনা মহাক্কী খোংচৎ মিসন অদু হিমালয়ান কিংডম ফাওবা শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী খাংবা কনবা, ইংবা তপ্পা, চিংলেম্বা মগুণ অদুনা থিনা চৈবিবা, ফুবিবা নুংশি হৈতবা খুদোংথিবা কয়াশিং অদুবু জয় তৌবা ঙমখি। মহাভিরনা মহাককী ফেথ অসি শন্দোক্লবগীদমক্তা মহাক্কী তুংইনবা মরক্তগী মকোক থোংবা ভক্তা ১১ খনগৎলম্মী। মোক্ষ লিশিং মরি হেনবনা মহাভিরগী ফেথ অসিদা থৱায় য়াওনা চংলম্মী। মসিদা নত্তনা ইচম চম্বা মীওই কয়া অমসু ফেথ অসিদা য়াওরম্মী। মহাভিরগী থাজবা ফেথ অসিদা জাৎ-বিজাট্রি খাইদে, অৱাংবা-অনেম্বগী থাক খাইদে, কাষ্ট সিসটেম লৈতে। মরম অসিদগী ব্রাহমিন্স, নন্-ব্রাহমিন্স কয়া ফেথ অসিদা য়াওরম্মী।

## Chapter - 1

# LORD MAHAVIRA
# (লোর্ড মহাভির)

যিশু খৃষ্ট পোক্লিংগী চহি ৫৯৯ গী মমাংদা বিহার ষ্টেটকী কোনুং পাটনা সহবগী মনাক্তা লৈবা মফম খুঙ্গং অমদা লোর্ড মহাভির পোকখি। মহাক্কী মপাগী মমিংদি সিধারথা কৌই। মহাক্কী মপা অসি য়াম্না অচৌবা মকোক থোংবা ক্ষেত্রিয কাংলুপকী লুচিংবা নিংথৌগুম্বনি। মহাক্কী মমা মহাবানিগী মমিংনা ত্রিসালা কৌই। অতোপ্পা মমিং অমনা প্রিয়া কারিনি হায়নসু কৌই। মমা মপানা মহাভিববু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইবিক তম্বা স্কুলদা থারম্মী। মহাভিরনা স্কুলদা লাইবিক লাইশু তম্বদা থৱাই কয়া য়াওদবা, লাইরিক্কী মাষ্টর কয়া ওইনিংদবগী মওং মতৌশিং অদু মমা মপানা উরম্মী। স্কুলগী লাইরিক লাইশু তম্বনা অশেংবা পুক্লিং ৱাখলগী জ্ঞান wisdom অমা পিবা ঙম্লোই হায়বসি মহাভিরগী ৱাখলদা পোক্লম্মী। গৌতম বুদ্ধগী মওং মতৌগুম্না মহাভিবনা সংসার নেচরগী ওইবা (ৱার্ল্ডলি) চৎনব- লোনচৎ অদু থাদোক্লবা রিনাউন্স তৌনবা হোৎনবম্মী। মহাক্কী চহি ২৮ শুবা ফাওবা মহাক্কী মমা-মপা, মচিন মনাও মচে মচলশিংগা পুন্না লৈমিন্নরম্মী। মদুগী মতুংদা মমা মপা শিখিরম্মী। মমা-মপা লৈত্রবা মতুংদা মহাক্লা সন্যাসা অমা ওইনা পুন্সি লেনবা পাম্লকখি। মহাক্লা সন্যাসা অমা ওইনা পুন্সি লেল্লগে হায়বগী অয়াবা অমা ময়াম্বদা নিজবম্মী। অদুবু ময়াম্বনা মখোয়গী মমা-মপা নৌনা কাইনবগী নুংঙাইতবা লৈরিবনা মনাওনুপা মহাভিরবু মতম

খব ইমুং মনুং পুন্না লৈমিন্ননবা থেমখি। ময়াম্বগী য়াথং মতুংইন্না মহাভিরনা চহি অনি শাংথনা মচিন মনাও পুন্না লৈমিন্নরম্মী। মহাক্কী চহি ৩০ শুরবা মতুংদা মহাক্কী পুক্লিং ব্রাখন্দা সংসাবগী চৎনবি নেচর পুম্নমক থাদোক্লগে রিনাউব্স পুরা তৌরগে অমদি মীয়ামগী সেবা তৌরগে হায়না লেপখি। গৌতম বুদ্ধগী মওং মতৌগুম্না মহাক্না মশাগী ওইবা লম্বুম খুদিংমক য়াম্না লায়রবা তোম্ল-তারবা মাওইশিংদা পীথোকখি। মদুগী মতুংদা মহাক্না ময়ুম থাদোকখি। মহাক্কী লৈবাক কিংডম অমদি লৈবাক ঙাক্পগী কাংলোল ব্রায়েল খুদিংমক মহাক্কী ময়াম্বদা শিন্নবমখি। পুম্নমক অসিগী মতুংদা মহাক্না য়াম্না শেংবা সন্যাসা (Sannyasa) অমা ওইনা পুন্সি লেনবা হৌখি। গৌতম বুদ্ধনা নির্ভানগী মঙাল (নিংতম্বা) চহি ৬ চংনা মেডিটেসন তৌবগা ফংখি। মহাভিরনা নিংতম্বা মঙাল ফংবা ঙম্বা অসি চহি ১২ চুপ্পা হোৎনদুনা মেডিটেসন তৌরগা ফংবা ঙমখি। পুন্সিগী মঙাল (wisdom-consciousness) ফংবা ঙম্বা মী অদু মপুংফাবা মী অমা "A Perfect Man" হায়না কৌই।

মহাভিরনা চহি ৩০ চুপ্পা মফম অমদগী মতম অমদা চত্তুনা পুন্সিগী ওইবা পান্দম (a great mission) অমা ওইনা মীয়াম পুম্বদা অচুম্বা জ্ঞান(wisdom) সংসারগী ওইবা অন্না অনাদগী ঙাকথোক্লবা পাউতাক কয়া পিখি। মীওইবগী পুন্সিগী ওইবা নুংঙাইবা অনন্দাগী পাউজেলশিং ব্রেষ্ট বেঙ্গল, (বঙ্গলাদেসকী শরক খব) বিহারগী মফম খুদিংদা শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী ব্রাখল্লোন পাউজেলশিং অদু তশেংনা খংদবা মীওইশিংনা মহাকপু থিনা চৈবা, নুংশি হৈতনা ফুবিবা কয়া তৌরকখি। অসিগুম্বা নাতৈ চাদবা কয়াশিং খাংদুনা মহাক্কী খোংচৎ মিসন অদু হিমালয়ান কিংডম ফাওবা শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী খাংবা কনবা, ইংবা তপ্পা, চিংলেম্না মগুণ অদুনা থিনা চৈবিবা, ফুবিবা নুংশি হৈতবা খুদোংথিবা কয়াশিং অদুবু জয় তৌবা ঙমখি। মহাভিরনা মহাককী ফেথ অসি শন্দোক্লবগীদমক্তা মহাক্কী তুংইনবা মরক্তগী মকোক থোংবা ভক্তা ১১ খনগৎলম্মী। মোক্ষ লিশিং মরি হেনবনা মহাভিরগী ফেথ অসিদা থব্রায় য়াওনা চংলম্মী। মসিদা নত্তনা ইচম চম্বা মীওই কয়া অমসু ফেথ অসিদা য়াওরম্মী। মহাভিরগী থাজবা ফেথ অসিদা জাৎ-বিজাত্তি খাইদে, অব্রাংবা-অনেম্বগী থাক খাইদে, কাষ্ট সিসটেম লৈতে। মরম অসিদগী ব্রাহমিন্স, নন্-ব্রাহমিন্স কয়া ফেথ অসিদা য়াওরম্মী।

মহাক্কী থাজবা ফেথ অসি পাক-শন্না লৈবাক কয়া শন্দোকখি। মমৈথংদা মহাক্কী থাজবা ফেথ অসিবু মীয়াম্না জৈন ধর্ম্ম (জৈনিজম) Jainism হায়না খঙনখি। যিশু খৃষ্টকী চহি মমাং ৫২৬তা ডিৱালি নুমিত্তা মাগী চহি ৭২ শুৱা মতমদা পাভাপুবি (বিহাব) কৌবা খুঙ্গংদা Lord Mahavira তাইবংপান থাদোকখি।

জৈন ধর্ম শন্দোক্লবা হোৎনবদা মীওই কয়ানা মহাভিরবু নোক্লবা মতমদা মহাক্লা তুমিন্না লৈ। করিমত্তা অৱায় অখুম তৌনদে। মসিদসু নত্তনা মহাকপু ফুবিবা ইকাইবা পীবা, তান্থোকপা, চংলক্কনু হায়বা অকনবা ৱাহৈশিং তারগসু অৱায় অখুম তৌনদনা তুমিন্না self conquest তৌখি। মহাক্লা উমং চীংশাং পরেংদা পুক্লিং ৱাখল লাকশিন্নবা আত্মা জ্ঞান ফংনবা ধ্যান (মেডিটেসন) তৌরিঙৈ মতমদসু নাতৈ চাদবা মীওই খব লাক্লগা মহাকপু ফুবিবসু তৌরম্মী। মসিদসু মহাক্লা তুমিন্না লৈরম্মী। মসিদসু নত্তনা ফত্তবা মীওই খরনা মহাভিরগী থাজবা ফেথ অসি অরানবা ফত্তবা অমনি হায়না মীয়ামদা শন্দোক্লম্মী। মসিদসু মহাক্লা তুমিন্না লৈরম্মী। মহাক্কী থাজবা ফেথ অসি মীয়াম্না ফংনবা হোৎনবদা পুন্সিগী ওইবা অচৌবা খুদোংথিবা কয়া মাইযোক্লরবা মতুংদা মায় পাকপা জয় ওইবা অমা ওইখি। পুম্নমকপু জয় তৌবা ঙম্মী হায়দুনা মহাভির (Mahavira) হায়না কৌই। মমৈথংদা মহাকপু মীয়াম্না লোর্ড মহাভিরা হায়না কৌনখি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদদি মহাক্কী মমিং ভিরা কৌই। তশেংনমক মহাভিরনা মীওইবগী হ্যুমেন নেচরগী ওইবা অপাম্বা পুম্নমক জয় তৌবা কন্ট্রোল তৌবা ঙম্মী। মহাক্লা সেন্স ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা খুদিংমক খুদুম চনবা ঙম্মী। মদুতা নত্তনা ফত্তবা লমচৎ শাজৎ, ফত্তবা ওক্তবগী থবক খুদিংমক তৌদবা ঙম্মী। তশেংনমক মহাক্কী পুন্সি অসি যাম্না শক্তি লৈবা, শান্তি লৈবা, মপুং ফাবা, মাই পাকপা, অহিংসাগী শক্তি লৈবা অচৌবা মী অমনি। মহাক্কী পুন্সি যাম্না নুংশিনিংঙাই ওই। মহাক্কী তুংইনবশিংনা মহাক্কী পাউতাক পাউজেলশিং অদু লাপ্ল- লাপ্লবা মফম কয়াদা শন্দোকখি। মদুদগী জৈন যোগি মোক্ষ ওইবা মীয়াম অমা তপ্ন-তপ্না লাকখি।

ঙসিগী সমাজ অসিদা জৈন ধর্ম্মগী পাউতাকশিং অসি য়াম্না দরকার ওইরি। ধর্ম্মগী পাউতাক জ্ঞান য়াওদ্রগদি লৈবাক অমা শান্তি ওইনা পানবা ঙমদে। খুদোং থিবা কয়া থেংনরগসু লোর্ড মহাভিরনা তৌখিবা অহিংসাগী থবকশিংনা মীওইবনা হিংবা পুন্সিদা অহিংসাগী মগুণ অমা হাপ্লি। মহাভিরনা হায়, **“সংসার**

**অসিদা লৈরিবা থব্রায় পানবা জিব খুদিংমক ঐহাক্তা চপ্ মান্নে। মরম অসিনা জিব খুদিংমক্তনা নুংশিবা উৎকদবনি, মখোয়বু মাংহন তাকহনবা তৌরোইদবনি। অসুম্না তৌরগদি অহিংসাগী লম্বীদা চৎপা ঙমগনি।"** অহিংসাগী পোজিটিভ ওইবা ব্রাখল্লোন্দি ঐখোয় অমত্তনি, মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংগদবনি, মীওই খুদিংমক অমত্তা ওইবগী ব্রাখল্লোন লৈরগদি ঐখোয়না অমনা অমবু মাং-তাকহনবগী থবক অমত্তা তৌবা ঙন্নোই। অমত্তা ওইবগী নুংশিনবা, মীওইবগী পুন্সি ইকাই খুম্নবা, অমত্তা ওইবগী ব্রাখল, অমত্তা ওইবগী ব্রাঙাং, অমত্তা ওইবগী থবক থৌরমশিং পাংথোকপা লৈরগদি মী খুদিংমক অহিংসাগী লম্বীদা চৎপা ঙমগনি। অহিংসা হায়বগী অর্থদি মী অমগা অমগা নুংশি চান্নবা শান্তি লৈনা হিংমিন্নবা অদুনি। মসিদা মীওইবনা কথোকপা হায়বা অমা চংঙি। কথোকপা ঙম্বা অদুবু অচুম্বা (ট্রু) অহিংসানি। ঐনা ঐগী পুন্সি নুংশিবগুম্না অতোপ্পা মীগী পুন্সিসু নুংশিবা ঙম্বনি। অহিংসাদা মীবু ফৈ/ফত্তে হায়বগী ক্রিটিসিজম (Criticism) লৈতে। মীবু লাল্লি/চুম্মী হায়বগী জজ্মেন্ট বিচার তৌবা য়াদে। মদুগী মহুত্তা ঐ ইশাগী অবানবা অদুতা খংবা তাই, চুমথোকপা তাই। অহিংসাদা য়েৎনবা খৎনবা অরানবা লৈতে। অহিংসা হায়বসিদি সেবা তৌবনি, শক্তিনি অচুম্বনি পাঙ্গল থৌনা লৈবনি। লন্থুম খুদিংমক মীয়ামগীনি, ঐগীনি হায়বা লৈতে। লন্থুম খুদিংমক ঐগীদা লৈবগসু মদুনা মীয়ামগী কান্ননবা সেবা তৌবনি। লন্থুম নত্রগা শেন্থুম কথোকপা খুদিংমক মীয়ামগী কান্ননবা ওইবনি। অহিংসাদা মীয়ামগী সেবা তৌবা নত্রগা করিগুম্বা খর দাল তৌবদা নাপল কাদে। সংসারগী ওইবা পোৎশক খুদিংমক ঐগীনি ইশাগীনি হায়বা অদু খুদিংমক থাদোকপা ঙম্বনি। **অহিংসাদা ঐগীনি ইশাগীনি হায়বা, Subjective ওইবা অদু থাদোকপা ঙম্বা অদুনি। ইশাগী ওইবা অদু কথোকপনি।**

ধর্ম্ম পুম্নমক্কি য়ুম্ফমদি অহিংসানি। ধর্ম্ম খুদিংমক্না মীওইবগী মীনুংশি হায়বদু তাকপি তম্বী। মীনুংশি লৈবগী শক্তি, শান্তি লৈবগী শক্তি ধর্ম্ম চেনবা মীওইশিংদা লৈ। মীওইবগী মরক্তা নুংশিনদবা হায়বা অমা লাক্লিবা অসি মীওইবগী মরক্তা জাৎ-বিজাৎ, কাংলুপ কাংলুপ খাইদোকপা অসিনা অচৌবা মরম অমাওইহল্লি। মীওইবগী মরক্তা অমগা অমগা কাংলুপ ডিভিজন য়াম্না খাইদোক্লিবা অসিনা

অমগা অমগা খৎন-চৈনবগী মচাক ওইহল্লি। কাংলুপ অমনা চাওখৎলি অদুগা অতোপ্পা কাংলুপ অমনা শোংথৈ হায়বনচিংবগী মান্নদবা ব্রাফম কয়া অমসু লাকই। মীওইবগী মরক্তা খৎনবা-য়েংথিনবনা চাওখৎপগী সিভিলাইজেসন অমা পুরকপা ঙমদে। অচৌবা কাংলুপ অমনা অতোপ্পা কাংলুপ মচা অমবু নমথবগী খুদুম চনবগী ব্রাফম অহিংসাদা লৈতে। মী অমনা অতোনবা পাঙ্গল শোনবা মী অমবু মিনাই ওইনা শিজিন্নবা অহিংসাদা য়াওদে। মিনাই ওইনা নমদুনা শিজিন্নবা অদু হিংসা তৌবনি। অহিংসাগী লম্বীদা মোরেল ডিসসিপ্লিন, মেডিটেসন প্রাক্তিস নুমিৎ খুদিংগী দরকার ওই।

লোর্ড মহাভিরনা হায়রম্বা য়াম্না মরুওইবা ব্রাহৈ পরেং খর লৈ মদুদি - **"নহাক্কী নশাদগী নুংশিবা মরুপ মপাং পুথোকউ (হোলি ওইবা মরুপ মপাং তিন্নৌ লোইনৌ হায়বনি), নহাক্কী নশাদগী য়েক্লবা মরুপ মপাং পুথোক্কনু (ফত্তবা লমচৎ চুমদবা Unethical ওইবা মীওই তিন্ন লোইনগনু হায়বনি) য়েক্লবা ওইবা খুদিংমক ঐগী ইশাদগী পুথোকখিবা ঙাক্তনি। ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক নুংঙাইবা থিবা ঙাক্তনি। নহাক্না মীবু নুংঙাইহল্লগদি নহাকসু চপ মান্ননা নুংঙাইবা ফংগনি। নহাক্না মীবু নুংশিরগদি, চাল্লগদি, bless তৌরগদি মীনসু নহাকপু নুংশিগনি, চানগনি blessed তৌগনি। নহাক্না মীবু অব্রাবা পীরগদি মীনসু নহাকপু অব্রাবা পীগনি। মসি সংসারগী ওইবা অচুম্বা** Natural law **নি। মরম অসিনা নুমিৎ খুদিংগী ওইবা পুন্সিদা অহিংসাগী প্রাক্তিস তৌরগদি মালেম সংসার অসিদা মীওইবগী মীনুংশি হায়বদু শোইদনা থম্বা ঙমগনি।"**

- - - - -

# Chapter - 2

# LORD GAUTAM BUDDHA

# (লোর্ড গৌতম বুদ্ধ)

যিশু খৃষ্টকী চহি ৫০০ বোমগী মমাংদা লোর্ড গৌতম বুদ্ধ বিহাবগী মফম কাপিলাভাসটু কৌবা খুঙ্গংদা পোকখি। মহাক্কী মপা নিংথৌগী মমিংনা সুধোডনা কৌই। মমা মহারানিগী মমিংনা মায়াদেবী কৌই। গৌতম বুদ্ধ অঙাং ওইবিঙৈগী মমিংনা সিধাবথা কৌই। সিধারথা পূর্ণিমা নুমিত্তা পোকখিবা মবম্লা মপা নিংথৌনা মুণি ঋষি অমা কৌদুনা য়েংঙনহল্লম্মী। সিধাবথাগী অঙাং ওইবগী শক্তম অদু উবদা মুণি ঋষি অদুনা অঙাং অদুগী তুংদা লাক্কদবা অঙকপা অচুম্বা খব হাযবকখি, **"ঙসিগী পোক্লিবা অঙাং অসিনা সংসারগী ওইবা অৱা অনা কয়াশিংদগী ঙাকথোক্লবা অচৌবা মঙাল অমা মীওইবদা শোয়দনা পীগনি। অঙাং অসিদা শান্তিগী ওইবা, মীনুংশিগী ওইবা, শক্তিগী ওইবা পোৎশক অমা য়াওরি।"** মুণি ঋষি অদুনা নিংথৌদা অমুকসু মখা তানা হায়রকখি, **"নহাক্কী পোক্লিবা অঙাং অসিনা নোংমদি শোয়দনা মায়া সংসারগী চৎনবি পুম্নমক থাদোক্কনি, কল্লক মীহৌবা, অপাম-নুংশি, অমদি লৈবাক ঙাকপগী ওইবা নিংথৌগী সাসন খুদিংমক থাদোক্কনি।"** মুণি ঋষিনা হায়বা ৱাহৈশিং অদু তাবদা নিংথৌ অদু য়াম্না নুংঙাইরমদে। মপা নিংথৌনা মচানুপা সিধারথাবু নিংথৌ ওইনা হাপ্পুনা লৈবাক ঙাকপা পাম্লম্মী। মুণি ঋষিনা হাযবা খুদিংমক থোক্তনবা মপা নিংথৌনা

সিধারথাবু অঙাং ওইরিঙৈদা লুহোংথোকপিরম্মী। নিংথৌগী সনাকোনুংদগী সিধারথা মপালদা থোকখিদনবা জেলদা থম্বদৌনা লৈহল্লম্মী। নুংঙাইবা খুদিংমক্তি সনাকোনুংগী মনুংদা ফংহল্লম্মী। সিধারথা সনাকোনুংদা চহি কয়া লৈখি।

মুণি ঋষিনা সিধারথাগী পুন্সিদা ওইরক্কদবা অঙকপশিং অদু মথং মথং থোকপা হৌরক্লে। সিধারথানা সংসারগী চৎনরিবা পুম্নমক সনাকোনুংদগী মপাল থোক্কুনা য়েংবা পাম্লকখি। সনাকোনুংদগী মপাল থোক্কুনা মায়া সংসারগী ওইবা অঙকপশিং অদু য়েংবগী অয়াবসু মপা নিংথৌনা মচাদা পীখি। নিংথৌগী মনাই মশেন্না নিংথৌ মচা সিধারথানা চৎকদবা লম্বীশিং অদু নিংথিনা ফজনা শেম শাখি। নিংথৌগী মচানা য়েংগদবা সহর অদুসু নিংথিজনা চাহোং ঙাহোংবদৌনা, হরাও কুম্মৈ অমা তৌবগুম্না লৈতেংখি। নিংথৌ মচা প্রিন্স সিধারথা হরাও কুম্মৈগুম্না লৈতেংলবা দোলাইদা তোংদুনা হরাও কুম্মৈগুম্না লৈতেংলবা সহব অদু য়েংনবা লম্বীদা খোংশানবা হৌরক্লে। মহাক্না লম্বীদা লাকপদা অহল ওইরবা মখ্বাং কোল্লবা হনুবা নুপা অমা লম্বীদা চৎপা থেংনরম্মী। মখ্বাং কোল্লবা হনুবা নুপা অদু উবদা মহাক্কী পুক্লিং ৱাখন্দা অঙকপা অমা ফাওরম্মী। মসিদা মহাক্না য়াম্না খঙনিংবা অমা ফাওখি। মসিগী মতুংদা লম্বীদা লাকপদা অমুকসু আইয়ো নাহেরবা লায়না নারবা মী অমা লম্বীগী মতাইদা ফমদুনা লৈবা থেংনরম্মী। মদু উবদসু মহাক্না অঙকপা অমদি য়াম্না খংনিংবা অমা মপুক্লিংদা ফাওখি। ঙাইহাক লম্বীদা পোত্থারবা মতুংদা সহরদা তপ্না অমুক খোংশানখি। মীওই খরনা লম্বীদা কপ্লগা লৈবম্বা অমদি অশিবা মী অমা পুরক্কুনা মৈ থানবগী শেম-শাবা অমা লম্বীগী মতাইদা উরম্মী। মসি উবদা সিধারথা হেন্না অঙকপা অমা ওইরে। পুম্নমক অসি করম হায়না থোক্লিবনো হায়না সিধারথানা মহাক্কী মনাইদা হংলকখি। মদুদা মহাক্কী মনাইনা খুম্লক্লম্মী, **"সিধারথা, নহাক্কী নমিৎনা উরিবা থৌদোক খুদিংমক অসি মীওইবগী পুন্সিদা থোকপা থৌদোক ঙাক্তনি। মীওইবা ঐখোয় খুদিংমক্না অসিগুম্বা অৱা অনাশিং অসি শোইদনা থেংনগনি।"** মনাইগী ৱাহৈ তাবদা সিধারথা ৱাখল মুন্না খনবা হৌখি। মীওইবগী নুংঙাইবনা করিনো? মীওইবগী অৱাবনা করিনো? হায়বা অনি অসিগী মরমদা যাম্না মুন্না ৱাখল খনখি। মায়া সংসারগী চৎনবি অসিদি

অৱা- অনানা পিক থল্লী, অফা অপুন লৈ। মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা অৱা অনা, অফা-অপুনশিংদগী নান্থোক্লবা পান্বে করি লৈবগে হায়বনচিংবগী মবমদা থিবা হৌরকখি। মতম খর সনাকোনুংদা লৈববগী মতুংদা নোংমা কোইথোকপগী মতমদা সৈন্যাস ওইবা মী অমা লম্বীদা সিধারথানা থেংনবম্মী। মহাক্না মহাক্কী মনাইদা সৈন্যাসি ওইবা মী অদুগী মরমদা হংখি। মদুদা মনাইনা খুমখি, **“সৈন্যাসি ওইবা মী হায়বসিদি তাইবংপানগী, মায়াগী ওইবা চৎনবি য়ুম্বাল-কৈবালবা পুম্নমক থাদোক্লবনি। তাইবংপানগী ওইবা অৱা-অনা খুদিংমক সৈন্যাসি ওইবা অমদা চংদে। তাইবংপানগী, য়ুম্বাল-কৈবানবগী অফা অপুন খুদিংমক সৈন্যাসি অমদা চংদে। তাইবংপান চৎনবিদগী নিংতম্লবনি।”** মনাইগী ৱাহৈশিং অসি তাববা মতুংদা সিধারথানা ৱাখল মুন্না খন্দুনা মেডিটেসন তৌখি। মহাক্না উখিবা অহল ওইবা মী, লায়না নারবা মী অমদি অশিবা মী উবগী অঙকপা ওইখিবা অদু যাম্না অঙকপা অরুবা অমদি ওইখি। মহাক্না য়াম্না লুনা লৌরিবা অদুদি মীওইবগী মপোক্তা থেংনরিবা অৱা অনা অসি করম্না কোক্কদগে, মীওইবগী পুন্সিদা থোক্লিবা অৱাবগী থৌদোক-ৱাথোক অসি করম্না থোকহল্লোইদগে, অৱা-অনা থেংনদনা মনিংতম্বা পুন্সি অমা করম্না ওইগদগে, মীওইবগী অচুম্বা পুন্সিগী পন্থুংনা করিনো হায়বসিগী মরমদা ধ্যান তৌদুনা খঙনবা হোৎনরকখি।

সিধারথা মতম খর সনা কোনুংদা হল্লক্লুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা মহাক্কী নুপী য়াসোধরাগী মচানুপা অমা ফংখি। মচানুপাগী মমিং বাহুল্ হায়না কৌখি। মচানুপা অমা ফংবগী নুংঙাইবগী মহুত্তা সিধারথানা মীওই পোকপগী নুংঙাইবা, অমুক অশিবগী নুংঙাইতবা, থৱায পানবা জিবশিংনা সংসাব অসিদা থেংনবিবা অৱা নুংঙাইবদগী করম্না মনিংতম্বা ফংগদগে হায়বা মুন্না খনখি। মহাক্না ইমুং মনুংগী অৱা নুংঙাই অফা-অপুন, মীওইবগী চৎনবি (সোসিয়েল লাইফ) মায়াগী ওইবা পুন্সি থাদোক্লুনা মীওইবগী অচুম্বা পন্থুং অদু থিবা হৌখি। মহাক্কী লেপ্পবা ৱাখল অদু থবক ওইনা অরোইবা ওইনা পাংথোক্লবগীদমক নোংমা অহিং অমদা মায়া ৱার্ল্ডগী ওইবা চৎনবি, সোসিয়েল লাইফ পুৱা থাদোক্লুনা মোক্ষ অমা ওইবা ঙমখি। মহাক্না বুদ্ধগায়া কৌবা মফমদা লাকখি। মহাক্না খোংনাং পাম্বী (বোট্রি) অমগী মখাদা জ্ঞান্নি মঙাল অদু ফংদ্রিবা ফাওবা ৱাশকপগা লোয়ননা

লেপ্পা লৈতনা চহি ৬ মেডিটেসন তৌখি। মদুগী মতুংদা মহাক্না ফংনবা হোৎরিবা জ্ঞান মঙাল **"নির্ভন"** অদু ফংবা ঙমখি, বুদ্ধিসাত্তভা অমা ওইবা ঙমখি। মদুদগী মহাক্কী লাইনিং-লাইশোন অদু মীয়ামদা শন্দোক্নবা হোৎনবা হৌখি। মহাক্কী মমিং সিধারথাগী মহুত্তা **গৌতম বুদ্ধ** হায়না মীয়াম্না খঙনবা হৌখি। মহাক্কী অহানবা লাইনিং লাইশোন হৌবা অসি ভারানাসিগী মফম সারনাথ কৌবা মফমদা ওইখি। মহাক্কী পুন্সিগী ওইবা পান্দম, পন্থুং অমা ওইনা মহাক্কী লাইনিং লাইশোন Doctrine অদু চহি ৪৫ চুপ্পা হিমালায়ন কিংদম অমদি এসিয়াগী লৈবাক অয়াম্বদা শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী লাইনিং লাইশোন মপুং ফানবা, মওং তানা শিল্লাংবা ঙম্নবগীদমক্তা মোঙ্ক ওডর (Bhikshus) অমা য়াম্না চাওনা সভা অমা শেমখি। অচৌবা মোঙ্ক ওডর অমা শেন্নন্নবা মতুংদা মশাগী চহি ৮০ শুবা মতমদা কুশিনারা কৌবা মফমদা পুর্ণিমা নুমিৎকী অহিংদা তাইবংপাল থাদোকখি। **য়াম্না অঙকপা অমনা গৌতম বুদ্ধ পোকপা নুমিৎ পুর্ণিমা ওইখি, মঙাল নির্ভান ফংবসু পুর্ণিমা ওইখি অদুগা মহাক্না তাইবংপাল থাদোকপসু পুর্ণিমা নুমিত্তা ওইখি। লোর্ড গৌতম বুদ্ধ পুর্ণিমা নুমিৎ অহুম্না মঙ্গোল শীবা মীশক্নি।** গৌতম বুদ্ধনা মীওইবগী পুন্সিদা অচৌবা মঙাল অমা পিরি। মহাক্কী লাইনিং লাইশোনগী মঙাল এসিয়া লৈবাকশিংদা শীবতা নত্তনা পৃথিবীগী লৈবাক শিনবা থুংনা মঙাল শীবি। মহাক্না তাকপিরম্বা স্পিরিচুয়েলগী ওইবা নিয়মশিং অমদি মীনুংশিগী ওইবা ধর্ম্ম অসি য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইরি। গৌতম বুদ্ধগী পুন্সি অমদি মহাক্না তাকপিবম্বা পাউতাকশিং অসিনা মীওই মিলিয়ন মিলিয়ন কয়াগী পুন্সিদা থরায় সোলগী ওইবা কান্নবা জ্ঞান পিরি।

- - - - -

## গৌতম বুদ্ধনা তাকপিরম্বা নির্ভান ফংনবগী লম্বী মঙাঃ

**অহানবদা ঃ**

সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক অহোংবা নাই। খুদম অমা হায়রগদি মীওইবনা নহা ওইরম্বদগী চহি ৫০/৬০ শুজিল্লক্তুনা অহল ওইশিল্লকই। নহা ওইরিঙৈদা তৌবা ঙম্বা থবক কয়ামরুম অহল ওইশিল্লক্লবা মতমদা তৌখিবা থবকশিং অদু হেক্তা তৌবা ঙমদে। নহা ওইরিঙৈ পাঙ্গল কল্লিঙৈদা অফ- ফত্ত থবক অনিমক তৌবা ঙম্মী। নহা ওইরিঙৈদা ফত্তবা থবক কয়া তৌখিবগী মহৈ অদু অহল ওইরক্লবা মতমদা অদুগী ফত্তবা ফল্ মিংচৎ অদু ফংঙি। মবম অসিনা অহোংবা নাইবা সংসার অসিদা ঐখোয় মীওইবনা মুন্না ব্রাখল খন্থরগা মেডিটেসন তৌরগদি নহা ওইরিঙৈদা তৌবা ঙম্বা ফত্তবা থবকশিং, নাপল কাবশিং অদু হন্থহনবা ঙম্মী নত্ত্রগা তৌদবা ঙম্মী।

**অনিশুবদা ঃ**

ঐখোয় মীওইবগী হকচাং অসি লায়না অমনা হেক্তা নাবা য়াই। মীওইবা খুদিংমক লায়না অমা নারগা শিবা ঙাক্তনি। লায়না অমনা হকচাং কয়াৎ অমদা হেক্তা লান্দাবকই। মতমগী মতুংইন্না অহোংবা নাইবা, শাফবা হকচাং মতমগী মতুংইন্না শিথরকপা নাইবা ওইবনিনা ঐখোয় মীওইবনা ব্রাখল খন্থরগা মেডিটেসন তৌরগদি হকচাং ফরিঙৈদা ফত্তবা থবকশিং তৌবা, হকচাং ফবগী নাপল হন্থহনবা ঙম্মী নত্ত্রগা থিংবা ঙম্মী।

**অহুমশুবদা ঃ**

মীওইবনা পোক্লগদি শিবা হায়বদু শুকশোয শোইদ্রবনিনা ঐখোয মীওইবনা মুন্না ব্রাখল খল্লগা মেডিটেসন তৌরগদি হিংলিঙৈগী পুন্সিদা ঐদি তৌবা ঙম্মী হায়দুনা মাংন-তাক্লবা শিনবা মী হাৎপা, অমগা অমগা খৎন-চৈননবা শিনবা, থৌদোক-ব্রাথোক, ইরাং তুরাং শাগৎহন্নবগী তৌবা ঙম্বা নাপল অদু হন্থহনবা ঙম্মী নত্ত্রগা থিংবা ঙম্মী। মসিগী অর্থদি পুন্সি হায়বসি শান্তিদা চত্থগদবনি। ইরাং তুরাং শাগৎকনু। চফু কায়রগা ক্বাক্লা হরাওই হায়বা

থৌদোক-ৱাথোক শাগৎহনগনু। থবক খুদিংমক খন্থরগা ইংনা তপ্না লোইশিনবা য়াবা ঙাক্তনি।

**মরিশুবদা ঃ**

সংসারসিদা ঐগীনি হায়বা পোৎশক খুদিংমক অহোংবা নাই হায়বদি ঐগী ওইবা পোৎশক অদু ঐঙোন্দগী খাইদোকখি নত্ত্রগা পুরা মাংখিবা য়াওই। মসিগী অর্থদি ঐগী ওইরম্বা অদু ঐগী ওইরক্তে। মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবনা ৱাখল মুন্না খল্লগা মেডিটেসন তৌরগদি ঐখোয়না কাহেন্না মরম চাদনা লন্থুম তানশিনবা খোপচিনবগী অপান্বা অদু হন্থহনবা ঙম্মী নত্ত্রগা থিংবা ঙম্মী।

মসিদা খঙবা য়াবা অমদি ঐখোয়না লন্থুম ময়াম অমা তানশিল্লুববা মতুংদা অরোইবদা লন্থুম অদু তপ্না তপ্না অমুক চখোকখি। লন্থুম তপ্না তপ্না মাংথরকপা অসিদা ঐখোয় মীওইবগী ৱাখন্দা নুংঙাইতবা পোকই।

**মঙাশুবদা ঃ**

সংসাবসিদা ঐনা তৌকুবা অফবা ওইবো, ফত্তবা ওইরো, মদুগী মহৈ অদু ঐনা শোযদনা ফংগনি। ফত্তবা চুমদবা থবকশিং তৌকুবগদি ফত্তবগী মহৈ ফংগনি। মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবনা ৱাখল মুন্না খন্থরগা মেডিটেসন তৌরগদি ফত্তবা ৱাখল, ফত্তবা ৱাহৈ, ফত্তবা থবক তৌবগী চাং হন্থহনবা ঙম্মী নত্ত্রগা থিংবা ঙম্মী। মসিনা তাকপদি অফবা থবক, অচুম্বা থবক খংদোক্লুনা তৌবা ফৈ। গৌতম বুদ্ধগী পাউতাক মঙা অসি ঐখোয় মীওইবনা প্রাক্টিস তৌরগদি ঐখোয়গী ফত্তবা নাপল, কাহেনবা অপান্বা অদু থাদোক্লুনা অচুম্বা লম্বীদা চংদুনা নির্ভান ফংবা ঙমগনি। (Sermons and Saying of Buddha, Mumbai: Chetana P. 49-50)

## পুক্লিং ৱাখলগী জ্ঞান ওইবা পারা অমা ঃ

গৌতম বুদ্ধনা মহাক্কী (Doctrine) মীয়ামদা খঙহনবা মতম অদুদা নুপি অমগী মহাক্কী অমত্তা পোকচবা লুনা চান্না নুংশিনা য়োকচবা মচানুপা অমা শিবগী থৌদোক অমা থোক্লম্মী। অমখক্তা পোকচদুনা ফংজবা মচানুপা শিবা অদুদা মমা নুপী অদু অদুক্কী মতিক থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইরমদে। নুমিৎ খুদিংগী নুংশিজনা লোইনদুনা লৈবা অদু অমুক হন্না ফংলরোইদবা অদুদা মমা নুপী অদুনা চাবা থকপা য়াদনা নুংঙাইতবা পুক্লিং ৱাখলনা পিক থল্লে। পুক্লিং ৱাখল নুংঙাইতবা মতম অদুদা মমা নুপী অদুনা ঈশ্বর ওইবা, মুণি ওইবা, লোর্ড গৌতম বুদ্ধগী মমিং খঙনিং নিংশিংলকখি। মমা নুপী অদুনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা খল্লি মদুদি মহাক্কী অমত্তা পোকচবা অশিবা ওইরবা মচানুপা অদু লোর্ড বুদ্ধনা শোযদনা হিংগৎহনবা হায়বদু শোয়দনা ঙমগনি। থাজবা অসি লৈদুনা গৌতম বুদ্ধগী মনাক্তা অশিবা মচানুপা অদু পুদুনা নুপী মমা অদুনা চৎখি। নুপী মমা অদুনা গৌতম বুদ্ধগী মখোংদা তুদুনা মহাক্কী অমত্তা পোকচবা অশিবা মচা অদু হিংগৎহনবিয়ু অমদি থম্মোয়নুংগী অৱাবা পুবা ঙমদবা নুংঙাইতবা, অৱাবা খাংবা ঙমদবা ৱাখল কয়াশিং অসিবু কোকহনবিয়ু হাযজবম্মী অমসুং খুরুমজরম্মী। নুপী মমা অদুগী অমত্তা পোকচবা মচানুপা অশিবা অদু উরুবা অমদি মবাইবক থিববা মমা ওইবি নুপী অদু উরুবদা গৌতম বুদ্ধগী থম্মোয়নুংদা নুংশিবা অমা পোক্লম্মী। নুপী মমা অদুনা মচা অদুবু অমুক্তংদি হিংগৎহনবিয়ু হায়না হন্না হন্না লেপ্পা লৈতনা হায়রকপা অদুদা গৌতম বুদ্ধনা মহাক্কী করম্বা ৱাহৈনা হাযবগা মমা ওইবি নুপী অদুগী পুক্লিং ৱাখল অদু শান্তি থমগদগে, অমদি কবম্না থেমগদগে হাযবদু মুন্না খল্লম্মী। গৌতম বুদ্ধনা মেডিটেসন তৌববা মতুংদা নুপী মমা অদুদা হায়খি, **"নহাক্লা নহাক্কী নচানুপা অদু হিংগৎহনবা পাম্লগদি নহাক্লা অশিবা হায়বদু শুংথেং থেংনদবা, শুংলৈ লৈতবা ইমুং অমদগী হংগামগী মরু খুজোক অমত্তং পুরকউ। মদু পুরকপা ঙম্লগদি নহাক্কী মচানুপা অসি ঐনা হিংগৎহনবা ঙমগনি।"**

লাইবক থিরবা মমা অদুনা মহাক্কী অশিবা মচা অদু অমুক হিংগৎলক্কনি হায়বগী অচৌবা আশা অমা লৈখি। মহাক্লা খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা য়ুম য়ুমদা

চংদুনা অশিবা হায়বদু অমুক্তা থেংনদবা ইমুং অমদগী হঙ্গাম মরু খুজোক অমত্তং ফংনবা থিবা হৌরকখি। থুংলু-থুংলুবা য়ুম খুদিংদা লৈরম্বা মীওইশিংদা মহাক্না হংখি **"নখোয়গী ইমুংদা শিখি-নাখিবা মীওই লৈখিবরা?"** ইমুং খুদিংগী মীওইশিংনা খুম্নক্লম্মী **"ঐখোয়গীদি ইচা অমা শিখি, ঐখোয়গীদি ইবা শিখি, ঐখোয়গীদি ইপা ইপু লোইনা শিখি।"** মসিগী মতুংদা মখাতানা অমুক্তসু য়ুম খরদা চত্তুনা অশিবা লৈতবা ইমুং থিরম্মী। মদুদসু মহাক্না চপ মান্নবা অৱা অনাগী পাউখুম ঙাক্তা ফংখি। মহাক্না অশিবা লৈতবা য়ুম অমত্তা ফংবা ঙমদ্রে। অশিবা লৈতবা য়ুম অমদগী হঙ্গাম মরু খুজোক অমা পুরকউ হায়বা অদু পুরকপা ঙমদ্রে। নুপী মমা অদুনা চংলুবা য়ুম খুদিংদা অশিবা ঙাক্তগী ৱারি লৈরম্বা অমদি অৱাবা নুংঙাইতবা কয়া মীওই কয়ানা খাংদুনা লৈবম্বা থেংনখিবা অসিনা মরম ওইরগা মহাক্কী পুক্নিং ৱাখল য়াম্না নুংঙাইতবা অদু খর ফাথবা, থম্মোয় খর কনবা ঙম্নকখি। মহাক্না গৌতম বুদ্ধগী মনাক্তা লাক্লে। মহাক্না অশিবা লৈতবা য়ুম অমত্তা থেংনদবা অশিবা লৈতবা য়ুম অমদগী হঙ্গাম মরু খুজোক অমত্তা ফংবা ঙমখিদবা, অশিবগী অৱা অনা ঙাক্তা মাইয়োক্নদুনা লৈরম্বশিং অদু মবিক চুম্না গৌতম বুদ্ধদা তমখি। ৱারিশিং অদু তারবা মতুংদা গৌতম বুদ্ধনা লাইবক থিববা নুপী মমা অদুদা য়াম্না ইংনা তপ্না হায়রকখি, **"মীওইবগী পুন্সিদা থেংনবা অৱা অনা, অশিবা নঙবা খুদিংমক নহাক্না থেংনরে, উরে, খংলে। অসিগুম্বা অশি অনা খুদিংমক অসি মীওইবা খুদিংমক্কী পুন্সিদা থোকপা ঙাক্তনি। মরম অসিনা নহাক্কী নচা নুপা শিবা নংলিবা অদুনা নহাক্কী পুক্নিং ৱাখল অৱাবা পুরিবা অমদি থম্মোয় কায়রিবা অদু খাংবা কনবা ঙম্বা তাই, অৱাবা খুদুম চনবা তাই। মী অমা ওইরগদি খাংবা কনবা ঙম্বগী গুণ লৈবা তাই। মীওই ওইবা খুদিংগী মমা মপা মচা কাইনখিবা অৱাবা নঙখিবা ঙাক্তনি। অৱাবা নঙলবা মীওইশিংগীদমক্তা মতেং পাংবা অৱাবা শরুক য়ামিন্নবা তাই। অসিগুম্বা খাংবা কনবা নুংশিবা চানবিবা ঙাকপিবগী পুক্নিং ৱাখল লৈবা ঙম্নগদি নহাক নশা নতোম্তা থেমজবা, অৱাবা খাংজবা ঙমজগনি।"** লোর্ড বুদ্ধনা ঙাংবা ৱাহৈশিং অসি তারবা মতুংদা মচানুপা শিবা নংলবা মমা নুপী অদুনা অশেংবা জ্ঞান অমা

ফংবা ঙমদুনা মচানুপা শিখিবগী থম্মোয় কাইবা অৱা অনা অদু তপ্না তপ্না খাংজবা ঙমজখি। পারা অসিনা তাকপদি লোর্ড গৌতম বুদ্ধগী পাউতাক কয়ানা মীওইবনা অৱা অনা কয়া থেংনরিবা অদু খাংবা ঙম্বগী থৌনা অমা পিবা ঙমহল্লি। মসিনা মীওইবগী পুন্সি হিংবগী মচাক অমা পীবা ঙমহল্লি।

## গৌতম বুদ্ধনা তাকপিরম্বা অচুম্বা (Truth) মরি (Four)ঃ

১। মীওইবগী পুন্সিদা অৱা অনা লৈ, শোইদনা মাইয়োক্নগনি।

২। মীওইবগী অৱা অনা হৌরকফমগী মরম শোইদনা লৈগনি।
অৱা অনা মাইয়োক্নবগী মরম লৈগনি।

৩। মীওইবগী অৱা অনা অসি থোকহন্দবা য়াই।
অৱা অনা থোক্তনবা চেকশিনবা য়াই।

৪। মীওইবগী অৱা অনা থোক্তনবা, থেংন্দনবা লম্বী লৈ।
অৱা অনা লৈতবা, খুদোংথিবা লৈতবা পুন্সি লম্বী অদু থিয়ু।

"পুক্নিং ৱাখলগী নুংঙাইবা/পুক্নিং ৱাখলগী অৱাবা অনি অসি মাই পাকপা ওইরিবা মী/মাইথিবা ফংলিবা মী অনিমক্তা লৈ। চাউনা মাইথিবা ফংখিবা অদুগী নুংঙাইতবা অৱাবা লৈ। অমরোমদা মাই পাকপা মীগীসু অৱাবা অমা লৈ মদুদি নোংমদি শোইদনা মাইথিবা ফংখিবা মী অদুনা হৌগৎলক্তুনা লমন খুম্লক্তুনা মাইথিবা অমুক পিরগনি হায়বসিনি।" মসি হায়বগী অর্থদি লাল্ তৌনগনু, মীবু নম্থগনু, অরানবা পাম্বৈনা শক্তি শিজিন্নগনু, পাঙ্গল কনবগী চাংয়েং তৌনগনু, অচুম্বা লম্বীদা চাওখৎনবা হোৎনৌ হায়বনি।

– *Lord Gautam Buddha*

মীওইবগী লমচৎ-শাজৎতা আইডিয়েল ওইনবা নিয়ম মঙা (৫)ঃ

১। হাৎপা তুপ্পগী ওইবা পুক্নিং ৱাখলদগী লাপ্না লৈয়ু, থাদোকউ।
২। হুরান-তুরানবগী ওইবা পুক্নিং ৱাখলদগী লাপ্না লৈয়ু, থাদোকউ।
৩। ফত্তবা, শেংদবা, অমোৎপা য়ুম্বাল্লোনগী ওইবা পুক্নিং ৱাখলদগী (Adultery) লাপ্না লৈয়ু, থাদোকউ।
৪। মিনম্বা ঙাংবগী হৈনবীদগী লাপ্না লৈয়ু, থাদোকউ।
৫। মখল মখা কয়াগী নিশা-চাবা, চাকচা-হৈজা চুমদবা হৈনবীদগী লাপ্না লৈয়ু, থাদোকউ।

অচুম্বা জ্ঞান নিপাল (৮) ঃ

১। চুমদবা, অরানবা থাজবা লৈগনু, থাদোকউ, অচুম্বা মশক খংঙু।
২। অৱাংবা অচুম্বা, মমল লৈবা ৱাখল খল্লু, অচুম্বা লৌশিং জ্ঞান তাল্লু।
৩। অচুম্বা থৌজাল হৈবা, মত্তবা ৱাঙাং ঙাংঙু।

৪। পুকচেল শেংনা, শান্তি ওইনা থবক তৌ।

৫। পুন্সি চুম্না হিংউ, মীঙোন্দা শোকহনগনু, নুংঙাইহন্দবা থবক অমত্তা তৌগনু, থৱায় পানবা জীবশিংদা মাংন-তাক্নবা তৌগনু, খুদোংথিবা থোকহনগনু।

৬। নিয়ম চুম্না হোৎনবা কন্নু, নশাগী হৈশিংনবা হোৎনৌ, নশাবু ঙাকশেল্লৌ, (সেল্ফ কন্ট্রোল তৌজৌ)।

৭। থৌনা লৈয়ু, অচুম্বা (পোজিটিভ) পুক্নিং ৱাখলগী ঈহন্দা লৈয়ু, য়েংউ।

৮। অচুম্বা ৱাখল, অচুম্বা ৱাঙাং, অচুম্বা থবক্তা পুক্নিং ৱাখল চংউ। ধ্যান তৌ (মেডিটেসন তৌ), অচুম্বা পুন্সি লম্বী মশক খংঙু (Know the realities of life)।

## ৱাহৈ পরেং ৬ অসি খঙজিন্নু ঃ

১। অরানবা ৱাঙাং ঙাঙনু, অরানবা ভাসোল (ৱারোল) পীগনু।

২। খঙলোইদবা ৱাঙাং থুনা ঙাংগনু।

৩। ওইবোই-পারোইদবা (idle talks) ৱা ঙাংদুনা মতম লেনগনু।

৪। মীগী মপোৎ-মরল কল্লক্কনু।

৫। মীঙোন্দা নুংশি হৈতবা উৎকনু।

৬। অচুম্বা ৱাখল খল্লু।

## পুন্সিদা তৌহৌগদবা থবকশিংঃ

১। মীওইবগী কান্নবা ওইবা থবক্তা মতেং পাংউ, ঙমজবা দান তৌ।

২। লমচৎ শাজৎ নিয়ম চুম্না চৎপা ঙম্নবা নিয়ম চুম্না অচুম্বা থবকশিং তৌ।

৩। অচুম্বা (পোজিটিভ) পুক্নিং ৱাখল মতম খুদিংমক্তা লৈননবা

হোংনৌ।

৪। মীওোম্দা মতেং পাংবগী থবক খর খর তৌ। মতেং পাংবগী হৈনবী খর তম্মু। মীয়াম মরক্তা তিনবা খর য়াও।

৫। অহল-লমনশিংবু ইকায় খুম্নৌ। তোল্ল-তারবা শোল্লবা অহল-লমনশিংদা মতেং খর খর পাংউ।

৬। নহাক্কী অফবদু/অচুম্বদু, চাউখৎপদু অতোপ্পা মীওইশিংদসু অচুম্বা জ্ঞান অমা লাক্লবা তাকপিয়ু, তম্বীয়ু। চাওখৎপা, অফবা সোসাইটি অমা লাক্লবা।

৭। চাওখৎপগী অফবগী পাউতাকশিং অদু নহাক্না পুকচেল শেংনা লৌশিল্লু। অফবগী পাউতাকশিং লৌশিন্দ্রগদি কান্নবা লৈতে।

৮। অচুম্বা নিয়মনিতি ডিসসিপ্লিন খংবা তাই।

৯। মীওইবগী পুন্সিদা চৎকদবা অচুম্বা নিয়মনিতি ডিসসিপ্লিন অদু পাউজেল ওইনা শন্দোকপা তাই।

১০। নহাক্না তৌখিবা অরানবশিং অদু মতম লৈরিঙৈদা তপ্প-তপ্পা চুমথোকহৌ, শেমদোকহৌ, শেংদোকহৌ।

## Buddhist Scriptures :

1) The sensual man is a slave of his passions, and pleasure-seeking is degrading and vulgar.
2) Did you ever see in the world a man or a woman who being old age, sick, death swollen up blue black in colour, decomposed? And did the thought never come to you that you also are subject to these conditions, that you also cannot escape it?
3) Lead a holy life for the extinction of suffering.
4) Hatreds never cease by hatred. By love alone they cease,. This is an ancient law.
5) Abstention from evil, performances of good acts and purification of one's mind- This is the doctrine of the Buddhas.

## What is evil ?

1) Killing is evil.
2) Stealing is evil.
3) Yielding to sexual passion is evil.
4) Lying is evil.
5) Slandering is evil.
6) Abuse is evil.
7) Gossip is evil.
8) Envy is evil.
9) Hatred is evil.
10) To cling to false doctrine is evil.

## What is the root of evil ?

1) Desire is the root of evil.
2) Hatred is the root of evil.
3) Illusion is the root of evil.

There is no place on earth, you may escape from the consequences of an evil deed done by you.

## Three (3) Evils of the body :

1) Murder
2) Theft
3) Adultery

## Four (4) Evils of the tongue :

1) Lying
2) Slander

3) Abuse
4) Idle talk

## Three (3) Evils of the mind :

1) Covetousness
2) Hatred
3) Error

## How you counter the evils ?

1) Kill not, but have regard for life.
2) Steal not, but help everybody to be mastered of the fruits of his labour.
3) Abstain from impurity, and lead a life of chastity.
4) Lie not, but be truthful, fearless and with a loving heart.
5) Give not evil reports, but look for the good sides of your fellow-beings so that you may with sincerity, defend them against their evemies.
6) Swear not, but speak decently.
7) Waste not the time in gossip, but keep to the purpose or keep silence.
8) Envy not, but rejoice at the fortunes of other.
9) Hatre not, even against your enemies, but embrace all living being with kindness.
10) Free your mind of ignorance and be anxious to learn the truth.

---

Overcome anger by love, evil by good,
greed by liberality, the lie by truth.

If a man speaks or acts with an evil thought, pain follows him as the wheel follows the foot of the ox that draws the carriage.

---

## What is good ?

1) Abstaining from theft is good.
2) Abstaining from sensuality is good.
3) Abstaining from falsehood is good.
4) Abstaining from slander is good.
5) Suppression of unkindness is good.
6) Avoiding gossip is good.
7) Letting go all envy is good.
8) Dismissing hatred is good.
9) Obedience to truth is good.

## What is the root of the good?

1) Freedom from desire.
2) Freedom from hatred.
3) Freedom from illusion.

## What is suffering ?

1) Birth is suffering.
2) Old age is suffering.
3) Disease is suffering.
4) Death is suffering
5) Sorrow and misery are suffering.
6) Affliction and despair are suffering.
7) To be united with loathsome things is suffering.
8) The loss of that which we love is suffering.
9) The failure in attaining that which is longed for is suffering.

## What is the origin of suffering ?

1) It is lust, and desire.
2) It is passion.
3) It is thirst.
4) It is sense pleasure (Sensuality)
5) Continual rebirth.
6) It is selfishness.

## What is the path that leads to the annihilation of suffering?

1) Forsaking passion.
2) Subduing wrath.
3) Annihilating the conceit of the 'I am'.
4) Leaving ignorance.
5) Attaining enlightenment.

---

- He who has abandoned both merit and demerit, he who is holy, he who lives with understanding in this world, he indeed is called a Bhikshu.
- A preacher must be full of energy and cheerful hope, never tiring and never despairing of final success.
- The fault of others is easily perceived, but that of oneself is difficult to perceive.
- A word spoken in anger is the sharpest sword.
- Covetousness is the deadliest poison.
- Passion is the fiercest fire.
- Ignorance is the darkest night.
- Ignorance causes the ruin of the world.
- Envy and selfishness break off friendship.
- Hatred is the most violent fever.
- Buddha is the best physician.

- Let no one deceive another.
- Let no one despise another.
- Let no one wish to harm another.
- Health is the highest gain.
- Contentment is the greatest wealth.
- Confidential are the best kinsmen.
- Nirvana is the bliss supreme.

---

Victory breeds hatred,
The defeated live in pain,
The peaceful live happily giving up victory & defea

There is no fire like lust,
No crime like hatred.
There is no ill like the body
No bliss higher than peace (Nirvana)

## Buddist Scripture :

- You must not think that you should indulges in worldly pleasure nor does you live in abundance. It has found the "Middle Path"
- Let me teach you, O bhikshus (Monk), the middle path which keeps aloof from both extreams.
- This is the "Middle Path", O bhikshus, that keeps aloof from both extreames.
- There is no saviour in the world except truth.

---

## Chapter - 3

# LORD JESUS CHRIST
# (লোর্ড যিশু খৃষ্ট)

লাইপোক ওইনা পোকপনি হায়নরিবা যিশু খৃষ্ট বেথলেহেম (Bethlehem) কৌবা খুঙ্গং অমদা পোকখি। মহাক্কী মপাগী মমিংনা জোসেফ কৌই অদুগা মমাগী মমিংনা মেরি কৌই। জোসেফনা মহাক্কী লোইনবি মেরি লুহোংলবা মতুংদা ঈশ্বর ওইনা তৌবা (Angel) লাই অমা লাক্লুনা জোসেফকী মমংদা কবিগুম্বা খর হায়রম্মী - **"নহাক্কী লোইনবি নুপী মেরিনা ঈশ্বরগী মগুণ চেনবা, ঈশ্বরগী মঙাল পুবা নচানুপা অমা পোক্কনি। নহাক্না নচানুপা অদুগী মমিং যিশু খৃষ্ট হায়না কৌগদবনি। সংসার অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্না মখোয় মখোয়না তৌজবা ফত্তবা থবকশিং তৌবগী পাপ্‌শিং অদু নহাক্কী নচানুপানা কোকপিগনি, অরানববু ঙাকপিগনি, মরাল লৈবা মীশিংবু কনবিগনি।"**

যিশু পোক্লবা হেক মতুংদা মীওই খর নোংপোক্কগী লাক্লগা লৈবাক অদুদা পাল্লিবা নিংথৌ মমিংনা হেরোড, নিংথৌদা করিগুম্বা ৱা খর হায়রম্মী- **"লমদম অসিদা যিশু কৌবা অঙাং অমা পোক্কনি, ঐখোয়না যিশু কৌগদৌরিবা অঙাং অসিগী ষ্টার** Star **অদু নোংপোক থংবা অতিয়াদা উখরে, পোক্কদৌরিবা অঙাং অসিনা নোংমদি শোইদনা জিযুগী নিংথৌ ওইগনি, মীওই খুদিংমক লাক্তুনা যিশুবু লাৎচগনি,**

**খুরুমজগনি।”** হেরোড নিংথৌনা ব্রাহৈশিং অসি তাবদা অদুক্কী মতিক শাউখি। মহাক্না বেথলেহেমদা পোক্কদৌরিবা অঙাং অদুবু হাৎনবা য়াথং পীখি। অঙাং অদুবু হাৎলগদি জিয়ুগী নিংথৌ ওইবা ঙম্লরোই হায়বা হেরোড নিংথৌনা খনবা লৈখি।

ঈশ্বরগী য়াথং অঙকপনি, মপা জোসেফনা হেরোড নিংথৌ কিবদগী মচানুপা যিশুবু পুরগা ইজিপ লৈবাক্তা চেনখি। মসিনা হেরোড নিংথৌনা জোসেফপু ফাবা অমদি যিশুবু হাৎপা ঙমখিদরে। হেরোড নিংথৌ শিখ্রবা মতুংদা ë\ ãÎó¡" ³ ƒ ³wå>ãà[™Ç ¡ëK f f (Galilee) লমদমদা লাকখি। মদুগী মতুংদা নাজারেথ (Nazareth) লমদমদা অমুক য়ৌরকখি। জোরডান্দা লৈবা তুরেলগী ঈশিংদা জোন (John) কৌবা বেপটিষ্ট অমনা যিশুবু baptize তৌখি। যিশুবু বেপটাইজ তৌরবা হেক মতুংদা জোন বেপটিষ্টনা ঈশ্বরগী মওং মতৌ মানবা Spirit ওইবা পোৎশক অমা স্বর্গ অতিয়াদগী মঙালগা লোয়ননা উচেক খুনুগুম্ন া পাইথরকপা অমা উখি, অদুগা নাশোম্ননা হায়বা ব্রাহৈ খর নাকোংনা তাবা ফংখি - **“মদু ঐগী ইচানি, মঙোন্দা ঐগী য়াথং খুদিংমক শিন্নখ্রবনি।”** বেপটাইজ লৌরবা মতুংদা নুমিৎ ৪০ নিরোম যিশু কদায়দা লৈ হায়বা মীয়াম্না মশক উখিদবগুম তৌখি। মদুগী মতুংদগী ফত্তবা সৈটান্না যিশুবু পুনবা লম্বী কযাদা হোৎনখি। অদুবু মহাক্না মীৎনা শিংনা (Watchful & Conscious লৈবা অমদি ডিভাইন্ মিসন অমা ওইনা চেকশিন্না চৎপনা ফত্তবা সৈটান্না চংবা ঙমখিদে।

**যিশুবু ফত্তবা লম্বীদা পুনবা Temptation তৌনবা হোৎনবা ঃ**

অহানবদা, ফত্তবা Evil spirit না যিশুবু মরুভূমি লৈকংলাগী লমদম অমদা পুদুনা Tempt তৌনবা, ফত্তবা লম্বীদা পুনবা হৌখি। নুমিৎ ৪০নি রোম চানবা চাক-য়েঙ্গাং চাদনা লৈখি, মদুদা যিশুনা য়াম্না ব্রাবা অরাম-খৌরাংবা পোকখি। মতম অদুদা Devil Spirit অমা লাক্লগা যিশুদা হায়, **“যিশু নহাক্না অশেংবা ঈশ্বরগী মচা ওইরগদি ঐনা পিরিবা নুং (Stone) খর অসে চাননবা তল** (Bread) **ওলহল্লু।”** ব্রাহং অসিগী পাউখুমদা যিশুনা হায়, **“হে Devil spirit, খ্রিপচরনা হায়বা ব্রাহৈশিং অদু নহাক্না খংদবরা? মীওইবা**

**হায়বা জীব অসে চাননবগীদমক্তা (তল চাক চাবগীখক্তা) হিংগদবা নপ্তে। মীওইবনা চুম্না হিংনবগীদমক্তা ঈশ্বরনা হায়বা ৱাহৈশিং অদু লৌশিনবা দরকার ওই।"**

অনিশুবদা, Devil Spirit না যিশুবু জেরুসেলেম হোলিসিটিদা লৈবা চীংগী মতোন্দা লৈবা লাইশং অমদা পুখৎখি। মদুগী মতুংদা Devil Spirit না অসুম্না হায়রকখি, **"যিশু, নহাক্না ঈশ্বরগী অশেংবা মচা অমা ওইরগদি নহাক্না চীং মতোন অসিদগী চোংথৌ, ঈশ্বরনা মখোয়গী দুটশিংদা (Angel) য়াথং পীদুনা নহাকপু দুটশিংগী মখুৎশিংনা ওক্কনি, থাংগৎপীগনি, নহাক্কী নখোং নখুৎশিং অদুনা লৈমায়দা লৈরিবা নুংশিংদা করিমক্তা শোক্লোই।"** মতাং অসিদা যিশুনা পাউখুম পীখি, **"স্ক্রিপচরনা হায়বা ৱাহৈ নখোয়না খঙদ্রে, নহাক্না নিংজরিবা থাজরিবা ঈশ্বর অদুদা চাংয়েং তৌগনু।"**

অহুমশুবদা, Devil Spirit না যিশুবু অৱাংবা চীং অমগী মতোন-মথক্তা পুখৎলকখি, অদুগা সংসার অসিদা লৈরিবা অঙকপা, অরক-অরাক, অকন্-অথৌ, পাঙ্গল থৌনা লৈবা লৈবাকশিং Kingdoms কয়ামরুম য়েংহল্লম্মী। মসিগী মতুংদা Devil Spirit না যিশুদা হায়খি, **"সংসারগী ওইবা অকন্-অথৌ পুম্নমক অসে নঙোন্দা পীগনি, নহাক্না ঐবু (Devil Spirit ঈরাৎচৌ, খু কুন্দুনা খুরুমজৌ।"** মদুগী মতুংদা যিশুনা হায়খি, **"Satan, Devil Spirit নঙদা চৎখরো।"** স্ক্রিপচরনা হায়, **"ঈশ্বর হায়বসিদি সেবা তৌবা ঙম্বা হায়বনি, সেবা তৌবগী হল্লকপা Return পাল্লোইদবনি।"** যিশুনা হায়বা ৱাহৈশিং অসি তারবা মতুংদা Satan Devil Spirit অদু চৎখরে। Satan না পুবা ঙমদ্রবা মতুংদা যিশুনা খুদোংথিবা লৈতনা হল্লকখি। মদুগী মতুংদা মহাক্কী লাইনিং-লাইশোন Gospel শন্দোকপা হৌখি। মহাক্না মীয়ামদা হায়, **"স্বর্গ Heaven হায়বসি ঐখোয়গী ঈনাক্তা লৈরে, ঐখোয়না তৌখিবা অরোনবা অরানবা ফত্তবা থবকশিং অদু হায়দোকউ, লাপ্লে, Repent তৌ, মদু ওইরগদি ঈশ্বরগী মফমদা (Kingdom of Heaven চংবা ঙমগনি।"**

যিশুনা মহাক্কী তুং ইন্নবা মীওই (Apostles) ১২ খনখি। মহাক্না মহাক্কী

তুং ইনবা (Apostle) ১২ অদুগা লোয়ননা খুঙ্গং অমদগী অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা চত্তুনা লাইনিং লাইশোন পাকশন্না শন্দোকখি। Gospel শন্দোকপগা লোয়ননা যিশুনা লায়না তিন্নানা নারবা মীওই কয়া লাইয়েংবিখি, লায়না কয়া ফহনবিখি, অৱা অনা কয়া কোকপিখি। মসিদা নত্তনা অশিবা মীওই ফাওবা হিংগৎহনবিখি। মীওই লিশিং লিশিং কয়ানা যিশুগী মতুং ইন্নরকখি। মখোয়না যিশুবু নুংশিবা উৎখি। মসিদা নত্তনা মীয়াম্না যিশুবু জিয়ু হায়বা মীওই জাতিগী নিংথৌনি (King of the Jews) হায়না মীংথোল পীখি। অসিগুম্বা শন্দোক্লিবা পাউশিং অসিনা Pharisees, priest রোমান প্রিষ্টশিংগী পুক্লিং ৱাখন্দা কল্লক মীহৌবা, নুংশি হৈতবা, মীবু নমথনিংবা অমা পোকখি। মখোয়না যিশুবু মরাল লৈবা মীশক অমনি, Priest, Pharisee শিংগী চৎনরিবা লোনচৎ অদুবু হুন্দুনা ঙাংবা মী অমনি হায়দুনা Roman Governor ওইরিবা Pilate মশামক্তা মরম শুকচা চাদনা ৱাকৎখি। তশেংবদি পিলেটনা যিশু মরাল শুক্লে লৈতে হায়বা খংঙি অদুবু মীয়ামগী ঈহৌ নমথনবা অমদি মহাক মশাগী ফম গভর্নর ওইবা অদু কঞ্জবা পাম্বা অমদি রোমান এম্পয়ারগী নিংথৌরেলবু কিবা মরম্না যিশুবু শিবগী চৈরাক, ক্রোস্তা পাং তিংদুনা হাৎপগী য়াথং পীথোকখি। যিশু হাৎপা মতমদা ক্রিমিনেল অনি অমসু যিশুগা লোয়ননা ক্রোস্তা পাং তিংদুনা হাৎনবা ৱায়েলসু তাখি। ক্রিমিনেল অনি অমদি যিশু ক্রোস্তা পাং তিংদুনা লৈরিঙেদা রোমান সিফাই অমনা যিশুদা হায়, **"যিশু, নহাক্তা ঈশ্বরগী মচা ওইরগদি ক্রোস মথক্তংগী কুমথরকউ, মদু ওইরগদি ঐখোয়না নহাকপু ঈশ্বরগী অশেংবা মচা অমনি হায়না থাজগনি।"** মতাং অসিদা যিশুনা পাউখুম অমত্তা পীদে, তুমিন্না লৈখি। মথংদা ক্রোস্তা পাং তিংলিবা ক্রিমিনেল অমনা যিশুদা অমুক হায়রকখি, **"যিশু নহাক নশামকপু ক্রোস অদুদগী কঠৌ।"** মতাং অসিদা যিশুনা পাউখুম পীবগী মহুত্তা ক্রোস্তা লৈরিবা অতোপ্পা ক্রিমিনেল অদুনা হায়রকখি, **"ঐখোয়দি ঐখোয়না তৌজরুবা ফত্তবা অদুগী মহেনা শিবগী দন্দি চৈরাক ফংবনি, অদুগা যিশুগীদি শিবগী চৈরাক ফংবা সিদি রোমান গভর্নরনা লাল্লা চুমদনা বিচার তৌবনি।"** যিশুনা অচুম্বা ৱাহৈশিং অসি তারবা মতুংদা শিরমদাইদা অচুম্বা ঙাঙবা, অচুম্বা খঙবা ক্রিমিনেল অমদু স্বর্গগী কিংডমদা পুখৎখি। মসিনা তাক্লিবদি মীওইবনা অরানবা চুমদবা

থবক তৌরুরগসু অরোইবা মতমদদি অচুম্বা হায়বদু খঙগদবনি Repent তৌগদবনি। শিরমদাই মতম ফাওবদা অচুম্বা ঙাঙবা ঙমদবা, অচুম্বা থবক তৌবা ঙমদবা মী অদুদি ঈশ্বরগী মনাক মফম য়ৌবা ঙমদে।

ইরাই নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ৯ তাবা মতমদা যিশু ক্রোস্তা পাং তিংখি। মহাক্কী শিনগী মতমদি নুমিৎ য়ুংবা পুং ১২দগী নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৩ ফাওবা ওইখি। মতম অদুদা পুং ৩ চুপ্পা নুমিৎ মম্শিনখি লোয়ন-লোয়ননা মফম অদুদা য়ুহার হাবা ওইনা কন্না নিকখি। হায়রিবা খুদমশিং অসি উবদগী যিশুবু পাং তিংলিবা রোমানগী সিফাইশিংনা যিশু খৃষ্ট ঈশ্বরগী অশেংবা মচা ওইগনি হায়বসি থাজবা ঙমখি। যিশুনা শিবমদাইদা ক্রোস মথক্তগী অসুম্না হায়বকখি, **"ঐগী ইপা ঈশ্বরনা ঐবু হাংলিবা মীশিং অসিবু ঙাকপিয়ু, মখোয়না তৌরিবা অরানবশিং অসি মখোয়না খঙজদবানিকো!"**

- - - - -

## <u>Blood Money & Blood Field</u>

(Acts 1.18–19)

When Judas (one of the twelve disciples) the traitor, learnt that Jesus had been sentenced to death, he repented and return back the thirty silver coins to the chief priests and the elders. "I have sinned by betraying an innocent man to death!" he said.

"What do we care about that?" they answered, "That is your business!"

Judas threw the coins down in the temple and left; then he went off and hanged himself.

The chief priests picked up the coins and said, **"This is blood money, and it is against our law to put it in the temple treasury."** After reaching an agreement about it, they used the money to buy Potter's Field as a cemetery for foreigners. **That is why that field is called "Blood Field" or "Field of Blood"to** this very day.

Then what the prophet Jeremiah had said came true: "**They took the thirty silver coins, the amount, the people of Israel had agreed to pay for him, and used the money to buy the potter's field, as the Lord had commanded me.**"

---

## নুংঙাইবা (True Happiness) হায়বদু করিনো?

১। যিশু খৃষ্টনা তাকপিবগী মতুংইন্না নুংঙাইবা ওইবা মীওই হাযবগদি স্পিবিচুয়েলগী জ্ঞান খব লৈবিবা মীওইশিং অদুনি। মখোযনা ঈশ্বরগী লৈবাক (Kingdom of heaven) অদু মশক খংবা ঙম্মী, ঈশ্বরগী লৈবাক অদু মখোযগী পুক্নিং ব্রাখলদা লৈ।

২। ঈশ্বরগী লম্বী থিবদা অৱা অনা ফংলিবা মীওইশিং অদু ঈশ্বরনা মখোযদা নুংঙাইবা পীগনি, মখোযনা অৱা অনা মাইযোক্নবগসু নুংঙাইবা পোক্কনি।

৩। নোল্লুক্না কোক নোন্দুনা চৎলিবা মীওইশিং অদুনা ঈশ্বরগী মঙ্গোল অদু শোযদনা ফংগনি, মখোযনা শোযদনা নুংঙাইবা ফংগনি।

৪। ঈশ্বরনা তাক্লিবা লম্বী, ঈশ্বরনা তাক্লিবা পিবিবা থবকশিং অদুবু থৱায যাওনা তৌবিবা পাংথোক্লিবা মীওইশিংবু ঈশ্বরনা মপুং ফানা পেনহনগনি, মপুং ফানা নুংঙাইহনগনি।

৫। অবানবা মীবু ঙাকপিবা ঙম্লিবা মীওইশিং অদুনা নুংঙাইবা ফংগনি, ঈশ্বরনা মখোযবুসু ঙাকপিবা ঙমগনি।

৬। থম্মোয শেংবা মীনা (Purity of mind) নুংঙাইবা ফংগনি, মখোযনা ঈশ্বর উবা ঙমগনি।

৭। যৈখায-তিনখাই তৌদনা, শান্তি ওইনা থবক শুবিবা মীওইশিংনা শান্তি ফংগনি, নুংঙাইবা ফংগনি, শান্তি পাম্লিবা মীওইশিং অসে ঈশ্বরগী অশেংবা মচাশিংনি হাযনা কৌগনি।

৮। ঈশ্বরনা তাকপিবা থবকশিং পাংথোকপদা অৱা অনাগী দণ্ড ফংলিবা

মীওইশিং অদুনা থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবা ফংগনি, ঈশ্বরগী লৈবাক অদুসু (Kingdom of heaven) শোয়দনা ফংগনি।

৯। ঈশ্বরনা তাকপিবা লম্বীদা চৎপা, ঈশ্বরনা তাকপিবা নিয়মনিটিগী ওইবা থবকশিং তৌবদা নহাকপু মীশিংনা ফত্তবা ৱাহৈ ৱাত্তা কয়া শিজিন্নদুনা নোক্কবিবা, মবাল লৈবে হায়জিন্দুনা অৱা অনাগী দণ্ডি কয়া খাংলিবা অদুবু লেপ্পা লৈতনা ঈশ্বরগী থবক-থানা পাংথোক্কিবা নহাক অসে ঈশ্বরগী অশেংবা মনাইনি, তুং ইনবনি, নহাক্না নুংঙাইবা ফংগনি, হরাওগনি, নহাক্না ঈশ্বরগী থবক তৌবদা অৱা অনা খাংলিবা মাইয়োক্নলিবা অদুগীদমক্তা অচৌবা প্রাইজ বিরার্ড অমা নহাক্কীদমক্তা ঈশ্বরনা স্বর্গদা থমদুনা লৈবে। অসুম হায়না খোঁদুনা ঈশ্বরগী তুংইনবশিংনা অচুম্বা তৌবগীদমক্তা অৱা অনাগী দণ্ডি ফংনা [illegible] হিংলি।

- - -

## যিশুগী য়াথং (Commandments)

১। মী হাৎপা তৌগনু,
২। অরানবা য়ুম্বাল্লোলগী লম্বীদা চৎকনু (Do not commit adultery),
৩। নহাক্কী য়েক্কবা মীবু নুংশিবা ঙম্বা ওইয়ু,
৪। নহাক্কী থাজবা ঈশ্বর অদু পুক্নিং ৱাখল, হকচাং থৱায়না মপুং ফানা নুংশিয়ু,
৫। নহাক্না নশামকপু নুংশিবা অদুগুম্না নহাক্কী য়ুম্নোন-কৈরোন্নবদা লৈমিন্নরিবা মীওইশিং অদুবুসু নুংশিবা ঙম্মু,
৬। মীগী মপোৎ মরল হুরানগনু
৭। অরানবা খুদম, অরানবা শাখি ওইগনু,
৮। ঐনা (ঈশ্বর) নখোয়বু নুংশিবা ঙম্বনিনা, নখোয়নসু ময়াম্বু নুংশিবা ঙম্মু,
৯। অরানবা ৱা ঙাংগনু,

- - - - -

A person becomes an enemy of God when he is controlled by his human nature; for he does not obey God's laws; In fact he cannot obey it; those who obey their human nature cannot please God.

**CYCLE OF HUMAN NATURE**




**CYCLE OF GOD NATURE**




## যিশু খৃষ্ট অমসুং ইনাকখুনবা মী অমা

নোংমা নহা ওইবা ইনাকখুনবা নুপা অমা যিশুগী মনাক্তা লাক্লগা করিগুম্বা খব হংঙি, **"ওঝা, ঐহাক্না অচুম্বা অফবা থবকশিং করি করি তৌগদগে, ঈশ্বরগী পুন্সি** (Eternal life) **করম্না ফংবা ঙমগদগে?"** যিশু খৃষ্টনা পাউখুম পী মদুদি ঈশ্বরগী লম্বী নত্তনা অফবা লম্বী লৈতে, ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বী চৎপা পান্নগদি ঈশ্বরনা হায়বা য়াথংশিং (Commandments) অদু ইল্লু।

নহা ওইবা ইনাকখুনবা নুপা অদুনা হংলকই, **"ঈশ্বরগী য়াথংশিং অদু করি করিনো?"** যিশুনা পাউখুম পী মদুদি ঃ-

১। নহাক্না ঈশ্বরবু থম্মোয় শেংনা, পুক্লিং ব্রাখল শেংনা, থব্রায পুম্নমক চংনা নুংশিবা ঙম্মু। নহাক্কী পাঙ্গল থৌনা খুদিংমক ঈশ্বরগীদমক্তা থবক তৌবা ঙম্মু।

২। মী হাৎকনু।

৩। য়ুম্বাল্লোলগী অবানবা থবক তৌগনু।

৪। মীগী মপোৎ মবল হুবানগনু।

৫। অরানবা শাখি ওইগনু।
৬। নহাক্লা নশামকপু নুংশিবা অদুগুম্না যুম্লোন্নবা কৈরোই লৈকাইগী মীশিংসু নুংশিবা ঙম্মু।

নহা ওইবা নুপা অদুনা অমুক খুম্লকই, **"য়াথংশিং অদুদি ঐনা হান্না পুম্নমক পাংথোকখরে।"** যিশুনা অমুক হন্না নুপা অদুদা হংলকই, **"নহাক্লা স্বর্গদা মপুং ফাবা মী (Perfect one) অমা ওইবা পাম্লগদি নহাক্কী লৈজবা লস্থুম খুদিংমক য়োম্থোক্লো, মদুগী শেলশিং পুম্নমক অদু য়াম্না লায়রবা তোল্ল-তারবা মীওইশিংদা পিথোকউ, মতেং পাংউ, মদুদি মতুংদা নহাক্লা ঐগী তুং ইল্লকউ। মদু তৌরগদি নহাক্লা মপুংফাবা মী অমা ওইবতা নত্তনা স্বর্গদা য়াম্না ইনাকখুনবা মী অমসু ওইবা ঙমগনি।"**

যিশু খৃষ্টকী ব্রাহৈশিং অদু তারবা মতুংদা নহা ওইবা ইনাকখুনবা নুপা অদু মফম অদু থাদোক্লুনা য়াম্না নোংশু-নোংজাননা চৎখিরম্মী। মসিগী মরমদি ইনাকখুনবা নহা ওইবা নুপা অদুগী লস্থুম য়াম্না লৈবা অদুননি।

মদুগী মতুংদা যিশুনা হায় **"ইনাকখুনবা লস্থুম য়াম্না লৈবা অরিকপা মীওইশিংদি ঈশ্বরগী মফমদা স্বর্গদা চংবা তশেংনমক য়াম্না লুই, ব্রানা থোকই।"**

- - - - - -

### ঈশ্বরনা খুদিংমক পীবিগনি

নহাক্লা পাম্লিবা পোৎশক অদু ঈশ্বরদগী নিজৌ, হংজৌ,
নহাক্কী পাম্লিবা পোৎশক অদু শোইদনা ফংগনি।

নহাক্লা পাম্লিবা পোৎশক অদু ঈশ্বরগী মফমদগী থিজৌ,
নহাক্কী পাম্লিবা পোৎশক অদু ঈশ্বরগী মফমদগী শোইদনা ফংগনি।

নহাক্লা থোং অদু হাংদোকপা পাম্লগদি থোং অদু থিল্লু,

ঈশ্বরনা থোং অদু নহাক্কীদমক হাংদোকপিগনি।

মীওই খুদিংমক্কা পাল্লিবা খুদিংমক ঈশ্বরনা পীবিগনি,
মীওই খুদিংমক্কা থিরিবা খুদিংমক ঈশ্বরনা ফংহনবিগনি,
থোং থিল্লিবা মীওই খুদিংমক্তা ঈশ্বরনা থোং হাংবিগনি।

কবম্বা মপানা মচানা তল চাদে তল পিযু হায়না হংবা মতমদা
নুং ওইনা পীগদ্রা?
চানবা ঙা পীযু হায়না হংলগা লিল্ ওইনা পীগদ্রা?
মচাশিংনা করিগুম্বা খর হংলকপা মতমদা স্বর্গদা লৈবা ইপানা মচাশিংগীদমক্তা
অফবা পোৎশক্তমক্ পীবিগনি।

নংঙোন্দা মীশিংনা অফবা তৌবা পাল্লিবা অদুগুম্না নহাক্নসু মীশিংদা অফবা
তৌনবা হোৎনৌ।
প্রোফেটশিংনা অসিগুম্বা পারাশিং অসি মীওইবদা তাকপি।

\- - - - - -

## অচুম্বা লম্বীগী থোংদি খুই পাক্তে।

মীওইবগী অচুম্বা হিংনবগী লম্বীগী থোংদি খুই পাক্তে।
অচুম্বা লম্বী চৎপা মতমদা য়াম্না লুই লাইদে।
মী খরখক্তনা চৎপা ঙম্মী, মী খরখক্তনসু পন্থুং য়ৌবা ঙম্মী।
অচুম্বা পুন্সি লম্বী অদুখক্তদা নিয়ম কাইদনা চৎনবা হোৎনৌ।
নোরোক্কী লম্বী থোংদি য়াম্না পাকই।
নোরোক্কী লম্বী চৎপদা য়াম্না লাই লুদে।
মী অয়াম্বনা নোরোক্কী লম্বীদা লাইনা চৎলি।
অচুম্বা লম্বী লুই, অরানবা লম্বী লায়।

\- - - - - -

## ঈশ্বরনা অচুম-অরানগী বিচার তৌবিগনি।

নহাক্লা অতোপ্পা মীগী অচুম-অবান বিচার তৌগনু।
অচুম-অরানগী বিচারদি ঈশ্বরনা তৌগনি।
ঈশ্বরনা অচুম অরানগী বিচার শোইদনা তৌগনি, তৌদবা তৌরোই।
ঈশ্বরনা তৌগদবা অচুম-অবানগী বিচার অদু নহাক্লা তৌগনু।
অচুম অরানগী বিচার ঙনবা থেংবা অদুদি শোইদনা লাক্কনি।

নহাক্লা অতোপ্পা মীগী অবান-অশোই বিচার তৌদুনতা লৈরগদি,
নহাক্কীসু ঈশ্বরনা বিচার তৌদুনা লৈগনি
নহাক্লা অতোপ্পা মীগী অরান-অশোই বীচার তৌদ্রগদি
ঈশ্বরনা নহাক্কীসু বিচার তৌবোই।
নহাক্লা অচুম-অবানগী বিচার তৌবিবা অদুগা চপ মান্নরা
ঈশ্বরনা নহাকপুসু বিচার তৌগনি।
নহাক্লা অতোপ্পা মীওইদা তৌবিবা থবক থৌওং অদুগা চপ মান্নরা ঈশ্বরনা নহাক্কীদা তৌগনি, য়েংগনি।
মসিনা তাক্লিবদি মীগী অশোয়-অরান য়েংগনু, থিগনু,
নহাক নশাগী ওইবা অদুতা তৌ যেংউ।

- - - - - -

## উহৈ পানবা উপাখ্রী

ঈশ্ববগী মপাউ লাল্না শন্দোকপা মীওইশিং (প্রোফেটশিং) অদুদগী চেকশিল্লু।
মীওইশিং অসিনা যাম্না ঈংনা তপ্না যাউ মচা অমগী মওং মতৌ অমাগুম্না লাক্কনি।
তশেংনমক মীওইশিং অসিগী থম্মোয়নুংদদি লৌনম চাওবা লম্লক্কি কৈশাল অম্মাগুম্বনি।
নখোয়না তৌথোরকপা থবকশিং অদুদগী য়াম্না লাইনা খংবা ঙমগনি।
অরানবা শন্দোকপা প্রোফেটশিংদগী লাপ্না লৈয়ু।

**অসুম্মা হায়নৈ ঃ**

অঙ্গুর (মহৈ) পান্দবা পাম্বী অশোংবা উরিশিংদি য়াম্নুৎলু,
হৈবোং মহৈ পান্দবা হৈবোং পাম্বীদি য়াম্নুৎলু,

মপুং ফাবা উপাম্বীদি মহৈ চুম্না পানগনি,
মপুং ফানা চাওবা ঙমদবা উপাম্বীদি মহৈ চুম্না পানবা ঙম্লোই
মপুং ফানা চাউবা উপাম্বীনা কৈদৌনুংদা মহৈ চুমদনা
পানবা তৌরোই, মহৈ চুম্না পানগনি।
মপুং মরৈ ফানা চাউবা ঙমদবা উপাম্বীনা কৈদৌনুংদা মহৈ চুম্না পানবা ঙম্লোই।

উহৈ পান্দবা উপাম্বীদি য়াম্নুৎতুনা শিং ওইনা শিজিন্নদুনা মৈ থাদোকউ।

ঈশ্বরগী মপাউ লাল্না শন্দোকপা মীওইশিং তান্থোকপা লাইনা ঙমগনি।
মখোয়না তৌথোবকপা থবকশিং অদুসু লাইনা খংবা ঙমগনি।

- - - - - - -

## য়ুমশাবা মীওই অনি

ঐগী (যিশুগী) ৱাহৈশিং তাবা লৌশিনবা অমদি মথৌদাং অমা ওইনা পাংথোক্লিবা মীওইশিং অদু অশিংবা জ্ঞান লৈবা, ঈশ্বরবু মশক খংবা মীওই ঙাক্তনি। অশিংবা জ্ঞান লৈবা মীওইশিং অদুনা মখোয়গী পুন্সিগী ওইনা লৈনবা য়ুমশিং অদু অকনবা নুং লৈবাক Foundation দগী শাগৎপা হৌই। অকনবা নুংগী লৈবাক্তগী Foundation হৌগৎপা মরম্না নোংগী ঈশিংনা চামথবা ঙমদে। তুরেলগী ঈশিং অচাওবা পাথোরকপা অকনবা ঈশিং ঈচেলনা য়ুম অদুবু তুথহনবা ঙমদে। অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনসু য়ুম অদুবু হুমদোকপা ঙমদে। মসিনা তাক্লিবদি ঈশ্বরনা হায়বা ৱাহৈ লৌশিল্লিবা মীওইশিংগী পুন্সিদি অৱা অনাগী অকনবা চৈথেং ফংবা লৈতে।

ঐগী (যিশুগী) ব্রাহৈশিং মনানা তারগা পুকচেল শেংনা লৌশিনবা ঙমদ্রবা মীওইশিং অদু অপংবা জ্ঞান লৈতবা মীওই ঙাক্তনি। অপংবা জ্ঞান লৈতবা মীওইশিং অসিনা মখোয়গী পুন্সিগী ওইনা লৈনবা য়ুমশিং অদু অকনবা নুং লৈবাক লৈতবা পেৎ পেৎ লাউবা লৈঙোইগুম্বা মথক্তগী Foundation তৌদুনা শাগৎলি। নোং চুবগী ঈশিংনা, তুরেল ঈশিং চাওবগী অকনবা ঈচেলনা, অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনা য়ুম অদুবু হেক্তা হুমদোকই, তুথহল্লি। অকনবা ফাউন্দেসন লৈতবা য়ুম্না তুথবকপা অসি অঙকপনি। মসিনা তাকপদি ঈশ্বরনা হায়বা ব্রাহৈ তারগা লৌশিনবা ঙমদ্রবা, ইথৌদাং অমা ওইনা পাংথোকপা ঙমদ্রগদি পুন্সি লম্বীদা অব্রা অনাগী অকনবা চৈথেং খুদিংমক ফংগনি অমসুং তুথগনি।

যিশুনা অসুম্না তাকপিবগী মওং মতৌ অসিদা মীয়াম্না অঙকপা অমা পোকই। মীয়াম্না হায়, **"সংসার অসিদা যিশুনা আইল-লোশিং তাকপিবা লাকপা ওঝা অমা নত্তে, মহাক ওথোরিটি (Authority) অমা ওইনা য়েংশিনবা শেমদোকপা লাকপনি।"**

- - - - - - -

## ঐবু থাজৌ

ঐনা (যিশুনা) হায়রি, **"ঐহাক্না অনাবা মীশিং ফহনবা ঙম্লিবা অসি ঐঙোন্দা ঈশ্বরনা পীবা** (God's spirit power) **শক্তিননি। অদুগা অতোপ্পা অমনা নখোয়না ঐহাকপু য়াম্না থাজবা ঙম্বনা** (The power of faith upon me) **নখোয়গী অনাবদু মশা মতোম্নতা ফহনবা ঙম্বনি।"**
"Your faith has made you well"

যিশুনা মখা তানা হায়, **"লৈবাক অমা মচেৎ মচেৎ/গ্রুপ গ্রুপ খায়দোক্তুনা অমগা অমগা খৎনচৈনরবা লালথেংনরগদি লৈবাক অদু কুইনা লৈররোই, পাঙ্গল কল্লরোই, তুথরগনি। সহর অমদা লৈরিবা মীশিংনা অমগা অমগা খৎনচৈনরগদি সহর অদু চাওখৎপা ঙম্লরোই। ইমুং মনুং ফেমিলি অমদা লৈরিবা মীশিংনা অমগা অমগা খৎনচৈনরগদি ইমুং অদু কাইগনি।" "লৈবাক অমগী মনুংদা গ্রুপ**

**গুপ নাইনা খাইদোক্লিবা, খৎন চৈনরিবা, হাৎন শুনরিবগী ফিভম অদুমক লৈরগদি মদুগী লৈবাক অদু সৈতানগী লৈবাক** Satan's Kingdom **হায়না তৌগনি। মদুদগী লৈবাক অদু মচেৎ মচেৎ তাগনি, মপাঙ্গল কল্লরোই, চাওখৎলরোই। ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা খৎন-চৈনদুনতা লৈরগদি ইমুং অদু সৈটানগী ইমুং** Satan's family **হায়না কৌগনি।" "নখোয়না ঐহাকপু থাজরগদি নখোয়না থেংনরিবা অরা অনাশিং অদু ঈশ্বরগী শক্তিনা ফহনগনি। ঐনা চৎলিবা লম্বী অসিদা নখোয় নশানা থাজবা লৈদুনা চৎপা ঙম্লগদি নখোয়গী নফমদা ঈশ্বরগী লৈবাক অদু** (Kingdom of God) **লাক্লে।"**

যিশুনা মখা তানা হায়, কনাগুম্বা মী অমনা ঐনা চৎলিবা লম্বী অসিদা চৎপদা শুংথা থাজবা ঙমদ্রগদি মহাক অদু ঐগী মাইযোক্তা লৈ। মহাক্না ঐঙোন্দা মতেং পাংবা ঙমদ্রগদি মহাক ঐগীদা পুনবা ঙমদে। মী খুদিংমক্না ঐবু থাজবা ঙম্লবা, ঐগী লম্বীদা চৎপা ঙম্লগদি নখোয়না অরানবা ৱাঙাং ঙাংলুবা, ফত্তবা থবক তৌরুবগী পাপ্‌শিং অদু লোইনা কোকপিগনি। ঐনা সংসার অসিদা লাক্লিবা অসি ফত্তবা মীগী তৌরুবা থবক্কী পাপ্‌শিং অদু কোকপিগে হায়না লাকপনি।"

মপুং মরৈ ফাবা উপাম্বীনা মপুং মরৈ ফাবা, অফবা উহৈ পী। মপুং মরৈ ফাদবা উ পাম্বীনা মপুং মরৈ ফাদবা উহৈ পী। মপুং মবৈ ফানা, মহৈ চুম্না পাল্লিবা উপালনা উ অদুগী অফবা মশক মমিং অদু তাকই। (A tree is known by the kind of fruit it bears.)

নঙনা ফত্তবা মী অমা ওইরগা করম্না অফবা থবক তৌগনি, অফবা ৱাঙাং ঙাংগনি? মীগী মচিন্না ঙাংলিবা ৱাঙাং শঙাং অসি মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা পুন্নমক অদুদগীনি। অফবা মীনা অফবা থবক তৌবক্লিবা/পুবক্লিবা অসি মহাক্কী লৈজরিবা অফবা পুক্কে অদুদগীনি (A good person brings good things out of his treasure of good things), ফত্তবা মীনা ফত্তবা থবক তৌরক্লিবা/পুরক্লিবা অসি মহাক্কী লৈজরিবা ফত্তবা পুক্কে অদুদগীনি। (A bad person brings bad things out of his treasure of bad things), নঙনা য়াম্না মরুওইনা খঙগদবা অমদি বিচারগী মতম নুমিৎ অদুদা মীওই খুদিংমক্না

মানা মানা ঙাংখিবা ৱাঙাং, তৌখিবা থবকশিং অদুগী মরম অশেংবা অরানবা খুদিংমক (All account) পীবা তাই। (You can be sure that on judgement day everyone will have to give account of every useless word he has ever spoken) নহাক্না ঙাংখিবা ৱাঙাং, তৌখিবা থবকশিং অদুনা নহাকপু অচুম অরানগী বিচাব তৌগনি। নহাক মরাল লৈ/লৈতে, ফত্তবা মীনি/অফবা মীনি হায়বদুসু লেপকনি। (Your words will be used to judge you–to declare you either innocent or guilty)

---------

## ৱারি মচা মচা লিদুনা জ্ঞান তাহনবা

যিশুগী তুং ইনবা মীশিংনা ৱাহং অমা হংঙি, **"যিশু নহাক্না নহাক্কী তুংইনবা মীওইশিংদা ৱারি ৱাতাই শান্নবা মতমদা ৱারি মচা মচা কয়া লিদুনা তাহল্লিবা অদু করিগীনো? ৱাহং অসিগী পাউখুমদা যিশুনা হায় মদুদি স্বর্গগী লৈবাক (Kingdom of heaven) কদায়দা লৈবগে হায়বগী অরোনবা জ্ঞান অদু খংনবা ৱারি মচা মচাশিং অসি শিজিন্নদুনা ঐগী তুংইনবা মীওইশিংদা খংনবা তাকপনি।**

**"ঐনা (যিশু) হায়রিবা পাউতাকশিং অসে মী অয়াম্বনা মখোয়গী নাকোংনা খুদিংমক তাই, তৌইগুম্বসুং মখোয়না করিমত্তদি খংবা ঙমদে।"**

**"ঐনা হায়রিবশিং অসিদা মখোয়শিংনা য়েংঙি, খুদিংমক পুম্নমক য়েংঙি, তৌইগুম্বসুং অচুম্বা হায়বদুদি মখোয়গী মমিৎনা কুপ্ন া য়েংশিন্দে মরমদি মখোয়গী পুক্নিং ৱাখল অদু য়াম্না তল্লি, হৈনিংশানিংদে। মখোয়গী নাকোংনসু তানিংদে, মমিৎ ফাওবা উইশিন্দুনা লৈথোকই। মখোয়না হৈনিং শানিংলগদি, খংনিংলগদি, মখোয়গী মমিৎনা অচুম্বা উগনি, মখোয়গী নাকোংনা অচুম্বা অদু**

**তাগনি। মখোয়গী পুক্লিং ৱাখলনসু অচুম্বা অদু খঙগনি, মখোয়না ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎপা ঙমগনি, ঈশ্বরগী মফম পম্বুং অদুসু য়ৌবা ঙমগনি, মদুদগীদি ঐনা মখোয়গী অৱা অনা, অৱাবা অনাবা খুদিংমকপু ফহনবিবা ঙমগনি।"**

**"ঐগী অশেংবা তুং ইনবশিংদি কয়াদা লাইবক ফরবা! নহাক্কী নমিৎনা অচুম্বা উরে, নহাক্কী নাকোংনা অচুম্বা তারে, নহাক্না অচুম্বা উরিবা, অচুম্বা তারিবা পুম্নমক অদুদা মীওই কয়া অমা, প্রোফেট কয়া অমা লাক্কুনা মদুবু য়েংবা লাক্কগনি।"**

## স্বর্গগী লৈবাক (Kingdom of heaven)

স্বর্গগী লৈবাক হায়বসিদি অফবা মীওইশিংনা লৈনবনি, ফত্তবা মীওইশিংনা লৈনবা নত্তে। ফত্তবা মীওইশিংদি তোঙান্না খন্দোক্কুনা থম্মী, স্বর্গদা চংহন্দে। স্বর্গগী লৈবাক হায়বদু করম তৌই হায়বদু অসুম্না ৱাবি ওইনা লিনৈ।

ঙা ফাবা মীওই খরনা ঙা ফানবা লাং পুদুনা পাত্তা চৎলি। মখোয়না ঙাগী লাং অদু পাৎকী ঈশিং ঈয়াই তম্না হুল্লি। ঙাগী লাং অদুদা মখল মখা কয়াগী ঙাশিং থুদুনা ঈশিং ঈয়াইদগী চিংখৎলকই। লাংদা থুরিবা ঙাশিং অদু পাৎকী কংফালদা থম্লগা লাংদা থুরিবা চাবা য়াবা অফবা অচৌ অচৌবা ঙাশিং ঙা খাউদা হাপচিল্লি অদুগা চাবা কয়া য়াদবা ঙাখাশিংদি হুন্দোকখি। মসিগা চপ্ মান্নবা মীওইবগী চহিগী অরোইবা মতমদদি অসুম হায়না খুদিংমক তৌগনি। অফবা মীওইশিংদি স্বর্গগী লৈবাক্তা লৈহন্নবা লৌশিনগনি অদুগা ফত্তবা মীওইশিংদি তান্থোকখিগনি অদুগা নোবোক্তা লৈহনগনি। মীওইবশিংগী অরোইবা চহিগী মতম অদুদা ঈশ্বরগী ওইবা দুটশিংনা (Angels) লাক্কনি, অদুগা মখোযনা ফত্তবা মীওইশিং পুম্নমক অফবা মীওইশিংগী মবক্তগী খন্দোক্কুনা পুখ্রগা অৱা অনানা থল্লবা মৈ চাক্কুনতা লৈরবা মফমদা লংশিনগনি। মফম অদুদা মখোয়না কপ্‌কনি, ৱাদুনতা লৈগনি, মফম অদু নোবোক হায়না কৌই।

## মবুক শেংদবা মী

যিশুনা মীওই খর মহাক্কী মনাক্তা কৌশিল্লি অদুগা করিগুম্বা পরা খর খংনবা তাকপিরম্মী ঃ

মীওইবা অমগী চিন-য়ানা চাখ্রিবা পোৎশক অদুনা খনাও মনুংদা চংখ্রগা চাকখাও হকচাং মনুং য়ৌরবা মতুংদা চাখ্রিবা পোৎশক অদুনা মী অদুবু অমাংবা শেংদবা, ফত্তবা মী ওইহন্দে। তশেংনমক্তি মী অদুগী হকচাং পুক্লিং ৱাখল ঈহুলদগী থোরকপা, ঈহুলদগী তৌথোরকপা থবক্তা মহাকপু অমাংবা শেংদবা, ফত্তবা হায়বদু ওইহনবনি।

যিশুগী তুং ইনবা মীওই অমনা যিশুদা হংঙি, **"নহাক্না হায়রিবা ৱাহৈশিং অসিনা প্রিষ্টশিংগী থম্মোয়দা শোক্লোইদ্রা?"** যিশুনা পাউখুম পী, **"নখোয়না ঐনা হায়রিবা অদুগীদমক ৱানিংঙাই লৈতে। মখোয়শিং অদুদি মমিৎ তাংবা মীওইশিংবু মমিৎ তাংবা মীওই অমনা লমজিংবিবগা চপ্ মান্নে, মমিৎ তাংবা মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু লমজিংলগদি মীওই অনিমক খোংবান্দা তাশিনগনি।"**

জ্ঞান তান্নবা শন্দোক্লা তাকপিনবা যিশুগী তুংইনবা মীওই অমনা অমুক হংলকখি। যিশুনা মখা তানা শন্দোক্লা তাক্লকখি মদুদি ঃ

মী অমগী চিন য়ানা চাখ্রিবা/চংখ্রিবা পোৎশক অদুনা চাকখাও মনুংদা চংখিবা অদুগা মথংদনা থিবোং-থিরিন্দগী মখা তানা চৎখিদুনা মপান্দা থোকখি। মপান্দা থোরক্লিবা পোৎশক অদুনা মী অদুবু শেংদবা ফত্তবা মী অমা ওইহনদে।

তৌইগুম্বসুং মসিগী ওন্ন-তৈনবদা, মী অমগী চিনবান্দগী থোরক্লিবা, থম্মোয় মনুংদগী মপাল থোরক্লিবা পোৎশক অদুনা মী অমাবু শেংহন্দে ফত্তবা হায়বদু ওইহল্লি। মসিগী অশেংবা অর্থদি মী অদুগী থম্মোয় মনুংদগী থোরক্লিবা পুক্লিং ৱাখলগী ফত্তবা ঈহুলশিং অদুনা মী অদুবু শেংদবা ফত্তবা ওইহল্লি। ফত্তবা পুক্লিং ৱাখলগী ঈহুলশিংনা মী অমাবু মীহাৎপা ওইহল্লি, অরানবা য়ুম্বাল্লোন চৎহল্লি, লমচৎ নাইদবা চৎহল্লি, মীগী মপোৎ মরন হুরালহল্লি, ওইদবা ৱাঙাং ঙাংহল্লি, অরানবা শাখি ওইহল্লি। হায়রিবশিং অসিনা মী অমবু শেংদবা অরানবা ফত্তবা ওইহল্লি। মীওইবনা হায়নৈ, **"চারম থক্লমদাইদা খুৎশা নিংথিনা**

**ঈশিং অরুবনা হামদোক্লগা চাও হায়না।"** অদুবু নহাক্না চাবম থক্লমদাইদা নখুৎ নশা নিংথিনা হামদোক্তনা চাশিনখিবা চাক-যেঞ্জাং অদুনা নহাকপু শেংদবা ফত্তবা মী অমদি ওইহন্দে হাযবনি।

- - - - - - -

## মরা চেৎপা অকনবা লাইশংগী ফাউন্দেসন

নোংমা যিশুনা মহাক্কী তুং ইনবা মীওইশিংদা ৱাহং অমা হংঙি, **"ঈশ্বরগী মচা হায়বদু কনা কনানো?"** খব অমনা John the Baptist নি হায, খবনা Elijah নি হায, অদুগা খব অমনা প্রোফেটনি হায, হাযনা পাউখুম পী। যিশুনা অমুক হংঙি, **"ঐদি করিনি হায়না হায়গনি?"** সাইমোন পেটবনা পাউখুম পী মদুদি নহাক্তি অহিংবা ঈশ্বরগী (Living God) মচানিপানি। যিশুনা মখাতানা হাযবকই **"সাইমোন পেটর, নহাক্না হায়রিবা পুম্নমক অদু অচুম্বা ঙাক্তনি, মসিগী অচুম্বা ৱাফম অসি মীওইবদগী লাকপা পাউ নত্তে, মসিগী অশেংবা অচুম্বা ৱাফম অসি স্বর্গদা লৈবা ঈশ্বর ইপানা নঙঙোন্দা হকথেংননা পীরকপা লাইপাউনি। সাইমোন পেটর নহাক্কী অশেংবা অচুম্বা ঈশ্বরবু থাজবা, পুকচেল শেংবা অকনবা থম্মোয় অদুদগী** (Rocky foundation **দুদগী) ঐহাক্কী লাইশং** (Church) **অদু শাগনি। অশিবা হায়বা অদুনা ফাওবনসু লাইশং অদুবু মাংহনবা ঙম্লোই। ঐনা নঙোন্দা (সাইমোন পেটর) স্বর্গগী লৈবাক** (Kingdom of heaven) **অদুগী থোং অদু হাংবা ঙম্নবগী শো** (key) **অদু পীগনি। য়াম্না মরুওইবা খঙগদবা অমনা নহাক্না সংসার লৈবাক অসিদা অথিংবা পীরিবা খুদিংমক স্বর্গগী লৈবাক্তসু চপ্ মান্ননা নহাকপুসু অথিংবা পীগনি, নহাক্না সংসার অসিদা অয়াবা পীরিবা খুদিংমক অদুগা চপ্ মান্ননা স্বর্গগী লৈবাক্তসু নহাকপুসু অয়াবা পীগনি, অথিংবা লৈরোই।"**

যিশুনা মহাক্কী তুংইনবশিংদা হায়, **“নখোয়না ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎপা পাম্লগদি নশাগী ওইজবা অপাম্বা (self) থীবা খুদিংমক থাদোকউ, ঐগী তুং ইল্লকউ, ব্রাস্তলিনেস ওইগনু, টেম্পটেসন লৈগনু। য়াম্না চেকশিনগদবা অমনা নখোয়না নখোয়গী পুন্সি কনবা অমদি হিংবদি পাম্লগা নখোয়না তৌরিবা থবক্লা অরানবা ঙাক্তনা ওইরগদি নখোয়গী পুন্সি অদু কঞ্জবা ঙম্লোই, কুইনা হিংবসু ঙম্লোই, অদুগা কনাগুম্বা অমনা মপুন্সি করম্না হিংগনি হায়বা থোইদোক্লা খল্লুদবা অদুগা মহাক্লা তৌরিবা থবক্লা অচুম্বা ঈশ্বরগী থবক ঙাক্তনা ওইরগদি মহাক্কী পুন্সি কনবিগনি, কুইনা পুন্সিবসু ওইগনি। মসি হায়বগী অর্থদি ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎনবা হোৎনবদা শিবা ফাওবা কিদবা মীশিংনা কুইনা পুন্সিবা ফংগনি। মীওইবনা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদা চৎপনা হেন্না ফৈ হায়বগী খুদম অমদি - মী অমনা লাল তৌদুনা, সংসার অসি জয় তৌদুনা সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক মহাক্কী ওইরে, অদুবু থংনবা মিৎকুপ্ অমগী মতুংদা মহাক্কী পুন্সি শিরে, মদু ওইরগদি মহাক্লা তোংলিবসি করিনো? করিমত্তা মাগী পুন্সিদা অতোংবা লৈতে। মসিগী অর্থদি অরানবা পাম্বৈ শক্তি শিজিন্নদুনা মিৎকুপ অমগী ওইবা মিংচৎ, মিৎকুপ অমগী নিংথৌ ওইবা অদু করিমত্তা কান্নবা তোংজবা লৈতে। মসিগী মহৎত্তা অচুম্বা পুন্সি লম্বীদা চৎপনা হেন্না ফৈ অমসুং মীয়াম্নসু তমজনিংঙাই ওইবা পুন্সি অমসু ওইহল্লি। সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক অফবা অচুম্বা ফজবা ঙাক্তনি অদুবু মীওইবগী হকচাং পুক্নিং ব্রাখলগী অপাম্বা টেম্পটেসন্না কল্লক মীহৌবনা ফত্তবা ঙাক্তনা ওইহনবনি।**

## স্বর্গ লৈবাক্তনা কনানা ইচাউ চাউই

যিশুগী তুং ইনবা মীওই অমনা যিশুদা ব্রাহং অমা হংঙি, **“স্বর্গগী লৈবাক্তনা করম্বা মীওইনা ইচাউ চাউই?”** মতাং অদুদা যিশুনা অঙাং অমা কৌশিল্লগা মখোয়গী মমাংদা লেপহল্লি অদুগা হায়রকই, **“নখোয়গী**

**কল্লক মিহৌবা ওইজবা থিবা, নাপল কাবা পুম্নমক থাদোকপা ঙমদ্রিবমখৈ অদুগা অতোপ্পা অমনা ইচম চম্লবা অঙাং অসিগা চপ্ মান্নদ্রিবা মখৈদি নখোয়না স্বর্গগী লৈবাক্তা** (Kingdom of heaven) **চংবা ঙম্লোই। স্বর্গগী লৈবাক্তা খ্বাইদগী চাউবা মী অমা ওইবা হায়বা তারগদি ইচম চম্বা, নোল্লুকপা, নাপল য়াওদবা, কল্লক মিহৌবা লৈতবা, নশাগী ওইজবা থিদবা, অঙাং মচা অমগী চপ্ মান্নবা মওং মতৌ অদুনি। কনাগুম্বা মী অমনা ঐগী মিংদা (যিশুগী মিংদা) অতোপ্পা মী অমবু তরাম্না কৌশিল্লগদি মহাক্না ঐহাকপু কৌশিনবগা চপ্ মান্নে।"**

## "থাজবা (Faith) থম্মু"

নহাক্না ঐঙোন্দা থাজবা থম্লিবা অদু কৈদৌনুংদা মাং হনবা তৌগনু। করিগুম্বা অমনা নত্ত্রগা কনাগুম্বা অমনা নহাক্কী থাজবা অদুবু মাংহনখ্রগদি নহাক করিমত্তা কান্নবা লৈত্রে। **"থাজবা লৈত্রিবা মী অদুগী মখৌরিদা নুং অচৌবা অমা য়ানশিল্লগা য়াম্না লুবা সমুদ্রদা লংথখিবা থাদখিবনা হেন্না ফরগনি।"** মসিনা তাকপদি অচুম্বা থাজবা থম্বা হায়বসি অদুক্কী মতিক য়াম্না মকওই হায়বনি। সংসার অসি অঙকপনি, সংসার অসিদা অঙক-অঙকপা পোৎশক কয়ামুক লৈ, পোৎশকশিং অসিনা মীওইবগী অশেংবা অচুম্বা থাজবশিং অদুবু হেক্তা মাংহল্লি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি মতম খুদিংদা থোক্কুনতা লৈ। কয়াদা ঙকখ্রবা, কিখ্রবা! মসিনা মীশিংবু থাজবা মাংহল্লিবা!

নহাক্কী অচুম্বা থাজবা থম্বা অদুননি থবক পাংথোকপা ঙমগদৌরিবা! স্বর্গগী লৈবাক্তা চৎপা ঙমগদৌরিবা। নহাক্কী থাজবা মাংলিবা অদু করিননো? **"নহাক্কী নখুৎনা নহাক্কী থাজবা অদু মাংহনবা ওইরগদি থাজবা মাংহল্লিবা নখুৎ নামা অদু কক্থৎলগা লংথোকখো। নহাক্কী নখোংনা নহাক্কী থাজবা অদু মাংহনবা ওইরগদি থাজবা মাংহল্লিবা নখোং নামা অদু কক্থৎলগা লংথোকখো। থাজবা অদু থম্নবা নখুৎ নামাতা, নখোং**

**নামাতা পান্দুনা পুম্বি হিংবনা হেন্না ফরগনি। অদুগা নহাক্কী নমিৎনা নহাক্কী থাজবা অদু মাংহনবা ওইরগদি থাজবা মাংহল্লিবা নমিৎ নামা অদু কোত্থোক্লগা লংথোকখো। থাজবা অদু থম্মবা নমিৎ নামাতা পান্দুনা পুম্বি চুম্মা হিংবনা হেন্না ফরগনি। মসিনা তাক্লিবদি অচুম্বা পুম্বি অমা হিংবদা অচুম্বা থাজবা য়াম্মা দরকার ওই। মসিনা অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎনবনি। অচুম্বা থাজবা লৈত্রবা মী অদুদি অরানবা, পাপ্কী ফত্তবা লম্বীদা** (Temptation to sin) **চৎলি।**

## অরোইবা ঈশ্বরগী ৱায়েল (The final Judgement)

নোংমদি ঈশ্বরগী মচানা মালেম সংসার অসিদা নিংথৌ অমা ওইনা লাক্লগা পাল্লগনি। অদুগা নিংথৌগী তুং ইনবা দুটশিংগা (Angels) লোয়ননা ফম্মীন্দুনা লৈগনি। নিংথৌনা মহাক্কী ফম্বান্দা ফমগনি। মতম অদুদা মালেমদা লৈরিবা মী খুদিংমক লাক্লগা নিংথৌগী মমাংদা ফল্লগনি। অদুদগী নিংথৌনা মীওই খুদিংমক অদু অনি থোক্লা (গ্রুপ অনি থোক্লা) খায়দোক্লগনি। নিংথৌনা অচুম্বা চৎপা মীওইশিং অদুনা মহাক্কী খুৎকি য়েৎ থংবা নাকন্দা ফমহনগনি অদুগা অতোপ্পা লেমহৌরিবা মীওইশিং অদুনা মহাক্কী খুৎকি ওই থংবা নাকন্দা ফমহনগনি।

নিংথৌনা মহাক্কী খুৎ য়েৎকী নাকন্দা ফল্লিবা মীওইশিং অদুদা হায়বক্কনি, **"নখোয় লাক্লো, নখোয় খুদিংমক ঐগী স্বর্গদা লৈবা ইপানা মঙ্গোল পীরবনি, চানবিরবনি, স্বর্গ লৈবাক অসি নখোয়না নুংঙাইনা লৈনবা ঐনা শেম্লবনি। ঐনা নখোয়দা মঙ্গোল পীরিবগী মরমদি ঐনা চাক লাম্বা মতমদা নখোয়না ঐবু পীজে, অরাম খৌরাংবা মতমদা নখোয়না ঐবু পীথকই, ঐনা লম্লানবা অমা ওইনা লাকপা মতমদা নখোয়না ঐবু নখোয়গী য়ুমদা কৌশিন্দুনা লেকহল্লি, ঐগী শেৎন ইন্নবা ফিরোল লৈতবা মতমদা ঐগীদমক্তা ফিরোল পীবি, ঐনা হকচাং নারবা মতমদা নখোয়না ঐবু লায়েংবি, ঐনা বন্দি ওইনা লৈরবা মতমদা**

**নখোয়না ঐবু য়েংশিনবি।**

নিংথৌগী য়েত্তা ফম্লিবা অচুম্বা চৎপা মীওইশিং অদুনা নিংথৌদা হংলকই, **"ঈশ্বর নিংথৌ নহাক্না চাক লাম্মী হায়না হংখিবা মতম অদু ঐখোয়না উখিবা, খংখিবা লৈতে, অদুগা নিংথৌবুসু ঐখোয়না চাক পিজখিবা লৈতে, অরাম খৌরাংবসু উখিদে, পিজ-পিথকখিবসু তৌখিদে, নিংথৌনা লম্নানবা অমা ওইনা লাকখিবসু উখিদে, য়ুমদা কৌশিন্দুনা লেকহনখিবসু তৌখিদে, ফিরোল শেত্তবসু উখিদে, ফিরোল পিখিবসু লৈতে, নিংথৌনা লায়না নাদুনা লৈবসু উখিদে, ঐখোয়না নিংথৌবু লায়েংবসু তৌখিদে, বন্দি ওইনা লৈবসু উখিদে, ঐখোয়না নিংথৌবু সেবা তৌবসু তৌখিদে। মতাং অসিদা নিংথৌনা পাউখুম পীরকই "ঐগী তোল্লা তারবা মীওইশিং, মখোয়গীনি হায়বদা কনাসু লৈত্রবা লায়রবা মীওইশিং অদুদা নখোয়না মতেং পীখি, সেবা তৌখি, নখোয়না মীওইশিং অদুদা সেবা মতেং তৌরিবা অদু ঐগীদমক্তা তৌখিবনি।"** মদুগী মতুংদা নিংথৌ অদুনা মহাক্কী মখুৎ ওইগী নাকন্দা ফম্লিবা মীওইশিং অদুদা হায়রকই, **"নখোয় ঐগী নাক্তগী লাপ্না চৎখ্রো! নখোয় ঈশ্বরগী দন্দি ফংলগনি। নোরোক্কি মফমদা দুটশিংনা নখোয়বু লাক্নগনি, নখোয়না নশাগী ওইজবা খক্তা খল্লি, ঐনা চাক লাম্লবা মতমদা নখোয়না খজিক্তা ফাওবা ঐঙোন্দা পিজদে, অরাম খৌরাংলবা মতমদা ঈশিং খজিক্তা ফাওবা পিথকপা ঙমদে, ঐনা লম্নানবা অমা ওইনা লাক্লবা মতমদা নখোয়না নখোয়গী নয়ুমদা ঐবু ঙাইহাক্তা ফাওবা কৌশিন্দে, ফিরোল শেৎন ইন্নবা অমত্তা লৈত্রবা মতমদা নখোয়না ফিরোল অমত্তা ফাওবা ঐঙোন্দা পীবা ঙমদে, ঐনা হকচাং নারবা মতমদা নখোয়না ঐবু খজিক্তা ফাওবা লাইয়েংবিদে, ঐনা বন্দি ওইনা লৈরবা মতমদা নখোয়না খজিক্তা ফাওবা য়েংশিনবিদে।"**

মীওইশিং অদুনা নিংথৌ অদুদা হংলকই, **"ঈশ্বর নিংথৌ নহাক্না চাক লাম্মি হায়না লাকপা মতম অদু উখিদে, অরাম খৌরাংঙি হায়বদুসু উখিদে, লম্নানবা ওইনা চংলকপসু উখিদে, ফিরোল শেৎনিংঙাই**

লৈতে হায়বদুসু উখিদে, অনাবা মী অমা ওইনা লাকপসু উখিদে, বন্দি ওইনা লৈরম্বসু থেংনদে। ঐখোয়না করম্বা মতমদা, করম হায়না মতেং পাংগদৌরিবনো? মতাং অদুদা নিংথৌনা পাউখুম পিরকই, "ঐগী খ্বাইদগী লায়রবা তোল্ল- তারবা করিশু লৈজদ্রবা মীওইশিংনা নখোয়গীদা করিগুম্বা অমখক্তং নিরকপা মতমদা নখোয়না নখোয়গী লৈজরিবা অদুদগী খজিক্তং ফাওবা পীবা, মতেং পাংবা ঙমদে। মসিনা তাকপদি নখোয়না ঐঙোন্দা মতেং খজিক্তা ফাওবা তৌনিংদে হায়বনি। নখোয়না অৱা অনাগী দন্দি, অদু ফংবা তারে। অদুগা অচুমবা চংপা মীওইশিংনা স্বর্গগী নুংঙাইবা পুন্সি eternal life অমা ওইনা পানবা তারে।

\- - - - - -

## অপাম নুংশিগী মরমদা খঙজিনগদবাঃ

অপাম্- নুংশি, কল্লক মীহৌবা পোকপা করম্না ঙাকথোক্কনি হায়বগী মতাংদা স্ক্রিপচরনা অসুম্না ইরি। অহানবদা ইন্দ্রি সেক্সনা হকচাংদা অপাম-নুংশি কল্লক মীহৌবা পোকহল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা মীওইবগী উবগী শক্তি পীরিবা সেক্স মীৎ অসিনা পোংশক অমা নংত্রগা নুপা/নুপী অমদা অপাম নুংশি কল্লক মীহৌবা টেম্পটেসন অমা ৱাখলদা হকচাংদা ফাওহল্লি। কল্লক মীহৌবা পোকপা হায়বা অসি পাপ্কী/ফত্তবগী লম্বীদা চংনবগী মরম অমনি। কল্লক মীহৌবগী টেম্পটেসন অসি মতাং চানা থিংবা ঙমহৌদ্রগদি হকচাংদা, ৱাখলদা চঙখিদুনা, হকচাংনা পাম্বা থবক অদু পাঙথোকই। ফত্তবা টেম্পটেসন অদু হকচাংনা পাঙথোক্লবনিনা হকচাং অদু ফত্তবা ওইরে। মসিগা চপ মান্ননা নহাক্কী নখুৎ য়েংনা ফত্তবা তৌরগদি মমৈথংদা নহাক্কী হকচাং পুম্নমকসু ফত্তবা ওইরক্কনি। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বদি ফত্তবা তৌরিবা নহাক্কী নখুৎ য়েৎ অদুনা নহাক্কী হকচাং পুম্নমকপু মাঙহন্দ্রিঙৈগী মমাংদা ফত্তবা তৌরিবা নখুৎ য়েৎ

**অদু ককথৎলগা হন্দোকখো হায়বনি। মসিনা লেমহৌরিবা নশা পুম্নমকপু ফত্তবদগী কনবা ঙমগনি। মসিনা তাকপদি নহাক্কী নশা পুম্নমকপু মাঙননবা হোৎনরিবা নহাক্কী নখুৎ য়েৎ অদু নিয়ম নিতি চুম্না অচুম্বদা শীজিন্নৌ হায়বনি। হকচাংগী ইন্দ্রি সেন্সশিং অসি নিয়ম নীতি চুম্না শীজিন্নরিবা মখেদি ঐখোয়গী হকচাং পুম্নমক অসে মাঙবা ঙমদে।**

- - - - -

## য়ুম্বাল কৈবানবগী মরমদা খঙজিনগদবা ঃ

নুপা নুপী অনি অদু মশা মশা য়ানদুনা পুন্সি লৈপুন শেমদুনা লৌন-লৈনরে অদুবু করিগুম্বা মরম থৌদোক অমদগী নুপা নুপী অনী অদু খাইদোক্নরে। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বদি নুপা নুপী অনি অদুগী খাইদোক্নবা অদু অমুক য়াশিন্নদুনা লৈমিন্নবা হোৎনবা তাই। করিগুম্বা য়াশিন্নবা ঙমদ্রগদি হোলি নিয়মগী মতুং ইন্না নুপা নুপী অনি অদু মতোম মতোমতা লৈবা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। মসিনা হোলিগী লম্বীদা চৎপা ঙমহল্লি।

অদুবু হোলিগী নিয়মগী ৰাংমদা নুপা অদুগী নুপী অদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক হন্না ময়ুম পাল্লবা অমদি নুপা অদুনসু অতোপ্পা নুপী অমমুক অমুক হন্না লৌরগদি নুপা নুপী অনি অদু হোলি লাইফ পুরা ওইবা ঙল্লরোই হায়বদি এডল্টরি হায়বা ফত্তবা (পাপ্) অমা নুপা নুপী অনি অদুনা লংজরে। হোলিগী নিয়মদা য়ুম হন্না হন্না পানবা ইচা হন্ন-হন্না পোকপা য়াদে। ঐখোয়না হোলিগী নুপা নুপীগী কোপল অমা হায়বা তারগদি নুপা নুপী অনি অদুনা লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা কায়নবা খায়নবা য়াদবা নুংশিবগী অরেপ্পা পুন্সি লৈপুন অমা শেম্বা ঙল্লবা মতুংদা লুহোংদুনা লৌন-লৈনবদুনি। মদুগী মতুংদা অঙাং ১/২ লৈরবা মতুংদা হোলি কোপল অদুনা মচিন-মনাও, মচে-মচল অমগুম্না নুংশিননা লৈমিন্নবা অদুনি। অদুগা হোলি ডিসিপ্লিন নিয়মগী মখাদা চত্তুনা য়াম্না লাইনা হোলি কোপল অমদি হোলি ফেমিলি ওইবা ঙম্মী।

- - - - -

## ৱাশকপা ফত্তে

মী অমনা তোয়না তোয়না মচিন্দা ৱাশকইবা প্রোমিস তৌরিবা মী অদু তোয়না তোয়না অরানবা চুমদবা থবক তৌই। মীওইবনা তোয়না ঈশ্বরগী মমিং পন্দুনা নৎত্রগা করিগুম্বা পোৎশক অমগী মমিং পন্দুনা ৱাশকপা ফত্তে। ৱাশকপগী মহুত্তা অচুম্বা চৎপা ঙম্মবা হোৎনবনা হেন্না ফৈ। তাইবঙপান্দা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক তাইবঙ শেম্বা ঈশ্বরনা শেম্বী শাবীবা ঙাক্তনি। করিগুম্বা ঈশ্বরগী মমিং পন্দুনা ৱাশকপা অদু অচুম্বা ওইখ্রগদি/পাঙথোকপা ঙমখ্রগদি মদু য়াম্না ফৈ অদু নত্তদুনা অরানবা চুমদবা ওইখ্রগদি মদু য়াম্না ফত্তে। ৱাশক কায। স্ক্রিপচরনা হায়বদি ঈশ্বরগী মমিং পন্দুনা ৱাশকপগী মহুত্তা অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি শীজিন্নবা য়াই- ঐ তৌই/ঐ তৌদে, ঐ খংঙি/ঐ খঙদে, ইংলিসকী ৱাহৈদা হায়রগনা য়েস ওর নো হায়না শীজিন্নবা য়াই। মসিনা অচুম্বা ঙাঙবদা/অচুম্বা তৌবদা মতেং পাংঙি। **ঐখোয়না খঙগদবদি তোয়না তোয়না ৱাশকইবা মী অদু তোয়না তোয়না অরানবা ঙাঙবা/ অরানবা তৌবা মীনি**। হায়নবা লৈ, ঈশ্বরগী মিংদা ৱাশকইবা মী অদু ঈশ্বরগী ৱায়েল ফম্বান্দা কাবা তাবনি। ঐখোযনা থাজবা য়াই মদুদি মীওইবগী ৱাযেল বিচারদগীদি নান্থোকপা য়াই অদুবু ঈশ্ববগী ৱায়েল -বিচারদগীদি নান্থোকপা য়ারোই।

- - - - -

## য়েক্লববু নুংশিবা ঙম্মুঃ

নহাক্কী য়েক্লবনা খৎনবা হৌবিবা মহাক্কী অপাম্বা অদু খঙদোকপা দবকাব ওই। মহাক্কী অপাম্বা অদু পীবা ঙম্লবদি পিথোকখো হায়বনি। শম্না হাযববদা য়েক্লবনা মবুক লাম্লগদি পীজৌ, খৌরাংলগদি পিথকউ, অপাম্বা অদু মখোযনা ফংলগদি মমৈথংদা ইকাইবা অমা মখোযদা পোক্লক্কনি। ফত্তবনা নহাকপু মাযথিবা পীহনগনু। নহাক্কী অফবনা ফত্তববু মায়থিবা পীবা ঙম্না তাই।

য়েক্লবনা নহাক্কী মাঙ তাক্লবা শিল্লগসু নহাক্লদি মখোয়গীদমক্তা অফবা

তৌ। নঙবু নুংশিবা মীওইখক্তা নহাক্না নুংশিরগদি করম্না ঈশ্বরগী মঙ্গল ফংগদৌরিবনো? নঙবু মতেং পাংবা ঙম্বা মীওইখক্তদা নহাক্না মতেং পীবা ওইরগদি করম্না ঈশ্বরগী মঙ্গল ফংগদৌরিবনো? মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বগী মতুংইন্নদি নহাক্কী য়েক্লবা, চান্নবা মরুপ অনীমকপু নুংশিবা ঙম্বা তাই। নঙবু মতেং পাংবা ঙম্বা, ঙমদবা মীওই অনিমক্তা মতেং পাংবা তাই। নঙনা মতেং পাংলুবগী মহৈ হল্লকপা হল্লক্তবা থিগনু। মদু নঙনা তৌবগীদমক ঈশ্বরনা নহাক্কী রিৱার্ড অমা থমদুনা লৈ হায়বসি থাজৌ।

\- - - - - -

## ফত্তবা/য়েক্লবগী লমন খুম্বা ফত্তেঃ

মীয়াম্না হায়নৈ মদুদি ফত্তবা তৌবা মী য়েক্লবদা চপ্ চানা লমন খুম্বা তাই। অদুবু ঐগী য়াথংগী মতুংইন্নদি- কনাগুম্বা মী অমনা নংঙোন্দা অরানবা ফত্তবা অমা তৌরকপ্লবা মতুংদা নহাক্না ফত্তবা অদুগী লমন খুম্বা তৌগনু। লমন খুম্লুরগদি ফত্তবা হায়বদু ওইগনি। খাঙবা কল্লু Tolerance power লৈয়ু।

\- - - - - -

## মতেং করম্না পাংগনিঃ

**নহাক্না কনাগুম্বা লায়রবা তোল্ল-তারবা মীদা মতেং পাংনিংলগদি মতেং অদু কনা অমত্তা খঙহন্দনা তুমিন্না মতেং অদু পীয়ু। মতেং পাংবা অদুদা নহাক্কী নরুপ-নপাং ফাওবা অমত্তা খঙহনগনু।** মসিগী অর্থদি মতেং পাংবা হায়বসি নহাক্কী অরোনবনি, নথৌদাংনি, অচুম্বনি। মদু ঈশ্বরনসু উবা ঙমগনি। অদুবু কনাগুম্বা খরদি তোল্ল তারবা লায়রবদা মতেং পাংবা মতমদা মীয়াম মমাংদা হায়বদি মীয়াম তীনবা লাইশঙ অমদি লম্বী শোরোক্তা মতেং পাংবা অদু মীয়ামদা উখোকপা পাম্মী। মসি তৌরিবগী মরমদি মতেং পাংবগী মীংচৎ অমদি থাগৎপা পাম্মী।

ঈশ্বর খুরুমজবগী মতাংদসু - **লাই খুরুমজবা মতমদা ঐখোয়না**

**অচিকপা মকমদা নংত্রগা য়ুমগী কাদা য়াম্না চিক্না শান্তি লৈনা প্রেময় তৌবনা হেন্না অকবা ফল ফংবা ঙম্মী। মীয়াম তিনবা লাইশঙদা নংত্রগা মীয়াম তিনবা মকমদা লাই খুরুমজবদি পুক্লিং চঙবা ঙমদে, ইরাং লাংঙি। হোলি ওইবা মীশিংনা লাইশঙ হায়বসি মহাক্কী হকচাংনি হায়না খল্লে। মহাক্কী হকচাং শেংনা থম্বা ঙম্নগদি মহাক্কী লাইশঙ অসি শেংনা থম্বা ঙম্মী হায়না খল্লে। মতম লৈবা খিবিত্তনা ঈশ্বরগী মীংখৈ শোন্দুনা মহাক্কী রাখল কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনজে। হোলি ওইবা মীনা মখোয়গী মমিংনা অচুম্বদা য়েংদুনা মশাগী হকচাং ইন্দ্রিবু শেংনা থম্নবা হোৎনজে। করিগুম্বা ঐখোয়গী মিৎনা শেংদবা অরানবদা য়েংদুনা লৈরগদি হকচাং ইন্দ্রি অসে শেংনা চুম্না থম্বা ঙমদে। মরম অসিননি মিৎ হায়বা ইন্দ্রি সেন্স অসিনা হকচাংদা মঙাল পীবা ঙম্মী হায়রিবসি।**

\- - - - - -

## Riches in Heaven (Luke 12.33 - 34)

"Do not store up riches for yourselves here on earth, where moths and rust destroy, and robbers break in and steal. Instead, store up riches for yourselves in heaven, where moths and rust cannot destroy, and robbers cannot break in and steal. For your heart will always be where your riches are.

\----------

## করিগী পুন্সি রারিবনো?

মীওইবগী পুন্সিনা হিংবদা শুবা নোম্বা দরকার ওই। থবক শুবা নোম্বনা মীওইবনা হিংবা ঙম্লীবনি। মীওই খরদি থবক শুনা শুনা মখোয়গী রাখন্দা হয়েংনা করি চাগনি অদুগা হংচিংনা করি শেংকনি হায়বগী রাখন্দা মতম পুম্নমক্তা রাদুনতা লৈ। মসিনা ইশাদা য়াম্না রাহনবতা নত্তনা নুমিৎ খুদিংগী

অৱাবা খন্নবগীদমকসু মচাক ওইহল্লি। **"নহাক্কা ঈশ্বরগী অচুম্বা নিংতম্বা লম্বী অসি খংলগদি নহাক্কা ৱারিবা হয়েং করি চাগনি, হংচিং করি শেংকনি হায়বা অদু কোকপা ঙমগনি"**। মীওইবনা হিংবদা চিঞ্জাক ফিরোল, লৈফম দরকার ওই। মসিগী মথক্তা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বী খঙবা ঙম্লগদি মীওইবগী পুন্সিনা করম্না হিংগদগে হায়বগী জ্ঞান অদু ফংবা ঙম্মী। মসিনা মীওইবনা হিংবদা থেংনরিবা অৱা অনা কয়াদগী ঙাকথোকচবা ঙমহল্লি। **"উচেক ৱাইয়াশিংনা নুম্মিৎ খুদিংগী মচিঞ্জাক থিদুনা চায়, মখোয়দা হয়েং করি চাগনি হায়বগী অৱাবা অমত্তা লৈতে, হয়েংগী হায়বা চাব-থকপগী পৈশিনবসু লৈতে, চান্নবগী মরু হুনবসু লৈতে"**। উচেক ৱাইয়াশিংনা হিংবদা লাইনা হিংঙি অদুগা মীওইবনা হিংবদা খর লুই। হিংবদা খেৎনবা লৈরগসু মীওইবনা ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বী খঙলগদি উচেক-ৱাইয়াশিংনা লাইনা হিংবগুম্না হিংবা ঙমগনি। চাবা থকপা শেংপগী ৱানিংঙাই থোইদোক্না লৈরোই। ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদা থাজবা থম্মু হায়বনি। হয়েংগী চাব-থকপা শেংপগীদমক্তা য়াম্না ৱাবা মীনা যাম্না শাংনা পুন্সিবা ঙমবব্রা? ঐখোয়না অচুম্বদা খজিক্তা ফাওবা ইশাদা থাজবা থম্বা ঙমদ্রিবনো? ঈশ্বর থাজবা ঙমদবা মীনা মখোয়গী চাবা থকপা শেংপগীদমক্তা য়াম্না ৱাজে। ঈশ্বরদা থাজবা থম্লগদি ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎ অসি অচুম্বা চৎপা ঙমদুনা পুন্সিনা হিংবদা চাবা শেংপগী ৱানিংঙাই করিসু লৈতে। সংসার অসিদা ঈশ্বরনা পুম্নমক পীরবনি। মীওইবনা করম্না চাগনি, করম্না শেংকনি হায়বা জ্ঞান অদু খঙবা ঙম্বা অদুখক্তনি। মীওইবগী পুন্সিদি চাব থক্পা শেংপগীদমক্তা হিংগদবা নত্তে। পুন্সিদা অরানবা লম্বীদা চৎলুরগদি সংসারগী অৱা অনাগী পোৎলুম পুবা তাবনি। পুন্সি হায়বসি করিমত্তা নত্তে পোকপা অমসুং শিবগী ঈপাক অসে মনিংতম্না লাইনা লানবা ঙম্বা অদুখক্তনি। মনিংতম্না হিংবা মীনা লাইনা পুন্সি ঈপাক লানবা ঙম্মী। মীখাপোন্না হিংবা মীনা পুন্সি ঈপাক ৱানা লাল্লী। মীওইবনা হিংবদা থবক অমত্তা তৌদনা হিংবদি য়ারোই। মীওইবনা ইশাগী অচুম্বা থবক তৌবতা নত্তনা মীবুসু শেম্বীবা ঙম্বগী থবকসু তৌবা ঙম্বা তাই। থবক অমত্তা তৌদনা ঐখোয়না নিংতম্বদি ফংলোই। ঐখোয়গী অচুম্বা থবক্না ঐখোয়গী ৱাখল হকচাং নিংতম্বা ফংগদবনি অদুগা অরানবা থবক তৌরুবগদি ঐখোয়গী ৱাখল হকচাং মীখা পোনবা তাবনি। মরম অসিননি

ঐখোয়না হিংগদৌরিবা পুন্সি মরেল অমদি তৌগদৌরিবা থবক অদু মনিংতম্বা থবক্লা নৎত্রগা মীখা পোন্না হিংবা পুন্সি মরেলগী থবক্লা হায়বদু হান্না খঙদোকপা দরকার ওই। অচুম্বা শিনফম্ অমদি অচুম্বা পুন্সি মরেল খঙহৌদ্রগদি তৌরুবা থবক্লা মীখা পোন্না বোন্দেজ ওইনা পুন্সি হিংঙি।

- - - - - -

## মিৎনা হকচাংদা মঙাল পী !

মীওইবগী মিৎ হায়বসি হকচাংদা মঙাল পীবা ঙম্বা থাংমৈ অমাগুম্বনি। নহাক্কী নমিৎ অদুনা অফবা অচুম্বদা য়েংলগদি নহাক্কী হকচাং পুম্নমক অফবা ওইগনি, পুকঙাল ঙানগনি। অদুবু নহাক্কী নমিৎশিং অদুনা অরানবা ফত্তবদা য়েংলগদি নহাক্কী হকচাং পুম্নমক অদু ফত্তবা অমম্বা ওইগনি। নহাক্কী নমিৎনা অচুম্বা মঙাল পীবা ঙম্লগদি নহাক্কী হকচাং পুম্নমক মতম খুদিংদা ঙান্দুনতা লৈবন। অচুম্বদা লাইনা চৎপা ঙমগনি।

## <u>Parable : A story used by Jesus to teach spiritual lession</u>

স্পিরিচুয়েলগী পরা তম্বীবা মতমদা, ছাত্র- ছাত্রিশিংবু জ্ঞান তান্নবা, তাকপি তম্বীবদা অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইহল্লগা শেমজিন-শাজিনবা ৱারি মচা কয়া শেমদুনা তাকই। খৃষ্টানগীদা ইবা ৱারি মচাশিংবু পেরেবল হায়না কৌই। যিশু খৃষ্টনা ৱারি মচাশিং অদু মহাক্কী তুংইনবা মীওইশিংদা জ্ঞান তান্নবা তাকপি তম্বী। মণিপুরিদা হায়রগনা ফুঙ্গা ৱারি কৌই। করিগুম্বা অমা অদু তৌগনু ফত্তে নত্রগা মদু তৌ ফৈ হায়বা ওঝা গুরুনা তাকপিবা অদু ছাত্রশিংনা পুরা খংবা ঙমদে। মরম অসিনা অহল লমন ওঝা গুরুশিংনা ৱারি মচা ফুঙ্গা ৱারি কয়া লিদুনা হৌরক্লিবা মীরোল কয়াবু জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনৈ।

- - - - - -

## লবুক্তা মহৈ মরোংগী মরু হুনবা

লৌউবা নুপা অমনা মাগী লবুক্তা মহৈ মরোং লোক্লবগীদমক মরু মরাং হুল্লি। মখুৎনা মরু মরাং হুনবা অদুদা মরু খবদি শোইবদগী লম্বী শোরোক্তা তাখি। লম্বী শোবোক্তো তাখিবা মরু মরাং অদুদি উচেক ব্রায়ানা খুন্দুনা চাথোকখি। মরু মরাং খরা অমদি লৈবাক্কী অকনবা রোক্কি ওইবা অতোংবা মফমদা তাবা মরম্মা মতোন থোক্লবা মতমদা নুমিৎকী নুংশানা অমুক য়ৈবদগী পাম্বী মচাশিং অদু শিরে। মরু মরাং খরা অমদি উ- ব্রা, নাপী শিংবী হৌবা মোংশোংগুম্বা মফমদা তাবা মরম্মা খরমখৈদি হৌগৎলম্লগা মহৈ পানবা ঙমদনা পাম্বীশিং অদু শিবে। মরু মরাং খবা অমদি অফবা লৈবাক লৈহাও চেনবা মফমদা তাবা মবম্মা য়াম্মা মপুং ফাবা পাম্বী ওইরক্লুনা মহৈ মরোং নীংথজনা পাল্লে।পাম্বী খবা অমদি মহৈ মরোং ১০০ দা ১০০ পাল্লে, পাম্বী খরদনা ১০০ দা ৬০ পাল্লে, খরদনা ১০০ দা ৩০ পাল্লে।

ব্রারী আসিগা চপ মান্নবা, সংসার অসিদা ঈশ্বরগী পাউজেল, ঈশ্বরগী ব্রাহৈ কাচিন কোয়া থুংনা শন্দোক্লুনা লৈ। মীপুম খুদিংমক্লা পাউজেলশিং অসি লোইনা তায়। মদুতসু নত্তনা ঈশ্বরগী ব্রাহৈ স্ক্রিপচর মীওই অয়াম্বনা ফংনৈ। অদুবু মীওই খরদি ঈশ্বরগী ব্রাহৈশিং অসি মখোয়গী নাকোংনা তারগসু খঙবা ঙমদে, লৌশিনবসু ঙমদে। কান্নবা কবিনো হায়বসু খঙবা ঙমদে। মসি লৌউবা মী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা মরু খরা লম্বী শোরোক্তা তাখিবা উচেকব্রায়ানা খুল্লগা চাথোকখিবা অদুগা চপ মান্নে। মথংদা মীওই খরা অমনা ঈশ্বরগী পাউজেল তারে অমসুং লৌশিল্লে। অদুবু পাউজেল অদু কুইনা মশাদা থম্বা ঙমদে অমদি প্রাক্টিস তৌনবসু হোৎনদে। ঈশ্বরগী মেসেজ অদু প্রাক্টিস তৌবদা মশাদা অব্রাবা লৈরবনিনা ঈশ্বরগী ব্রাহৈ থাজবা লৈত্রে অমসুং থাদোক্লে। মসি ঙসাইগী লৌমী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা মরু খরা অতোংবা অকনবা রোক্কী ওইবা লৈবাক্তা তাখিবা, খরমখৈদি হৌরম্লগা লৈবাক লৈহাও লৈতবনা পাম্বী কংখিবা অদুগা চপ মান্নে। মথংদা মীওই খরা অমদি ঈশ্বরগী পাউজেল অসি তারে অমসুং মশাদা লৌশিল্লে অদুগা প্রাক্টিসসু তৌগে হায়না খল্লে। অদুবু খাংবা কনবা ঙমদবা, পুক্সিনা হেন্না লুনা খনবা, অব্রা অনানা হেন্না লুনা খনবা

অমদি পৈশা, ইনাক খুনবা পাম্বা মরম্না ঈশ্বরগী ব্রাহৈশিং লুনা খল্লক্লে। মসিনা প্রাক্টিস তৌবা ঙমদ্রে অমসুং কান্নবা অমত্তা ফংদ্রে।

মসি ঙসাইগী লৌমী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা মরু খরা নাপীশিংবী হৌবা মোংশোংদা তাখিবা অমদি পাম্বী ওইনা হৌরম্লগা মহৈ পান্দনা কংখিবা অদুগা চপ মান্নে। মথংদা মীওই খবদি ঈশ্বরগী ব্রাহৈশিং অসি তারে, লৌশিল্লে, জ্ঞান তানা, ভাব তানা খঙবা ঙম্লে, খাংনা কনবা মরম্না মপুং ফানা প্রাক্টিস তৌবা ঙম্লে। নুমিৎ খুদিংগী প্রাক্টিস তৌরবনিনা মশাদা নুংঙাইবা অমসু ফাওরে। তৌজবগী অফবা মহৈ ফংলে। মী অমদনা ১০০ দা ১০০ মহৈ ফংলে, অতোপ্পা খরদনা ১০০ দা ৬০, ১০০ দা ৩০ মথংশিংনা ফংলে। মসি লৌমী অদুনা মরু মরাং হুনবা মতমদা অফবা লৈবাক লৈহাও লৈবা মফমদা তাবা মবম্না পাম্বী খরা অমদি ১০০ দা ১০০ মহৈ পাল্লে। অদুগা অতোপ্পা পাম্বী খরদনা ১০০ দা ৬০, ১০০ দা ৩০ মথংশিংনা পালে। অবোইবদা পুম্নমক অসিনা তাকপদি মীওইবনা স্পিরিচুয়েল ওইবসি মী খরা অমনা ১০০ দা ১০০ ওই, খরা অমনা ১০০ দা ৬০, ১০০ দা ৩০ ওই। অদুগা মীওই খরা অমদি স্পিরিচুয়েল পুবা ওইবা ঙমদে, মহৈ পান্দে। উহৈ ব্রাহৈ পান্দবা উপাম্বীশিংদি শিংজংনা য়াম্ব্বুনা মৈ থাদোকই। মসিগা চপ মান্ননা মীওইবনা স্পিরিচুয়েল খরমখৈ ফাওবা ওইবা ঙমদ্রগদি মীওই ওইনা পোকপগী দরকার ওইদে হায়বনি।

- - - - - -

## য়াও মচা অমা মাংখিবগী ব্রারি

যিশুনা মহাক্কী তুংইনবা মীওইশিংদা তাকই মদুদি ঈশ্বরনা মহাক্কী মচা খুদিংমক নুংশি, চপ্ মান্ননা ট্রিট তৌই, অমত্তা মাংহনবা পামদে: অদুবু ঈশ্বরনা পীরিবা অচুম্বা লম্বী অদু নখোয়না চৎপা ঙমদে, মদুননি অব্রা অনা তারিবা! ঈশ্বরনা মহাক্কী মচা অমত্তা মাংহনবা পামদে হায়বগী ব্রারি অমা মহাক্কী তুংইনবা মীওইশিংদা লিদুনা তাহল্লি- মী (নুপা) অমগী য়াও ১০০ লৈ। য়াওশিং অদু নুপা অদুনা চীংমায় অমগী মফম অমদা শেল্লি। মতম অদুদা খঙহৌদনা য়াও মচা অমা মাঙখ্রে। মহাক্কী য়াও ৯৯ অদু হুন্দোক্লম্লগা মাংখিবা য়াও মচা অদু থিবা

চীংমায়দা চৎপ্রে। পুং ৩/৪ রোম থিরবা মতুংদা শোংলবা নাপী শিংবী হৌবা লোকখা লোকচপ অমদা য়াও মচা অদু থেংনরে। নুপা অদুনা লোকখাদা কুমথদুনা য়াও মচা অদু লৌখৎলে। মহাক্না মাঙখিবা য়াও মচা অদু ফংবদা অদুক্কি মতিক নুংঙাইরে হরাওরে, অদুগা পুং ৩/৪ রোম থাদোক্তুনা থল্লম্বা মাঙদবা য়াও ৯৯ গীদি থোইদোক্লা ব্রারুদরে। ব্রারী অসিনা তাকপদি ঈশ্বরনা মহাক্কী মচা মশু অমত্তা মাঙহনবা পামদে হায়বনি।

- - - - - -

## অহেনবা পাম্বা

মীওইবা হায়বা জীব অসি য়াম্না কল্লক্ মীহৌই, অহেনবা য়াম্না পাম্মী। ঈশ্বরনা ঐগীদমক্তা পীরিবা শরুক অদুদগী হেন্না অমুক্ পাম্মী। ঈশ্বরনা পীরিবা ঐগী মতিকচাবা শরুক অদুদা ঐনা পেম্থোকপা ঙমদে। মরম অসিদগীনি মীওইবনা কল্লক্ মীহৌবা, অহেনবা পাম্বা অমদি অমগা অমগা করিসু নত্তবদা মরৈ য়েৎনবা, খৎন-চৈনবা, ব্রাথোক্-লাম্থোক কয়া ওইহল্লিবসি। মীওইবনা করি মরমদগী অমগা অমগা মরৈ য়েৎনবা হৌরকপনো হায়বা তাকপা ব্রারি মচা অমা যিশুনা মহাক্কী তুংইনবা মীওইশিংদা লিদুনা তাকই- **ইনাকখুনবা পুকচেন চাওবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মহাক্কী লৌ-ইখোল অদু মী নেত্তুনা মহৈ মরোং থাই অমদি মহৈ মরোং মরাং কাইনা লোকই। নোংমদি মহাক্না ইখোল্দা লৌ লিংনবগীদমক্তা অয়ুক ঙন্তাদা কৈথেলদগী মী নিপাল(৮) নেল্লুরে অদুগা লৌ লিংহনবা হৌহল্লে। নোংমগী লৌ লিংবগী অনেকমন মী অমগী a silver coin ১দা য়াম্নরে। ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা ইনাকখুনবা লৌ মপু অদুনা অয়ুক্কী পুং মাপল (৯) তাবা অদুব্রাইদা অমুক কৈথেলদা চত্তুনা মী ৫মুক্ নেকলুরে অমসুং লৌ লিংহনবা য়াওহল্লে। ইনাকখুনবা নুপা অদুনা মাগী লৌ লিংবা অদু নুমিৎ অদুমক্তদা লোইশিনবা পাম্বদগী নুমিৎ য়ুংবা পুং তরানিথোই (১২) অদুব্রাইদা কৈথেলদগী অমুকসু চত্তুনা মী নিপাল (৮) অমুক্সু নেত্তুনা লৌ লিংবা য়াওহল্লে। ঙচিন্ নাচিন্না নুমিৎদাংব্রাইরমগী পুং তরুক (৬) তাবা মতমদা লৌ লিংবা পুংলোই লোইরে। লৌ মপু**

অদু অদুক্কী মতিক নুংঙাইরে। লৌ লিংবগী মতম লোইরবনিনা খুৎশুমন পীথোকপগী মতম লাক্লে। ইনাকখুনবা নুপা অদুনা ইকোন কোনবদা পুং তরানিথোইদা নেক্লুবা মী নিপাল অদুদা মী অমগী a silver coin অমগী হিনসাঙা eight silver coin ইহান হান্না পিথোকখরে। অদুগা মথংদা পুং মাপলদা নেক্লুবা মীওই মঙাদুগীনা five silver coin পিথোকখরে। অরোইবদা, অয়ুক ঙস্তাদা নেক্লুবা মী নিপালগী খস্তা মঙাইরে। মী নিপাল অদুনা অসুম্ন খল্লী মদুদি ঐখোয়দি অয়ুক ঙস্থাদগী শুবনিনা মী অমদা a silver coin দগী হেন্না ফংগনি হায়না। ইনাকখুনবা নুপা অদুনা মখোয় নিপাল অদু কৌশিন্দুনা মখোয়গী খুৎশুমন eight silver coin পিথোক্লে। মখোয় নিপালনা মখোয়গী শেল অদু লৌশিল্লে। মদুগী মতুংদা মখোয় নিপাল অদুনা অমগা অমগা ঙাংনবা খল্লবা হৌরে। মদুগী মতুংদা ব্রাফম অমা ইনাকখুনবা মপু অদুদা থাংগৎলে, মদুদি "ঐখোয়দি অয়ুক ঙস্তাদগী থবক লোইবা ফাওবা থবক শুবনি। অদুগা পুং ১২দগী থবক শুবা হৌবা মীশিংগা মান্নবা খুৎশুমন পীবিরিবা করিগীনো, ঐখোয়না হেনফম থোক্তবরা, অচুম্বা বিচার তৌবিয়ু হায়রম্মী।" মতাং অসিদা ইনাকখুনবা মপু অদুনা খুম্লক্লম্মী- "মী অমগী নোংমগী খুৎশুমন a silver coin ১দা য়ান্নখিবনি, মসিদা ঐগী অরানবা করি লৈবগে। ঐনা নুংশিবা মীদা ইশাগী পৈশা হেন্না পিবদা অকাইবা করি লৈবগে। ইশাগী পৈশা ঐগী অপাম্বদা পীজিন্নবা ঐগী রাইট লৈতবরা? ঐনা পুকচেল চাওনা পৈশা পীবা অসিদা নখোয় মশেল কল্লক্ মীহৌবা লৈবরা?" মপুগী ব্রাহেশিং অসি তারবা মতুংদা মখোয় নিপাল অদু মখা তানা হংবগী অর্থ লৈত্রবনিনা ময়ুম ময়ুমদা চৎখরে। ব্রারি অসিনা তাকপদি মীওইবনা মাগী মাগী চপ্ চাবা ফংঙিবা শরুক অদুদগী হেন্না ফংনিংবা, অহেনবা অপাম্বনা খৎন- চৈনবগী মচাক্ হেক হেক পুথোকই। মীওইবনা খৎনরিবা খুদিংমক অপাম্বা কল্লক মীহৌবদগীনি। থব্রায়না হিংবদা অপাম্বা কল্লক মীহৌবগী দরকার ওইদে। ঈশ্বরনা হায়বদি চারিবা চিঙাক খরখস্তনা থব্রায়গী পুন্সি

**হাপকনি। অদুগা মমল্ য়াম্লবা সনা লুপা মণিমুক্তা, ফুরা দলাল, লকজরি মেটেরিয়েলগী পোৎশকশিংনা থবায়গী পুন্সি হাপ্তে। মরম অসিননি থবায়গী পুন্সি হাপ্না ঙম্বা মচাকখক্তা খণ্ডু, তাম্লু, শিজিন্নৌ হায়রিবসি।** স্বর্গগী লৈবাক অদু অসুম্না তৌই।

## উহৈ পান্দবা হৈরোং পাম্বীনা কংশিল্লকপা

কনাগুম্বা মী অমনা অচৌবা শকখংবা মী অমা ওইবা পাল্লগদি অহানবদা মী অদুনা মীওইববু সেবা তৌবা ঙম্বা তাই। মীওইববু সেবা তৌবা ঙমদ্রগদি শকখংবা অমা ওইবা ঙল্লোই। মীওইবগী সেবা তৌবা হায়বসিদা মতেং পাংবা খক্তা নত্তে। মসিদা য়াওরিবসি মীওইবনা করম্বা লমচৎ শাজৎ চৎকনি, পুন্সি করম্না হিংগনি, করম্না নুংশিননা লৈমিন্নগনি হায়বা তাকপা ঙম্বা অদুনি অদুগা মহাক্না মীনুংশিগী লম্দা থবক্ তৌবা তাই। ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মীনা সংসার অসিদা লাকপা মতমদা মখোয়দা সেবা তৌবা পামদে। মখোয়না মীওইববু সেবা তৌবা লাকগনি, পাপ্ চেল্লবা মীবু পাপ্তুগী কোকপিনবা হোৎনবদা মখোয়গী পুন্সি ফাওবা থাদোকপা ঙমজৈ। কনাগুম্বা অমনা মতেং খব হংলকপা মতমদা মখোয়না মতেং পাংনবা হোৎনজৈ। নোংমা যিশুনা মহাক্কী নোংমগী মথৌ তৌরুবগা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা যাম্না অরাম খৌবাংবা পোক্লম্মী। মহাক্না লম্বীগী শোরোক্তা অচৌবা উপাম্বী অমা হৌবা থেংনরম্মী। উপাম্বী অদুগী মনাক্তা উহৈ খব চাগে চংলম্মী। অদুবু উপাম্বী অদুদা উহৈ অমত্তা পাল্লমদে, মনাখক্তা পালম্মী। উপাম্বী অচৌবা অমনা উহৈ অমত্তসু পান্দবা অমদি জীবশিংদা উহৈ অমত্তা পিজবা ঙমদবা উপাম্বী অসি করিমত্তা কান্নদবা উপাম্বীনি হাযনা যিশুনা হায়রকখি। মতম খর লৈরগা উপাম্বী অদু কংলক্লুনা শিরম্মী। ৱারি অসিগা চপ্ মান্নবা চাক্লি ফিনিবা মী অমনা করিগুম্বা মতেং খরদং যাম্না ইনাকখুনবা মী অমদা নিজবা মতমদা কারিগুম্বা খরদং ফাওবা পীবা ঙমদ্রগদি ইনাকখুনবা অদুগী পাঙ্গল-শক্তি থৌনা মিংচৎ, লনথুম খুদিংমক অদু নোংমা নোংমগী মযেং তারক্কনি হায়বনি। অচুম্বদা থাজবা লৈরিবা মখৈ অচুম্বগী থবক খুদিংমক পাংথোকপা ঙমগনি। নুমিৎ খুদিংগী প্রেয়ার তৌবনা থাজবা ফেথ মপুং ফাবা ওইহনবা ঙম্মী।

- - - - - -

## চেকশিনবা ১দি মতম চানা থবক তৌবনা মাই পাকই

যিশুনা মহাক্কী তুংইনবা মীওইশিংদা ব্বারি অসি লিদুনা তাকই - **থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমগী মচানুপা অমগী লুহোংবগী নুমিৎ অমা থোক্লম্মী। লুহোংবগী বর কৈন্য অদু সনা কোনুংদা থিল্লকপা অদু য়েংনবা লম্বী লম্বীগী মতাইদা মীয়াম্না ঙাইরম্মী। মীয়াম অদুগী মরক্তা অশিংবা জ্ঞান লৈবা নুপী মঙা অমদি মখুত্তা মৈনম অমা পাইদুনা অমদি মৈনমগী থাও খর অমসু বোটল অমদা অহেনবা ওইনা হাপ্তুনা পুরক্তুনা সনা কোনুংগী মফম ফাওবা বর কৈন্যা অনি অদুগী মতুং ইন্নদুনা থিন্দুনা য়েংবা পাম্লম্মী। মীয়াম অদুগী মরক্তা অতোপ্পা নুপী মঙা অমসু মখুত্তা মৈনম পাইদুনা বর কৈন্যা অনি অদু য়েংনবা লম্বী অদুদা ঙাইরম্মী। অদুবু মখোয় মঙা অদুদি মৈনমগী হাপকদবা অহেনবা থাও অমত্তা পুরক্তে। মখোয়না বর কৈন্যা অদু লাকপা ঙাইবদা মখোয় মঙাগী মৈনমগী থাও অদু লোইথোকখ্রে। মখোয় মঙা অদুনা মৈনমগী থাও অমুক হন্না হাপ্পবা থিবা চৎখ্রিঙৈদা বর কৈন্য অদু লাক্তুনা নিংথৌগী সনা কোনুংদা চংখরে। অহানবগী নুপী মঙা অদুদি মখোয়গী মৈনমগী অহেনবা থাও পুরকপনিনা মৈনম অদুদা থাও অমুক হাপচিন্দুনা ঙান্না থাল্লগা মতম চানা সনা কোনুংদা বর কৈন্যগী মতুং ইন্দুনা চংহৌরে। মখোয়না বর কৈন্যাগী মশক অমদি সনা কোনুংগী কুম্মৈ খুদিংমক য়েংলে। অকোনবগী নুপী মঙা অদুনা মৈনমগী থাও ফংদুনা হাপচিল্লবা মতুংদা মৈনম অদু থান্দুনা নিংথৌগী সনা কোনুংদা লাকপা মতমদদি নিংথৌগী সনা কোনুং অদু থোংঙাকপনা থোং লোনশিল্লম্লে। মখোয়না মতম চানা সনা কোনুংদা থুংহৌদ্রবনিনা কোনুংদা চংবা য়াহন্দ্রে। মখোয়না বর কৈন্যা অনি অদু য়েংবা নংহৌদ্রে। ব্বারি অসিনা তাকপদি মীওইবগী পুন্সি অসিদা মফম মতম চানা থবক খুদিংমক শেমশাহৌ, মপুং ফানা পাংথোকপা ঙমহৌ। অব্বাংপা খুদিংমকসু মফম মতম চানা মেনশিলহৌ। মীওইবগী পুন্সিদা অচুম্বা পান্দম গোল লৈবা তাই।**

**পান্দম অদু ফংনবা এট্টেমট(attempt)তৌবা তাই। পুন্সিগী পান্দম ফংদ্রগদি পুন্সিগী অর্থ লৈতে। পুন্সি হায়বসি অতোংবনি, অমাংবা নত্তে।**

## অশিংবা নিংথৌগী মনাই

অচুম্বা আইডিয়েলদা থাজবা থম্বা, মিৎশিং নাশিংনা লৈবা, পুন্সিগী মমল খংবা অমদি পুন্সি হায়বসি অতোংবা চাওখৎপা অমনি হায়বা ৱারি মচা অমা যিশুনা মহাক্কী তুংইনবা মীওইশিংদা তাকপি- **থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্না মহাক্কী সাসন্দা থবক তৌরিবা মীনায় অহুম অদু কয়াম য়াম্না শিংবগে হায়বদু চাংয়েং তৌবা পাল্লম্মী। মহাক্না অহানবা মীনায়দা ৫,০০০/-**Silver coin**, মথংগী মীনায়দনা ২,০০০/-** Silver coin **অদুগা অহুমশুবদনা ১,০০০/-** Silver coin **পীরম্মী। অদুগা নিংথৌ অদুনা থা খরা মতম খরা মাগী লৈবাক্কী মপালদা চৎখি। অহানবা মীনায় অদুনা পৈশা অদু করবার মচা মচা তৌদুনা ৫,০০০/-**Silver coin **মুক শেন্দোং ফংলে। মথংগী মীনায় অদুসু চপ্ মান্ননা করবার তৌদুনা ২,০০০/-** Silver coin **গী শেন্দোং ফংলে। অদুগা অহুমশুবা মীনায় অদুনা ১,০০০/-**Silver coin **অদু চফু মনুংদা হাপ্পুনা লৈবাক মনুংদা ফুমজিন্দুনা থম্লে। থা খরা লৈরবা মতুংদা নিংথৌ অদু লাক্লে অদুগা মীনায়শিংদা পীরম্বা শেলশিং অদু হল্লক্লো হায়রে। অহানবগী মীনায় অদুনা নিংথৌ অদুদা ৫,০০০/- অদু পীরে অদুগা ৫,০০০/- অমা শেন্দোংনি হায়না উৎলে। মদুদা নিংথৌ অদুনা মীনায় অদু অশিংবা পুন্সি হিংবগী মমল খংবনি হায়দুনা থাগৎলে। অনিশুবা মীনায় অদুনা মহাক্কী ২,০০০/- অদুগা শেন্দোং ২,০০০/-গা উৎলে। নিংথৌ অদুনা মীনায় অদুসু চপ্ মান্ননা থাগৎলে। অদুগা অহুমশুবগী মীনায় অদুনা মানা শেল অদু চেকশিন্না মাংহন্দনা চফু মনুংদা থমদুনা অমদি মদুদগী লৌথোক্লুনা করিমত্তা কায়হন্দনা ১,০০০/- অদু নিংথৌদা পীরে।**

৫৬

**ব্বারি অদু তাবদা নিংথৌ অদুনা শাওনা মীনায় অদুদা হায়রকই। "পৈশা অদুনা নহাক্কী নশাগী কান্ননবা করিমত্তা ফাওবা তৌরমদবা মীনায় নহাক অসে কান্নদবা মীনি। পুন্সিগী মমল খঙদবা মীনি"।** মদুদগী মীনায় অদু নিংথৌ কোনুংদগী তাম্লোকখি। ব্বারি অসিনা তাকপদি মীওইবগী পুন্সি অসি করিমত্তা তৌদনা লৈগদবা নত্তে। অচুম্বা কান্নবা চাওখৎপা অতোংবা হায়বা খরদি তৌদুনা পুন্সিনা হিংবগী অর্থ লৈগদবনি। **অনিশুবগী ব্বারি অমনা নৌব্বা (Noah) কৌবা নিংথৌ অমনা ঈশ্বরনা হায়রম্বা অমা থাজে মদুদি চহি খরাগী মতুংদা ঈশিং ঈচাও অমা মহাক্কী লৈবাক্তা লাক্কনি। ঈশিং ঈচাও অদুদগী খুদোংথীবা ঙাকথোক্লবগীদমক্তা নৌব্বা নিংথৌনা হি অচৌবা অমা শারম্মী। চহি ১/২ লৈরবা মতুংদা ইখং খংহৌদনা নোং শুক্লেপ্ লেপ্তুনা তাবা হৌরকখি। মতম অদু ফাওবদা নিংথৌ অদুগী প্রজাশিং অদুনা ঈশিং ঈচাও অমা লাক্কনি হায়না খংলগসু করিমত্তা থৌশাদনা চাবা থক্নবা, নুংঙাইথোকপা, নুপা নুপীশিং লুহোংদুনা লৌন-লৈনদুনা অদুম লৈথোকই। নোং লেপ্তুনা চুরকপদগী পাং তুরেলগী ঈশিং ঈমাই ব্বাংখৎলক্তুনা নৌব্বা নিংথৌনা মহাক্কী হি অচৌবা অদুগী মনুংদা মহাক্কী ইমুং মনুংগী মীওইশিং, চান্ননবা চিঙ্গাক অমদি মহাক্কী নুংশিজরবা শাউচেকশিং পুম্নমক হাপচিন্দুনা ঈশিং ঈচাও অদুদগী নাম্থোকপা ঙমজখি। নিংথৌ অদুগী প্রজাশিং অদুদি ঈশিং ঈচাও অদুদগী কঞ্জনবগী শেম শাহৌদবনা ঈশিং ঈচাও অদুনা লোইনা হাংখি। ব্বারি অসিনা তাকপদি অচুম্বদা থাজবা থম্বা অমদি অচুম্ববু থবক ওইনা পাংথোক্লিবা মখোদি অরানবনা জয় তৌবা ঙমদে। মীওইবনা স্পিরিচুয়েলগী পুন্সি লম্বী চৎলিবা মখোদি মায়ানা জয় তৌবা ঙম্লোই। স্পিরিচুয়েল ওইবগী মিংকপ্ থোক্লিবা মখোদি অরানবনা খক চংবা ঙম্লোই। অসুম্না হায়বা য়াই-য়ুম অমগী য়ুম্নুনা মহাক্কী পোৎচৈশিং অদু চেকশিন্না মিংকুপ্ নাহুম শিংনা থম্লীবা মখোদি হুরানবনা কৈদৌঙেদা পোৎশিং অদু হুরানবা ঙম্লোই।**

যিশুনা অসুম্না পাউতাক পী - ঈশ্বরগী অচুম্বা পাউতাক ইন্দ্রবা, ইমা ইপাগী অচুম্বা ব্বা ঐখোয়না লৌদ্রবা সংসার অসিদা ঐখোয়বু কনবীনবা কনামত্তা

লৈররোই। **ঈশ্বরনা পীবা দন্দি, ইমা ইপানা ব্বারক ব্বাতেম্বা** চৈবা খুদিংমক ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎ চুমথোক্লবগী, অচুম্বা লম্বীদা চৎনবগীনি হায়না লৌগদবনি। মতাং অসিদা হায়নবা পাউরৌ অমা লৈ মদুদি **"সনানা মৈদা চৎলগা ইক্লগা ট্রিটমেন্ট তৌরবা মতুংদা অশেংবা অরংবা সনা ওল্লকই"**। অব্রা অনা চৈথেং ফংদনা অচুম্বা অশেংবা ওইবা ঙম্লোই।

- - - - - - -

## স্পিরিচুয়েল ওইবা

স্পিরিচুয়েল চৎপা পাম্বা মী অমনা স্পিরিচুয়েল চৎপা ঙমদবগা মান্নবা ব্বারী অমা লৈ। ব্বারী অদুদি -- নুপা অমা লৈরম্মী। **মহাক্লা মহাক্কী** লৈকায় অদুগী মীয়ামগী ওইবা **লাই** খুকন্নবা লাইশঙ অমা **মশাগী** লৈজবা পৈশা খরা পুথোক্লুনা ফাউণ্ডেসন হৌরদুনা খবা শাগৎপা হৌগৎলে। নুপা অদুগী মশাগী যাম্না অশোয়বা অমদি লাইশঙ শাদ্রিবৈগী মমাংদা লাইশঙগী পাকপা চাউবা, ব্বাংবা অমদি লাইশঙগী শেমগৎ শাগৎপদা শেল কয়াম যাম্না চঙবা, মতম্না কয়াম্না চঙবা, মশাগী শেলখক্লুনা শাবা ঙমগদ্রা নৎত্রগা মীয়ামদগী ডোনেসন্না শাবা ঙমগদ্রা হায়বনচিংবা ব্বার্ক আউট ডিটেলস হান্না হোৎহৌদ্রে। নুপা অদুনা মশাগী অবৈবা শেলশিং পুথোক্লগা গ্রাউণ্ড ফাউণ্ডেসন ফাওবা শাগৎলম্লগা লেপখ্রে। মশাগী শেল লৈত্রবনিনা অমদি মীয়াম্না ডোনেসন তৌরক্লবনিনা শাগৎপগী থবক চহি ৩/৪ লেপখ্রে। লৈকায়গী অউবা মীওইশিংনা নুপা অদুদা অসুম্নসু নোক্লবসু যাওরে। **"মসিগী নুপা অসিনা শাবা ঙম্মি ঙম্লোই খঙদনা লাইশঙগী ফাউণ্ডেসন খরা তৌরম্লগা লোইশিনবা ঙমদনা তোকখ্রে।"** ব্বাবী অসিনা তাকপদি ঐখোয়না স্পিরিচুয়েল লাইফ চঙগে হায়না খরা হৌবম্লগা তোকখিবা নৎত্রগা ঐখোয় মীওইবনা ঐখোয়গী পুন্সিগী ওইবা থবক খরা পাঙথোক্কে হায়না খল্লগা খরা হৌরম্লগা ঙমদনা তোকখিবা নৎত্রগা পুন্সিগী ওইবা অরেপ্পা পান্দম থম্বা ঙমদবা, পাঙথোকপা ঙমদবা হায়বা অদুগা মান্নে।

## স্পিরিচুয়েল ডিসসিপ্লিন

মীওইবনা স্পিরিচুয়েল লাইফ চৎপা ঙম্বা হায়বসি সেল্ফ কন্ট্রোলগী মখা পোল্লি। শম্না হায়রবদা স্পিরিচুয়েল ডিসসিপ্লিন অমগী মখাদা চৎপা মথৌ তাই। স্পিরিচুয়েল ডিসসিপ্লিনগী ৱাংমদা চৎলগদি স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইদ্রে। মতাং অসিদা স্ক্রিপচরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি মী খুদিংমক্না লমজেল চেনবা তান্নবদা শরুক য়াবা য়াই অদুবু লমজেল থোইবদি প্রাইজ ফংবদি ২/৩ খক্তনি। মসি হায়বগী অর্থদি মী খুদিংমক স্পিরিচুয়েল লাইফ চৎপা ঙমদে। স্পিরিচুয়েল লাইফ চৎনবা কন্না হোৎনরিবা মী অদুনা লম্বী অদুদা চৎপা ঙমগনি। লমজেল তান্নবদা থোইনবা লমথুংফম য়ৌবা ফাওবা চেল্লু হাযবনি। বোক্সিং শান্নবদা হায়রগনা নহাক্না থিল্লিবা পন্স (Punches) খুদিংমক্ মাংহনগনু অমদি শান্নবগী ডিসসিপ্লিন অদুগী মখাদা চপ চানা চৎনবা হোৎনৌ। শোইদনা থোইবা ঙমগনি।

- - - - -

## ফত্তবা তৌবা মী

নহাক্কী তিন্নবা মরুপ অমনা নংঙোন্দা ফত্তবা থবক তৌরক্লগদি নঙনা মহাক্কী মনাক্তা চত্তুনা মহাক্কী অরানবশিং ফত্তবশিং অদু অমুক তৌদনবা হাইয়ু। হিরম অসিগী মরমদা কনা অমত্তা খঙহনবা তৌগনু, নখোয় অনিখক্তগী ওইবদা ৱারি ৱাতাই শান্নৌ। ৱারি শান্নবা অদুদা মহাক্না তাশিরগদি, জ্ঞান তাখ্রগদি নঙনা মহাকপু চুমথোকপা ঙম্লে, জয় তৌবা ঙম্লে। নঙনা হায়রিবশিং অদু মহাক্না জ্ঞান তাদ্রবা, মহাক্কী ফত্তবশিং অদু চুমথোকপা ঙমদ্রগদি নঙনা নহাক্কী অতোপ্পা মরুপ ২/৩গী মমাংদা মহাক্না তৌখিবা অরানবশিং অদু খংহনবা তাই, শাখি ওইহনবা তাই। মসিদসু মহাক্না জ্ঞান তাদ্রগদি মীয়াম তিনবা লাইশং চর্চতা মীয়ামদা খঙহল্লু। মসিদসু মহাক্না জ্ঞান তাদ্রবা, ফত্তবা থবক অদু মখা তানা তৌরগদি মীয়াম পুন্নমক্তা মহাক অদু য়াম্না ফত্তবা মী অমনি হায়না খঙহল্লু।

- - - - -

## যিশু খৃষ্টকী আইডিয়েল অমদি মহাক্কী থাজবা Faith

১। যিশু খৃষ্টনা সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশকশিংদা মিত্তাবা অমদি অপাম্বা লৈতে। সংসারগী পোৎশকশিং অসি পাম্নুরগসু য়াম্না লাইনা হেক্তা থাদোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈ।

২। যিশু খৃষ্টকী মশাদা ব্রাখন্দা ফাওরকপা ফত্তবা ঈছুল টেম্পটেসন অদু লাইনা ঙাকথোকপা ঙম্মী।

৩। যিশু খৃষ্টনা সংসার অসিদা চৎনরিবা শক্তি, পাঙ্গল অমত্তা শিজিন্নদে। মহাক্না মহাক্কী স্বর্গদা লৈবা মপাগী য়াথংদমক ইল্লি।

৪। সংসার অসিদা লৈরিবা মীনা নত্রগা পোৎশক অমনা পীরকপা ফত্তবা টেম্পটেসন অদু যিশুগী মশাদা চঙবা ঙমদে।

৫। সংসারগী ওইবা চৎনবি, সংসারগী পোৎশক্শিংদা মিত্তাবা শম্না হায়রবদা মায়াগী শক্তিনা পীরকপা শাফু অদু থিংবা ঙম্লগদি মায়া সংসারগী অরুম্বা অৱাবা অদু কৈদৌনুংদা পুররোই হায়বা যিশুগী অচুম্বা থাজবা আইডিয়েল লৈজে। মসিনা পাপ্ কোক্লবগী লম্বী সেলভেসন অমা ওইবতা নত্তনা মায়াগী পোৎশকশিংবু লাইনা থাদোকপা ঙম্মী।

৬। মীবু নুংশিবা ঙম্বা কন্সেন্ট্রেসন ওফ লভ (Concentration of love) যিশুগী মশাদা লৈ।

- - - - - -

## Chapter - 4

# LORD RAMA
# (লোর্ড শ্রীরাম)

সংসার অসিদা ঈশ্বর ওইবা মীওই লৈবা দরকার ওই হায়বসি হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংগী থাজবনি। ঈশ্বর ওইবা মীওই লৈবনা সংসার অসিদা ফত্তবা মীওই লৈহন্দে। মীনুংশিগী ওইবা ধর্ম্ম অদু শেমগৎপা ঙমহল্লি। মীওইবগী মীনুংশিগী ওইবা ধর্ম্ম লৈরগদি সংসার অসিদা মীওইবা জাতি কাংলুপ কয়ানা কুইনা শান্তি লৈনা পানবা হিংবা ঙমগনি।

হিন্দুশিংনা থাজৈ- অযোধ্যাগী নিংথৌমচা শ্রীরাম (The Prince of Ayodhya) অসি অথোইবা ঈশ্বর ভিশনু (God Vishnu) গী অশেংবা অভটার (incarnation) অমনি। শ্রীরাম্মা সংসার অসিদা লাক্লিবগী মরম অমদি মীনুংশি লৈত্রবা শাঙাগী লিচৎ-শাজৎ চৎপা মীওই হিংচাবশিংবু হাৎতোক্লবা নমথনবা লাকপনি। হিংচাবশিংনা মুণিঋষিশিংবু ওৎপা নৈবা কয়া অদুবু ঙাকথোক্লবসু লাকপনি। শ্রীরাম্মা সংসার অসিদা ফিদম্নফম ওইবা, আইডিয়েল ওইবা, মীনুংশি লৈবা, মপুং ফাবা নিয়ম-নিতি, ধর্ম্ম অমা শেমগৎ-শাগৎলম্বনি।

ট্রেটা যুগকী মতমদা আযোধ্যা লৈবাক্তা (হৌজিক্কীনা উত্তর প্রদেশ) ডাসারাথ (Dasarath) কৌবা পুকচেল চাউবা, মপাঙ্গল কনবা, ইনাকখুনবা মমিং লৈবা নিংথৌ অমা পালম্মী। নিংথৌ ডসারাথকী নুপী অহুম লোল্লম্মী। অহানবা নুপীগী মমিংনা কৌশিল্যা কৌই, অনিশুবা নুপীগী মমিংনা কৈকৈয়

কৌই, অদুগা অহুমশুবা নুপীগী মমিংনা সুমিত্রা কৌই। মহাক্কী নুপী অহুম লৈরবা মতুং মতম কুইনা মচা অমত্তা পোক্লমদে। মদুদা নিংথৌগী পুক্লিং য়াম্না ৱারম্মী। নিংথৌগী মচা অমত্তা ফংনবগীদমক্তা অফাওবা মুণি অমনা মৈগী অজা পুজা অচৌবা অমা তৌরম্মী। মৈগী পুজা তৌরবা মতুংদা নিংথৌ অমদি মহারানি অহুমক ঈশ্বরগী মঙ্গোল অমদি ফংলম্মী। মতম খর লৈরবা মতুংদা মহারানি কৌশিল্যানা শ্রীরাম পোক্লে, মহারানি কৈকেয়না ভোরোট পোক্লে, মহারানি সুমিট্রানা লাক্ষমন অমদি সাট্রুগন পোক্লে। মচানুপাশিং ফংবদা ডাসারাথ নিংথৌ য়াম্না হরাওরে, মহাক্কী মচানুপাশিং অসি জগৎকী মপু ঈশ্বর ভিসনুনা পিবা ঙাক্তনি হায়না লৌজে।

মচানুপা অহল শ্রীরাম অসি ঈশ্বরগী মগুণ চেল্লি, নুংশিবগী শাইয়োল অমা ওই, ইকায় খুম্নবগী মশক অমসুনি। নিংথৌ মচা অমা ওইবগী লমচৎ-শাজৎ গুণ খুদিংমক মচানুপা মরিদা চেল্লি। লাকসমন্না মহাক্কী ময়াম্বা রামগীদমক্তা কত্থোকপা ঙম্মী, অদুগা সট্রুগন্না মহাক্কী ময়াম্বা ভোরোটগীদমক্তা কত্থোকপা ঙম্মী।

শ্রীরাম্না মশাগী চহি ১৬দা ঙাইরিবৈগী মতমদা মুণি ভিস্বমিট্রা আযোধ্যা লৈবাক্কী কোনুংদা নোংমা লাক্লম্মী। মুণি অসিনা শ্রীরাম অমদি লাক্ষমনবু মহাক্কী লৈবা মফমদা থাবিরক্নবা ডাসরাথ নিংথৌদা হায়জরম্মী। মুণিশিংনা মখোয়গী লাইনিং লাইশোন, অজা-পুজা তৌবা মতমদা শাঙাগী লমচৎ শাজৎ চৎপা মীওই হিংচাবশিংনা ঙাইহাক লৈতনা অপনবা পীবা, থুগায়বা তৌবশিং অদুবু থিংনবা অমদি হিংচাবশিং অদুবু হাৎপিনবা নিংথৌ ডাসরাথকী মফমদা হনগৎচরম্মী। শ্রীরামগী হৈশিংলবা লিরুংগী তেলনা মুণিশিংদা ওৎলিবা ফত্তবা তৌরিবা হিংচাবশিং পুম্নমক হাৎপা ঙমখি। মসিগীদমক মুণিশিংনা শ্রীরাম্ পুন্সি মায় পাকপা ঙম্নবা মঙ্গোল কয়া পীখি। শ্রীরাম অমদি মনাওনুপা লক্ষমন অনিমক মুণিশিংনা নিংথৌ জানাক্কী (King Janaka) সনা কোনুং মিথিলাদা (Mithila) পুরক্লম্মী। সনাকোনুং অদুদা শ্রীরামনা য়াম্না হৈশিংনা থৌনা পাঙ্গল ফনা লোর্ড রুড্রাগী অকনবা লিরুং তেল্ অদুবু থাংগত্তুনা থুদেকপা ঙম্লম্মী। লিরুং তেল অদু অতোপ্পা নিংথৌ মচাশিংনদি থাংগত্তুনা থুদেকপা ঙম্লমদে। লিরুং তেল অদুবু থাংগত্তুনা থুদেকপা ঙম্বা নিংথৌমচাদা মচানুপী পীগনি হায়না ৱাশকখিবা লৈবনা নিংথৌ

জানাক্লা মহাক্কী নুংশিজনা থমজরিবা মশক মতৌ নিংথিজনা ফজরবা, সনালুপানা লৈতেংলবা মচানুপী সিটা শ্রীরামদা লুহোংদুনা পিথোক্লম্মী।

মতম খরগী মতুংদা নিংথৌ ডাসরাথ চহি য়ামশিল্লত্তুনা অহল ওইশিল্লক্লম্মী। নিংথৌ ডাসরাথনা মহাক্কী মচানুপা অহল শ্রীরাম্বু নিংথৌ ওইনা হাপ্পা পাম্লম্মী। শ্রীরাম্বু নিংথৌ হাপ্লবগী শিনবা লাংবা শেম-শাবা পুম্নমক লোইখি। অদুবু ইখং খঙহৌদনা মহারানি কৈকৈয়গী মীনাইনুপী মান্থরানা ফত্তবা ৱাহৈ হায়জিন্দুনা ইন্সিন্দুনা মহারানি কৈকৈয়গী পুক্নিং ৱাখন্দা কল্লক-মিহৌবা অমা পোক্লককখি। মমাংঙৈদা নিংথৌ ডাসরাথনা মহারানি কৈকৈয়গী অপাম্বা অনি পীগনি হায়বা ৱাশকখিবা অমা লৈখি। মদু কৈকৈয়না খঙনিং নিংশিংলকখি। কৈকৈয়গী অপাম্বা অনি অদু মতাং চানা নিংথৌ ডাসরাথকী মফমদগী নিজখি। কৈকৈয়গী অপাম্বা অনি অদুদি - অহানবদা মচানুপা অহল শ্রীরাম্না চহি ১৪ বন্দা (জঙ্গলদা) চৎপা অদুগা অনিশুবদনা কৈকৈয়গী মচানুপা ভোরোটনা অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইনা হাপ্পা অদুনি। শ্রীরাম্না মপাবু য়াম্না নুংশিজবা মরম্না মপাগী ৱাশক ঙাক্লবগীদমক্তা মহাক্কী নুপী সিটা অমদি মনাওনুপা লক্সমন পুদুনা বন্দা চহি ১৪ চৎখি। নিংথৌ ডাসরাথনা মহাক্লা খনবা ৱাখলগী ওন্ন-তৈনবদা লাকপা, থোক্লিবা অৱা-মৈশা অদু খাংবা ঙমদদুনা তাইবংপান থাদোকখি।

মনাওনুপা ভোরোট পুকচেল চাওবা, মীনুংশি খংবা, ময়াম্বা রাম্বু নুংশিজবনা, ময়াম্বা শ্রীরাম্বু নিংথৌ ওইনবা কন্না হায়জরম্মী। অদুবু ভোরোটনা শ্রীরাম্বু নিংথৌ ওইহন্নবা হোৎনবা অদু অরেম্বা তাখি। ময়াম্বা শ্রীরাম্বু নিংথৌ ওইহন্নবা হোৎনবা অদু মায় পাকপা ঙমদ্রগসু ভোরোটনা ময়াম্বা শ্রীরামগী খোংগী খোংঙুপ সেন্দল অদু নিংথৌগী ফমফান্দা থমদুনা ময়াম্বা শ্রীরাম্না নিংথৌ ওইরি হায়বগী মিংদা অযোধ্যা লৈবাক অদু ঙাক্লম্মী।

শ্রীরাম, সিটা অমসুং লক্সমন মখোয় অহুম পন্চাভাটি কৌবা বন্দ (জঙ্গল) অমগী মফম অমদা লৈরম্মী। মফম অদুদা লৈরিঙৈদা লঙ্কাগী নিংথৌ রাভন্না মহাক্কী মায়াগী শক্তিনা (Maricha) শ্রীরাম অমদি মনাওনুপা লক্সমনবু লাপ্না কৌথোক্তুনা থম্লগা রামগী নুপী সিটা মতোম্তা লৈরিঙৈদা ফাদুনা শ্রীলঙ্কাগী কোনুং তান্না পুখি। নিংথৌ রাভন্না সিটাবু মহাক্কী লোইনবি মহারানি ওইনবা কন্না থেল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং সিটাদি শ্রীরামগী নুংশিবগী পুক্নিং ৱাখন্দা মতম

পুম্নমক্তা লুপ্তুনা লৈরম্মী। নিংথৌ রাভন্গী খল্লিবা ফত্তবা ৱাখল অমদি হৌদোক্লিবা ফত্তবা ৱাফম অদু সিটানা ফত্তবা য়েক্লবা অমা ওইনা লৌরম্মী। মরম অসিদগী সিটা কৈশুমশংদা থম্লম্মী।

শ্রীরামচন্দ্র, মনাওনুপা লক্ষমন্না মফম মফম খুদিংদা চত্তুনা সিটাবু থিবা হৌরক্লম্মী। রাভন্না সিটা হুরান্দুনা পুখিবগী মরি মখোং খর শিগদবগী লৈমায়দা তাদুনা লৈরম্লবা (উচেক গুম্বা) (Jatayu) দগী ফংখি। মরি মখোং খর অমসু ভানারাগী নিংথৌ সুগ্রিভাদগী ফংবা ঙমখি। শ্রীরামগী মতেংনা সুগ্রিভানা লালহৌবা ফত্তবা মনাওনুপা ভালি হাৎখি। মদুদগী ভানারাম লৈবাক ঈংনা পানখি। সুগ্রিভাগী লালমীশিংগী মতেং লৌরগা শ্রীরাম, লক্ষমন সিটা কন্নবা লঙ্কা য়ৌবা ঙমখি।

শ্রীলঙ্কাগী কোনুংদা শ্রীরাম অমসুং রাভনগী অনিগী মরক্তা অকনবা লাল শোক্লরম্মী। লাল কন্না শোক্লরবা মতুংদা অরোইবদা শ্রীরাম্না নিংথৌ রাভন অমদি মহাক্কী কন্থৌরবা লালমী পুম্নমক হাৎলমখি। মসিদগী মহারানি সিটা কনবা ঙমখি।

রাভনবু হাৎলবা, লাল লোইরবা মতুংদা শ্রীরাম্না অহানবদা সিটাবু মহাক্কী অশেংবা নুপীনি হায়দুনা হেক্তা লৌশিনখিদে। মসিগী মরমদি সিটাবু রাভন নিংথৌনা মহাক্কী কোনুংদা মতম শাংনা কুইনা থম্লুবদগীনি। সিটাবু শেংঙি/শেংদে, মরাল লৈ/লৈতে খংনবগীদমক্তা মৈগী কুন্দাদা চাংয়েং তৌবা তারম্মী। মৈগী চাংয়েং (Agni) তৌবা অদুদা মৈগী ঈশ্বরনা (God of fire) সিটাবু করিমত্তা মশা শোকহন্দনা অচাকপা মৈদগী মপাল থোরকখি। মদুদগী সিটা হায়বা নুপী অসি সাটিনি, অশেংবা নুপীনি, অচুম্বা নুপীনি হায়বসি শ্রীরাম্না খংবা ঙমখি। মৈগী চাংয়েংদা সিটাগী মশাদা করিমত্তা শোক্তবা অদুদা অউবা মীওইশিংনা য়াম্না অঙকপা ফাওখি। সিটা অশেংবা নুপীনি হায়বা খংলবা মতুংদা শ্রীরাম্না মহাক্কী নুপীনি হায়না অমুক হন্না লৌশিনখি।

শ্রীরাম্না রাভনবু হাৎখ্রবা মতুংদা রাভনগী মনাওনুপা ভিভিসনবু শ্রীলঙ্কাগী নিংথৌ ওইনা হাপ্লম্মী। মদুদগী লঙ্কা লৈবাক্তা শান্তি ওইনা পানবা হৌরকপা অদুদা শ্রীরাম্না য়াম্না নুংঙাইবা পোক্লম্মী। মদুগী মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রা মহাক্কী নুপী সিটা, লক্ষমন, ভিভিসন, সুগ্রিভা, হনুমান অমদি শ্রীরামচন্দ্রবু থাজবা নিংজবা

ভক্তা কয়াগা লোইননা অযোদ্যা লৈবাক্তা অমুক হন্না হল্লকল্মী। চহি ১৪ বন্দা লৈরুরবা মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা হল্লকপা অদুদা অযোধ্যাদা লৈরিবা মীয়াম্না য়াম্না চাউনা ওকলম্মী। শ্রীরাম অমদি সিটাবু মুণি ভাসিসথানা অযোধ্যাগী নিংথৌ অমদি মহারানি ওইনা লুহুপ্ উপলম্মী।

শ্রীরাম্না নিংথৌ ওইনা লৈবাক সাসন তৌদুনা মতম শাংনা চাহোং-ঙাহোংনা ঈংনা চিক্লা পাল্লম্মী। অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা শ্রীরাম্না নিংথৌ ওইনা পানবা মতম্বু Golden Age হায়না কৌনৈ। শ্রীরাম্না নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা অকনবা লায়না লায়চৎ কয়া লৈরমদে, যুম পাল্লবা নুপা নুপী কায়নবা খায়নবা কয়া লৈরমদে, নুংশি চান্ননা ধর্ম্ম লৈনা পাল্লম্মী, হুরান তুরানবা মীওই লৈরমদে, মিনম তুনম্বা লৈরমদে, হুরান পোৎয়োন লৈরমদে, লৈকায়গী যুমলোন্নবশিং অমগা অমগা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরম্মী, অমগা অমগা লৈতা-লায়রগী মতেং পাংনরম্মী, উপান-ব্রাপাল, মহৈ- মরোং, মরু- মরাং মহৈ চুম্না পাল্লম্মী, চহি খুদিংগী ফৌ হৱাই, মরু মরাং মরাং কায়না লোক্লম্মী। প্রজাশিংনা শুরি-নোম্লিবা অদুগী মহৈ মতিক চানা লোকপা মরম্না প্রজাশিংনা য়াম্না নুংঙাইনা থম্মোয় শেংনা ঈংনা চিক্লা পালম্মী। অযোধ্যা লৈবাক্কী মফম খুদিংদা প্রজাশিংনা নুংঙাইবা পুন্সি অমা ফংলম্মী।

মমিং লৈরবা ভালমিকি মুণিনা শ্রীরামচন্দ্রগী মগুণ অঙকপা পুন্সি অসিবু লাইরিক অমা ওইনা ইদুনা (Epic Ramayana) থম্বিরম্মী। মগুণ লৈরবা লাইরিক অসিবু হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংনা ঙসি ফাওবদা মখোয়গী অশেংবা হোলি ঈশ্বরগী লাইরিক্তি, অশেংবা হোলিগী মরুপ অমনি হায়না লৌনরি।

\- - - - - -

**"শ্রীরামচন্দ্র মমাংঙৈ মতমগী অকনবা নিংথৌ অমনি। শ্রীরামচন্দ্র অচুম্বা থাজবগী খুদম অমনি, পুকচেল শেংবা অমনি, ফিদম্নফম ওইবা মচানি, ফিদম্নফম ওইবা নুপানি, ফিদম্নফম ওইবা মপানি, পুম্নমক অসিগী মথক্তা ফিদম্নফম ওইবা নিংথৌরেলনি। ভালমিকি মুণিনা ফিদম্নফম ওইরবা নিংথৌ শ্রীরামচন্দ্রবু মীওইবা ঐখোয়দা অশেংবা অচুম্বা পারা অমা তমজনবা খুদোল তৌরি।**

ভালমিকি মুণিনা শ্রীরামচন্দ্রগী পুন্সি অমা ঐখোয়দা তাক্লিবা অসিদগী হেনবা অচুম্বা, অশেংবা, ঙাহৈ-ঙাক্তা ফজবা অচম্বা অমত্তা লৈত্রে।

– *Swami Vivekananda* –



LORD RAMACHANDDRA

# Chapter - 5

## LORD KRISHNA
## (লোর্ড কৃষ্ণ)

জগৎ শেন্বা মপু শ্রীকৃষ্ণ, ভাসুদেভা অমসুং ডেভাকিগী পোকচবা মচানুপানি। শ্রীডেভাকি য়াম্না পুকচেল শেংবি নুপী অসি নিংথৌ কামসাগী মচন্নুপীনি। নিংথৌ কামসা য়াম্না নুংশি হৈতবা, অচুম্বা মশক খঙদবা ফত্তবা মীশক অমনি। নোংমা নিংথৌ কামসানা শগোলগী দোলাই তোংদুনা মহাক্কী নৌনা লুহোংখিবা মচন্নুপী ডেভাকি অমদি মপুরোইবা ভাসুদেভগা পুন্না চৎমিন্নরিঙৈগী মতমদা আতিয়াদগী করিগুম্বা খোঞ্জেল অমা লাইথরকপা তাখি - **"হো অপঙবা নিংথৌ কামসা! নহাক্কী নচন্নুপী ডেভাকি, ভাসুদেভা মতৈ মনাওনা পোকপা নিপালশুবা (৮শুবা) মচানুপানা নঙবু হাৎলগনি"** অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি হেক তাবা মতমদা নিংথৌ কামসানা মহাক্কী মচন্নুপী ডেভাকি হাৎনিংবা পোল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মদুগী ৱাখল অদু মহাক্না মশা মতোম্তা থিংজরম্মী। নিংথৌ কামসাগী মচন্নুপী ডেভাকিগী মপুরোইবা ভাসুদেভা য়াম্না পুকচেল শেংবা, অচুম্বা চৎচবা, অচুম্বা ৱাঙাংতমক ঙাংজবা মীওই অমা ওই। ভাসুদেভনা মহাক্কী নুপী ডেভাকিগী মবুং নিংথৌ কামসানা শাওরিবা নুংঙাইত্রিবা খুদিংমক খঙলম্মী। মরম অসিদগী ভাসুদেভানা মহাক্কী নুপী ডেভাকিনা হেক পোল্লকপা মচানুপা খুদিংমক নিংথৌ কামসাদা শোয়দনা শিন্নগনি হায়না ৱাশল্লম্মী।

ৱাশকখিবগী মতুংইন্না ভাসুদেভ ডেভাকি অনিনা পোকচবা মচানুপা খুদিংমক হেক পোক্লকপগা কামসা নিংথৌদা শিন্নরম্মী অদুগা কামসা নিংথৌনা মচাশিং অদু হাৎলমখি। অসুম তৌদুনা চখরবগী মতুংদা, মচানুপা শ্রীকৃষ্ণ নিপালশুবা ওইনা পোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা ভাসুদেভা, ডেভাকি মতৈ-মনাও অনিমক য়াম্না চেকশিন্না কৈশুমশংদা থন্নমখি। মদুদা মখোয় অনি য়াম্না ৱানা খাংলম্মী। মাথুরাগী মফম অমদা লৈবা কৈশুমশঙদা ভাসুদেভ, ডেভাকিনা শ্রীকৃষ্ণ পোক্লে। তাইবং পানবা মীওইবা জিবশিংবু কনবিবা ওন্থা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণ মালেম সংসার অসিদা খোংদারক্লে। শ্রীকৃষ্ণ পোকপা মতমদা কৈশুমশংগী শংঙাকপা মীশিং অদু তুমদুনা লৈখি। মতম অদুদা ভাসুদেভ থোইদোক্না ৱারমদে। মতম অদুদা ঈশ্বরগী মায়া শক্তিনা কৈশুমশংগী থোং অদু মতোম্তা হাংদোক্লুনা থন্নম্মী। ভাসুদেভনা পোক্লিবা অঙাং শ্রীকৃষ্ণ অদু পুদুনা যামুনা তুরেলগী ৱাংমদা লৈবা গোকুলগী (Gokula) মফম অমদা লাক্লুনা নন্দা কৌবা মীওই অমগী ময়ুমদা থুংলম্মী। নন্দা কৌবা মীশক অদুদগী পোকপদা ঙাইরিবা মচানুপী অদুগা শিন্দোক্লদুনা অমুক হন্না পুরক্লম্মী।

ডেভাকিগী ৮শুবা মচা পোক্লে হেক তাবদা ফত্তবা নিংথৌ কামসানা কৈশুমশংদা চংশিন্দুনা পোক্লিবা অঙাং অদুবু মশামক্কী মখুৎমক্লা হাৎনবা থৌরাংখি। অদুবু য়াম্না ঙকপা অমনা পোক্লিবা অঙাং অদু নুপী অমা ওইনা নিংথৌ কামসানা থেংনরম্মী।

অদুম ওইনমক মমাংদা নিংথৌ কামসানা তাখিবা খোঞ্জেল - **"নচন্নুপী ডেভাকিগী ৮শুবা মচানুপানা নঙবু হাৎলগনি"** হায়বদু অচুম্বা ওইনা অদুম লৌবদগী নিংথৌ কামসানা পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অদুবু মখুৎনা পাইদুনা নুং অচৌবা অমগী মথক্তা থাদুনা হাৎনবা হোৎনবা হৌরকখি। অদুবু খঙহৌদনা য়াম্না অঙকপা অমগা লোইননা অঙাং নুপী অদু নিংথৌ কামসাগী মখুত্তগী নাম্থোক্লুনা অহাংবা আতিয়াগী মথক্তা পাইখৎখি। অদুগা অতিয়াদগী করিগুম্বা খর লাউথরকখি। - **"কামসা নিংথৌ নঙবু হাৎলগদবা অঙাং নুপামচা অদুদি গোকুলদা লৈস্লে, চাউখরে।"** খোঞ্জেল অদু তাবদা নিংথৌ কামসা হেন্না অশাউবা পোক্লম্মী। মদুদগী মাথুরাদা পোকপা অঙাং মচা খুদিংমক হাৎকদবনি হায়না নিংথৌগী য়াথং পিখি। মসিদা নত্তনা মাথুরাগা তাইনবা

যুম্লোন্নবা মফমশিংদা পোকপা অঙাং মচাশিংসু হাৎকদবনি হায়না নিংথৌ কামসানা মহাক্কী মনাই মশেনশিংদা অকনবা য়াথং পীখি। অকনবা নিংথৌগী য়াথং কয়া তৌদুনসু তাইবংপানবগী মপু ওইগদৌরিবা, মীনুংশিগী ধর্ম্ম শন্দোক্কদৌরিবা অঙাং (শ্রীকৃষ্ণ) থিবা ফংখিদে। শ্রীকৃষ্ণ হাৎনবা নিংথৌ কামসাগী থৌরাং খুদিংমক মায় পাকপা ঙমখিদে। মমৈথংদা শ্রীকৃষ্ণনা ফত্তবা নিংথৌ কামসা হাৎখি। ফত্তবা নিংথৌ কামসা হাৎলবা মতুংদা নিংথৌ কামসাগী মপা উগ্রেসেনা (Ugrasena) নিংথৌ ওইনা হাপখি।

শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা অঙক-অঙকপা থৌদোক কয়া থোকখি। মাথুরাদগী পংলাপ লাপ্তনা লৈবা মফম ব্রিন্দাভন্দা শ্রীকৃষ্ণ চৎখি। মফম অদুদা মহাক্না ষণ শেনখি। ষণ শেনবা নুপা নুপী কয়াগা তিন্নদুনা মরুপ- মপাং শেমদুনা নুংশি চান্নখি। ষঞ্জেনহা কয়াগা লোয়ননা মতম খুদিংদা শান্ন-চোংনমিন্নখি। ষণ শেনবা নুপীগী কাংলুপ্ অদুবু গোপি (Gopis) হায়না কৌই।

চহি খরগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবগী মীনুংশিগী ওইবা ধর্ম্ম অমা শন্দোক্লবগীদমক্তা (For His Mission) ডৱারাকা (Dwaraka) দা লাকখি। মাথুরা অমদি ব্রিন্দাভনগী লৈবাক্কী শাসন খুদিংমক মহাকপু (শ্রীকৃষ্ণ) থাজবা অশিংবা মীওইশিংদা (Vrishnis clan) শিন্নরমখি।

শ্রীকৃষ্ণ অকনবা থৌনা ফবা, লাল শোক্লবা হৈবা মী অমা ওইরগসু, অচুম্বা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাংবদা অশিংবা অমা ওইরগনু, লৈবাক অমগা অমগা নুংশি-চান্ননা শিনবা ঙম্বা মী অমা (Diplomat) ওইরগসু, মহাক্না কৈদৌনুংদা নিংথৌ ওইবা পাম্লমদে হায়বদি নিংথৌগী শিংহাসন ফম্বাল লৌরমদে। মহাক্কী থৌরাং কয়ানা লৈবাক কয়া খুদুম চল্লম্মী। অদুবু লৈবাকশিং অদু অফবা অচুম্বা মীওইদা শিন্নদুনা নিংথৌগী সাসন তৌহল্লম্মী, লৈবাক শান্তি লৈনা মরাচেৎনা পালহল্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী পুন্সি তাংকক্ খুদিংমক অঙক-অঙকপা থৌদোক ৱাথোকশিংগা মরি লৈনহল্লি। অকনবা Activity অমা ওই, Activist অমা ওই। অদুবু মতম লৈবা খিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণ ঈংবা তপ্পা Calmness লৈ, ইহা হাদে, মপুং ফাবা চেকশিনবা লৈ। অদুগা মতম লৈবা খিবিক্তা অপাম্বা কল্লক মিহৌবা লৈতে। পুক্লিং ৱাখলগী Lust লৈতে, Unattachment ওই। মসিননি শ্রীকৃষ্ণনা তাইবংপাল মায়াবু জয় তৌবা ঙম্লিবসি।

শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা খ্বাইদগী চাউবা মপাউদি শিবা নাইদবা, অহৌবা অরোইবা লৈতবা, ঙমখৈ লৈতবা, নুংঙাইবা অনন্দাগী মশক ওইরবা গিটাগী পাউজেলনি। নুংশিরবা গোপিগী ঈশৈ কয়ানা সংসার অসিবু শুন্ধৎহল্লি। য়াম্না অঙকপা ওইবা পারা অমদি শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা তম্বীখিবা গিতাগী পারা অদুনি। মচা মঙা পান্দভস (Pandavas) অমদি মচা চামা কৌরভস (Kauravas) লাল শোক্লবদা, পান্দভসকী লুচিংবা অমা ওইরিবা অর্জ্জুন্দা শ্রীকৃষ্ণনা থৌনা পিদুনা, পরা তম্বীদুনা কৌরভস কুরুক্ষেট্রাগী লালফমদা মাইথিবা পিখি। কুরুক্ষেট্রাগী লাল হৌদ্রিঙৈগী মমাংদদি অর্জ্জুন নিংবা কাইবা, নুংঙাইতবা অৱাবনা পিক থনবা তৌঙম শাঙমদবা অমা ওইখি। আর্জ্জুন্না লাল শোক্লবা পামদ্রিবা, লালদগী লাপ্না লৈবা পাল্লিবা, তৌঙম শাঙমদ্রিবা, নিংহন্নবা পোক্লিবগী অচৌবা মরম অমদি - মহাকপু তাকপিবা ঙম্বা হৈ শিংলবা ওঝা, অহল-লমনশিং, মকোকথোংবা মরি মতাশিং হাৎপা পামদবনি। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিবা মঙাল জ্ঞানগী অথোইবা পরা গীটানা আর্জ্জুনগী চমন্নবা, নিংহন্নবা পোকপা, অরানবা পুক্লিং ৱাখলশিং পুম্নমক অদু কোকপা ঙমখি।

কুরুক্ষেট্রগী লালদা কৌরভ মায়থিবা পিরবা মতুংদা যুধিসথিরবু নিংথৌ ওইনা হাপ্লবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ দ্বারকা লৈবাক্তা অমুক হল্লক্লে। মতম অদুদা ভ্রিসনি কাংলুপ মশেন (Vrishni clan) মরক্তা অমগা অমগা খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা Civil War থোক্লম্মী। মসিদা মখোয় অয়াম্বসু শিরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা অচুম অরানগী শাখি ওইনা পুম্নমক য়েংলম্মী। পুম্নমক্কী ওইবা ৱারোইশিন অমা পুরক্লবা শিল্লাংলম্মী।

শ্রীকৃষ্ণ তাইবংপাল সংসার অসে থাদোকপগী মতম নকশিল্লক্লে হায়বদু খংলক্লে। মহাক্কী পুক্লিং ৱাখল, ইন্দ্রি সেন্স মঙা যোগা প্রাক্টিস তৌদুনা ফাজিন্দুনা থমখি। নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা নিম পাম্বী অমগী মখাদা মহাক্কী মখোং অনি অদু য়ান্থদুনা যোগা মেডিটেসন তৌদুনা লৈখি। শ্রীকৃষ্ণগী অটর গুলাপকুম্বা ফজরবা মখোং অনি অদু উখাদা য়ান্থদুনা লৈবা অদু অরাপ্পা মফমদগী য়েংবদা শজি শানা চোংদুনা শান্নবা মানবদগী শাদানবা মী অমনা মহাক্কী লিরুং তেল অদুনা চুম্না কাপলকপদগী শ্রীকৃষ্ণগী মখোংদা পানখি। শাদানবা অদুনা মহাক্কী লিরুং তেলনা শজি শা পাল্লে হায়না খংবদগী নক্লা চংশিল্লকখি। অদুবু য়েংলুবদদি

জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণগী মখোংদা তেলনা পানবা ওইরমখি। অশোয অরানবা তৌখিবগীদমক শাদানবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা ঙাকপিনবা খুরুমজখি। শ্রীকৃষ্ণ কারমত্তা অশাওবা লৈতনা শাদানবা মী অদু ঙাকপিখি অমর্দি অফবা মঙ্গোলসু পীবিখি। মদুগী হেক মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ তাইবঙপাল সংসার থাদোকখি।

চহি লিশিং লিশিং কয়া চৎখ্রে। অদুম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তা মিল্লিয়ন মিল্লিয়ন কয়ানা মখোয়গী থম্মোয়নুংদা শ্রীকৃষ্ণদি হৌজিক ফাওবা লেংদনা নহৌননা হিংদুনত্তা লৈরি।

- - - - - - -

# Chapter - 6

## লাইশোন-তিনশোন

মালেম অসিদা খোইয়ুম লাই কনানা হেন্না লুম্বগে- মালেম ইমা শিদবীনা মরুম্মী, মালেম অসিদা খোইয়ুম লাই কনানা হেন্না ৱাংবগে- পন্থৌ অতিয়া কোরৌ শিদবনা মৱাংঙি। পন্থৌ অতিয়া শিদবা অমদি মালেম ইমা শিদবী অনিনা পারী লাইনিংথৌ সনামহি অমসুং নোংমদা লাইরেন পাখংবা অনি পোক্লুনা মালেম অনেম্বদা খোইয়ুম লাইয়ুম শাবা হৌখি। মালেম অনেম্বা অসিদা খোইয়ুম লাইয়ুম খক্তা লৈবা য়াদবনিনা, নামু তাইবং মীওইবা শেম্বা তারক্লে। পারী অহল লাইনিংথৌ সনামহিনা তাইবং মীওইবা শেমদ্রবদি খোইয়ুম লাই অতৈনা শেম্বা ঙমদে। পন্থৌ অতিয়া শিদবগী য়াথংগী মতুংইন্না- লাইনিংথৌ সনামহিনা পন্থৌ অতিয়া কোরৌ শিদবগী লাইজদা (ঈশিংদা) তারিবা মপাগী মমিদগী মওং মতৌ লৌদুনা তাইবং পানবা মীওইবা শেমখি। **কংলৈপাক্কী কংলৈচাশিংনা (মৈতৈনা) য়ুম খুদিংগী (য়ুম মনুংগী) অথোইবা খোইয়ুম লাইদি লাইনিংথৌ সনামহিনি।** পুক্লিং ৱাখল হকচাং শেংনা য়ুমগী লাইনিংথৌ সনামহিবু ঈরাৎ থৌনিগনি। য়ুমগী মপালগী খোইয়ুম লাইদি নোংদা লাইরেন পাখংবনি। পুক্লিং ৱাখল হকচাং শেংনা য়ুমগী মপালগী খোইয়ুম লাই নোংদা লাইরেন পাখংববু ঈরাৎ থৌনিগনি। খোইয়ুম লাই নোংদা লাইরেন পাখংবদি য়ুমগী মনুংদা পুশিনবা ফত্তে, য়াদে। নোংদা লাইরেন পাখঙবনা কংলৈগী নিংথৌ ফম্বাল কাদুনা (নিংথৌ ওইদুনা), নোংদা লাইরেন পাখঙবগী ঈ ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা চাদা-নাওদা (Multiply) শন্দোকখি।

- - - - - - - -

## Chapter - 7

# LORD SANAMAHI
# (লোর্ড সনামহি)

(কংলৈপাক লৈসেম্লোন)

পন্থৌ অতিয়া কোরৌ শিদবা অমদি ইমা মালেম লৈমা শিদবী অনিগী মচানুপা অনি (২) মালেম কংলৈপাক অসিদা শেম্মী। মচা ইবুংঙো অহলগী মমিংনা সনামহি কৌই অদুগা অতোনবগী মমিংনা পাখংবা কৌই। মালেম অনেম্বসি লৈশেম্বা লোইরবা মতুংদা, নোংমা পন্থৌ অতিয়া শিদবনা মচানুপা অনিদা য়াইরা অমা হায়রকখি, **"নখোয় অনিনা মালেম নোংখোং কোইবা হৌরে। মালেম নোংখোই কোইবা অহানবা অদুনা ইপানা ফম্লিবা খোইয়ুম লৈঙাক মপুরেলগী ফম্বাল অসি ফংজরো।"**

খোইয়ুম লাই সনামহি অমদি মনাওনুপা পাখঙবা মচিন মনাও অনিনা পন্থৌগী য়াইরা ইঞ্জদুনা মালেম নোংখোং কোইবা হৌখরে। খোইয়ুম লাই সনামহিদি কৈবী কৈরেন তোংদুনা মালেম নোংখোং কোইবা হৌখরে। মনাওনুপা মশানৌ পাখঙবদি মপাঙ্গল শোনবনা মালেম নোংখোং কোইবা ঙমদনা মালেম লৈবাক্তা মিৎলু লাইজা শিন্থদুনা লৈরে। পাখংবনা মিৎলু লাইজা শিন্থদুনা লৈবা অদু মালেম ইমা লৈমারেন শিদবীনা মউরে।

ইমাগী ইবুংঙো পাখঙবা করিগী অদুক নুংঙাইতনা মিৎলু লাইজ ঈহৌ শিন্থবনো? ইমাদা য়াইরা চিংগোইয়ু। মপারি পাখংবনা মালেম মমাদা য়াৱা

অসুম্না হঙ্গৎচরম্মী, **"ঐখোয়বু পোকপা পল্লৌ অতিয়া শিদবনা য়াম্লুংগা ঐগা ঐখোয় অনি কৌবিরে, য়াইৱাসু অসুম্না চিঙ্গোইবিরে, য়াইৱাদি নচিন ননাও অনিনা মালেম নোংখোং খোইবা হৌরো, মালেম নোংখোং কোইবা লোইবা, হান্না য়ৌরকপা ইচাদা ঐনা ফল্লিবা ফম্বাল অসি শিন্নগনি হায়না ঐখোয়বু পোকপা পল্লৌনা তাকপীয়ে, য়াম্লুং (সনামহি)দি কৈবী কৈরেন তোংদুনা মালেম নোংখোং কোইবা হৌখরে, নপারি ঐহাক্তিন পাঙ্গল শোনবনিনা মালেম নোংখোং কোইবা ঙমদরে। মরম অসিনা মালেম লৈবাক্তা মিৎলু লাইজা ঈহৌদুনা লৈরম্লিবনি।"**

মালেম লৈবাক ইমা লৈমা শিদবীনা মপারী অতোনববু (পাখংবা) য়েংলগা য়াইৱা অমা অসুম্না হায়রকখি, **"মদুগী ওইরগদি পারি ইবুংঙো, ইমাগী য়াইৱা অমা হায়গে, পল্লৌগী সনাগী ফম্বাল অদু ফংননবা য়াইৱা অসি চেকশিন্না তারো, খোইয়ুম কনা খংহনবা য়াদে, নহাকপু পোকপা পল্লৌনা ফল্লিবা ফম্বাল অদু ৭লক থোকনা কোইরো, লাইবক ৩লক কৎলগা ফম্বাল অদু ফংজরো।"** নয়াম্লুংনা মালেম নোংখোং ৭লক কোইবগা চপ্ মান্নরবনি, ইমানা হায়রিবা য়াইৱা অসি পাংথোক্লুরো, য়াইৱা অসি নহাক্না পাংথোক্লবদি শোইদনা নহাকপু পোকপা পল্লৌগী খুবম অদু নহাক্না ফংবা ঙমগনি।

মপারী পাখংবনা পল্লৌ অতিয়া শিদবগী ফম্বাল তম্না লাক্লে। পল্লৌ অতিয়া শিদবনা ফল্লিবা ফম্বাল অদু ৭লক থোকনা কোইরে। মতম অদুদগী পল্লৌ অতিয়া শিদবনা ফম্বাল থক্তগী কুমথরে। মপারী পাখংবনা তৌরিবা মতৌ অদু ঙকচাননা য়েংখি। মদুদগী পাখংবনা মপাবুংগী ফম্বাল অদু অহুমলক লাইবক কৎলগা ফম্বাল ফমখরে। পাখংবগী তৌরিবা মওং মতৌ অদু পল্লৌ মপানা য়েংলগা পাইমা নুংদা (পুক্লিং ৱাখন্দা) খলক্লে- **"পুম্নমক অসি মালেম ইমা লৈমা শিদবীনা শিনবা থৌশিন ওইরমগনি।"**

পারি সনামহিনা মালেম নোংখোং কোইদুনা হল্লক্লগা করি য়াইৱা পাউমেনগদগে (হায়গদগে) হায়না পল্লৌ অতিয়া শিদবনা খল্লক্লে। অসুম অসুম খল্লিঙৈদা, মপারী অহল সনামহি মালেম নোংখোই কোইবা লোইরদুনা পল্লৌ

অতিয়া শিদবগী ফম্ফাল-ফম্লেন তম্লক্লে। সনা ফম্বাল যৌরক্লবদা পারী সনামহিনা কোক্লোঞ্জরগা হায়রকখি, - **"ঐবু পোকপা পম্মৌ ও! নপারী অহলনা মালেম নোংখোং ৭লক কোইবা লোইরদুনা হল্লক্লে।"** অসুম্না য়াইব্রা কোলোইরকপা মতমদা সনা ফম্বাল লাংলিবা পম্মৌনা খুল্লক্রুবদা, কোক্লোঞ্জরিবা খোইয়ুম লাই পারী সনামহিনা কোক হঙ্গত্তুনা য়েংলুবদদি পম্মৌ অতিয়া শিদবদি ওইরমদ্রে। মনাওনুপা পাখঙবনা সনা ফম্বালদা ফমদুনা লৈবা উরক্লে।

মনাওনুপা পাখংবনা পম্মৌ অতিয়া শিদবগী ফম্বাল থক্তা ফম্লদুনা লৈবা উবদগী পারিনিংথৌ সনামহৈ ঙমখে লৈতনা মালেম লৈবাক্তা খোংথিন্দুনা খোইয়ুম অশাওবা পোক্লে। পম্মৌ অতিয়া শিদবনা মপারী সনামহিবু থেল্লক্লে। অচাকপা মৈরিগী পান্দমগুম পারী সনামহি অশাওবা পরৈনবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লে - **"খংগনিদো শারিসো! ঐনা শেম্বা মালেমসে লৈথক লৈখা ওল্লগে, মালেম অনেম্বদা লৈরিবা চীংউ লাইয়াম পুম্নমক মাংহল্লগে!"** য়াইব্রা অসি খোম্থোক্লা মালেম লৈবাক্তা খোংথিল্লক্লে। মালেম অনেম্বদা লৈরিবা চীংউ লাইয়াম পুম্নমক মালেম লৈবাক্তা লৈবা ঙল্লক্রুবদা লাইয়াম পুম্নমক খুন্দিন্নরে। অতিয়া শিদবা মপুরেন পাইমা নুংদা করিগুম্বা খর খল্লক্লে - **"পারী অহল সনামহি ঐনা থিং ওল্লরোই, মালেম অসি মাংবা তারে, য়াইব্রা অসি খল্লদুনা খোইয়ুম লাইয়াম মখে ঈংনা তপ্পা লৈহল্লগে খল্লক্লে।"**

পম্মৌ অতিয়া শিদবনা মপারি অহল সনামহিবু কৌশিল্লগা হায়গে খন্দবা য়াইব্রা অমা হায়রকখি, **"নাপাচিক্লা তারোদো, পারী সনামহি, নহাক অসি অতিয়া শিদবা ঐহাক্লা পোকপা নত্তে, নহাক্তী ইপুরোই শিদবগী লাংদাইরেন্নী, নহাক্লা ইপাদগীসু অহলনি, লাংওন লাংদাই মপুরেন্নী, খোইয়ুম নহাক্লা তৌনিংবদা ঐনা থিংবগী ইতিক লৈতে, অহৌবসু অরোইবসু নহাক্নি, পোকপা শিবা নাইদ্রবা খোইয়ুম নহাক্কী লাংওন্নি। লাইনিংথৌ সনামহিনি।"**

য়াইব্রা অদু তাজবদা লাইনিংথৌ সনামহি মশানা মশাবু খংজররে। অরোন-অরান খংলক্লে। পম্মৌ অতিয়া শিদবগী মফমদা চংজদুনা অরান খিবিকপু ঙাকপীয়ু হায়জরে। মসিদা অতিয়া শিদবা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজরে।

পন্থৌ অতিয়া শিদবগী য়াইব্রা মহে য়াল্লবদা খোইয়ুম মাইকৈ পাংনিংলক্লে।

লাইনিংথৌ সনামহি মপারীবু য়েংলগা পন্থৌ অতিয়া শিদবনা হায়রকখি - **"পারী ইবুংঙো সনামহি (ঙৌবরেন)! ইপানা নখোয় অনিমক শেমজবগী মহে য়াল্লে, ইপা নিংবা থুংলে, হৌজিক্তি ইপানা নখোয় অনিবু খোইয়ুম লাংদাই মপুরেনগী ফম্বাল শিনরে, পারী অহল সনামহি নহাক্না মালেম লৈবাক অসিগী য়েক ৭ শলাই ৯গী মশিং লাংঙমদ্রবা মীশিংগী য়ুম্লিংলক্লগনি, য়ুমথোং খুদিংদা নমু পী-পা নাইনা য়েক সলাই খাইনা লৈগনি, নমু য়ুমথোং খুদিংগী য়ুমগী লাইনিংথৌ পারী অহল নহাক্না ওইরগনি। ননাওতোন পাখঙবনা য়েক-সলাই ৭কী নিংথৌগী ফম্বাল ফংগনি, মহাক্কী কোলোইমিংলেন্না নোংদা লাইরেল (লাই) হায়না কৌগনি। পারী অনিমক্না মসি কাওফরোই, খোইয়ুম লাংওন লাংদাইরেন্নি। নচিন-ননাও অনিমক শেংনা কাইনফরোই।" পন্থৌ য়াইব্রাবু মপারী অনিমক্না নাপা চিক্না তাজখি।** হৌজিক্তি পারী ইবুংঙো সনামহি মালেম তাইবংপানবা অসিদা মীওইবা শেম্লসি। ইপানা লাংদাই মপুরেন ওইদুনা মালেম অনেম্বদা জিব পানবা কয়া পুথোকচরে। তাইবংপানবা মীওইবদি নহাক য়াওদনা শেম্বা য়াদবনিনা ইপাগী মথৌ মঙম্ পাংথোকপা ঙমদ্রি।

পন্থৌ অতিয়া শিদবনা হায়রকখি, **"পারী ইবুংঙো সনামহি! লাংদাইরেন অসিদা পলেম ওইবী ইমা শিদবীগী থৌশিন পাংলশি, কোরৌ লাইয়ামলক্তগী অকোই উমা সন্না চিংজ্রোইবী মরান লুহোংবা তম্লসি, ইপাগী য়াথং কাইহনগনু।"**

লাইনিংথৌ সনামহিনা পন্থৌ অতিয়া শিদবগী য়াইব্রা ইঞ্জদুনা, লৈমা ইমা শিদবীগী য়াথং মতুংইন্না উমা সন্না চিংজ্রোইবীগা মরান লুহোংবা তমখরে। মনাওতোন পাখঙবদি ব্রাংলেন লাইগী মমোল্লোই লাইস্নাগা মরান লুহোংবা তম্লকখরে। মালেম অনেম্বদা লৈরিবা চীংউ লাইয়াম হরাও-মথোই কাজরে।

পন্থৌ অতিয়া শিদবগী য়াইব্রাবু ইঞ্জদুনা লাইনিংথৌ সনামহিনা চীংউ লাইয়ামগা লোইননা মালেম লৈবাক ব্রাংলেন্দা লাইয়ুম মীয়ুম শানবা শিন্থা পাংখরে। চীংউ লাইয়াম পুন্নমক লোইনদুনা কংলৈ খোইয়ুম লাইয়ুম শারক্লে। লাইয়াম পুন্না হরাও মথোই কারক্লে। লাইমী পুম্বগী য়ুমশারোন তম্বীরে। মশিং

লাংঙমদ্রবা সনামহি় লাইকোন য়ুমশাকোন মপুং ফাবা ওইরক্লে। মপারী সনামহি়না খোইয়ুম য়ুমশা, লাইমী য়ুমশারোন অদু উবদা পস্তৌ অতিয়া শিদবনা হ়রাও মথোই় কাজরে।

পস্থৌ অতিয়া শিদবনা পাইমা নুংদা খল্লক্লে - **"পারি অনিমক অসিনা মপা মশক কনানা হান্না খংবা ঙম্বগে? হায়বা খল্লক্লে।"** কোরৌ নুমিৎ খংহৌদনা মখোয়বু পোকপা পস্থৌ অতিয়া শিদবা মাংখরে।

পস্থৌ অতিয়া শিদবা মপানা মাংখ্রবদা, থিবা ফংদ্রবা, কৌবা তাদ্রবদা, মচিন মনাও অনিনা ফুংবুংননা লৈরিঙৈ মতমদা মমা শিদবী উরম্মী। মমা শিদবীনা হ়ংলকখি, **"নচিন-ননাও নখোয় অনিনা নুংশুক নুংজাননা লৈবদি, পলেম ওইবী ঐহাক্তি হাইফম তৌফম খংদনা অব্বাবা ওইরেদো।"**

মচিন মনাও অনিনা মালেম লৈবাক অনেম্বা অসিদা তুরেন খোং লোক কয়াদা চত্তুনা পস্থৌ খংনবা থিয়ু হায়না মমা শিদবীনা তাকপীরে। পলেম মমাগী য়াথং ইঞ্জদুনা মালেম অনেম্বগী ঈশিং ঈচেল চাংজৌ তোর্বান্দা মচিন মনাও অনিনা লাইজা ঈমাই চোল্লবা ঈচেলদা পস্থৌ মপাদো অসুম অসুম থিরক্লে, য়েংলক্লে। মনাওনুপা পাখংবনা ঈচেন নাইনা চেল্লিবা ঈরৈদা ষণ য়োংমানবী অশিবা অমনা তাওথরকপা অদু উবদা অদুঙৈ পস্তৌনা তাকপিখিবা মচিন-মনাওদা - **"ইপাবু নখোয়না থিবা খংলক্ত্রবদা, অউ-অউবা জিবাদা ইপাগী মীংখৈ শোন্দুনা কৌরকউ। মতম অদুদা ইপাবু উজবা ওইসনু হায়খিবা অদু খংনিং নিংশিংলক্লে।"** পাখংবনা ময়াম্নুংদা (সনামহি) য়েংলগা হায়রকখি, **"য়াম্নুং তাওথরক্লিবা ষণ য়োংমানবী অসি লোক্লসি।"** মসিদা সনামহি়না য়াখিদে, **"অশিবদি অশিবা জিবনি।"** পাইমা নুংদা খনখ্রবা মনাওতোন পাখংবগী অনিংবা পামজবা অদু মতেং পাংনদুনা, লাইজা (ঈশিং) চাংজৌ মান্নবা তুরেন্দা চোংথদুনা অসিবা ষণ য়োংমানবী অদু চিংখৎলে। শনকুপ্লৈনা কুপ্লে, পস্থৌ অতিয়া শিদবগী মীংখৈ শোল্লক্লে, লাওরক্লে, খংহৌদনা অতিয়া শিদবা থোক্লক্তুনা লেপ্লরে। থৌদোক অদু উবদা লাইনিংথৌ সনামহি় অঙকপা ওইরে। মদু নোংদা য়াইৱানে।

মপা মশক হান্না খংবনি হায়দুনা পাখঙবা হায়না মীংথোন পীখি। মচিন-মনাও অনিমক্লা কংলৈপুংদা পস্থৌ অতিয়া শিদবা পুরকখি। পস্থৌ অতিয়া

শিদবনা মপারী সনামহিদা খোইয়ুম শিন্থা পীরগে হায়না পাইমা নুংদা খল্লক্লে।

অতিয়া শিদবা মপুনা মপারী সনামহিবু কৌশিন্দুনা য়াইব্রা ময়াম অমা চিঙ্গোইরকখি, - **"পারী ইবুংঙো হৌজিক্তিগী লাইয়ুম-মীয়ুম শাবা লোইরে, ইপানা মালেম অনেম্বা অসিদা লৈনবগীদমক্তা জিব লাক্ষ লাক্ষ কয়া মালেম অসিদা পুথোক্লে, জিবশিংসু মাগী মাগী লৈফম পুম্নমক ইপানা মশাইকোন লোইনা তমখ্রে।"**

মালেম লৈবাক অনেম্বাঅসিদা খোইয়ুম লাইয়ামখক্তা লৈবা য়াদবনিনা, নামু তাইবং পানবা মীওইবা শেম্লসি। পারি অহল নহাক্লা তাইবং মীওইবা শেমদ্রবদি খোইয়ুম লাই অতৈনা শেম্বা ঙম্লোই। ইপানা হায়গে নাপা চিক্লা তারোকো - **"চাংজৌ অসিগী মপান্দা ইপা লেপ্লগে, লাইজদা (ঈশিংদা) তারিবা ইপাগী মমি অদু লৌদুনা তাইবং পানবা মীওইবা শেম্লোকো।"**

অতিযা শিদবনা তাইবংপানবা মীওইববু য়েংলগা সনামহিদা হায়বকখি- **"নহাক্লা শেম্বা তাইবং অসিনদি মদোমতা লৈবা য়াদেদো"** মনাওতোন পাখংবা কৌবিরুরো হায়না তাকপীবে। লাইনিংথৌ সনামহিনা মনাওতোন পাখংবা কৌখ্রে। মনাওতোন পাখংবনা পন্থৌ অতিয়া শিদবদা কোক্লোঙ্গদুনা হনগৎচরে - **"পন্থৌনা নপারীতোনবু কৌবিববু করি য়াইব্রাবু তাকপিগদবনো"** অতিয়া শিদবনা পারী অতোনবা পাখঙবদা পাওমেনখি (হায়খি) **"পারী ইবুংঙো নহাক্লা য়াংবী তুবী লাই ১০৮ অদু পুথোক্লুনা নুং-পান খাইদুনা, নয়াম্বুংনা শেম্লিবা তাইবং পানবা অসিদা য়াই ইনুং মঙম তাইরে।"** পাখঙবনা তাওবোই ১০৮ বু তাইবং পানবগী ইনুং য়াইদা ইতমহনবিরে।

তাইবংপানবা মীওই ওল্লকপা উজবদা অতিয়া শিদবা হরাও মথোই কারক্লে। মপারী সনামহিবু কৌশিন্দুনা হায়বকখি, **"পারী অহল সনামহিনা শেম্বা তাইবং অসি খোইয়ুম ঙৌবরেন নহাক্লা তাইবংগী থোং-লোন (থোং) ৯ শিদ্রবদি তাইবংপান মীওইবা হায়বসি মপুং ফাবা ঙমদে।"** পন্থৌ শিদবগী য়াইব্রা তাবদা লাইনিংথৌ সনামহিনা তাইবং- মীওইবগী থোং লোন ৯ পীরে। তাইবং মীওইবা হকচাংবু শোক্লুনা থোং-লোন ৯ ফাৎপীরে।

(১) মীৎ (২) না (৩) নাতোন (৪) নাকোং (৫) লৱাই লেমফু (৬) চিনবান (৭) লাইথোং (৮) খাথোং (৯) মরৌ থোং। থোং-লোন ৯ ফাংপীরবদা তাইবংপানবা মপুংফাবা মীওইবা ওইরে। মসি উবদা মপুগী শিন্থা মহৈ য়াল্লে হায়না লাইনিংথৌনা খল্লে। তাইবং পানবা মীওইবা খোইয়ুম লাইনা লিচৎ শাজৎ তম্বীরে। মীওইবা মরোন মরি থোক্লে।

অতিয়া শিদবনা তাইবংপানবা মীওইবা পী-পা খায়দোক্লে। মী, লাই পুন্না মালেম লৈবাক অনেম্বদা খুন্দারে। চাংউবা লাইয়াম পুম্বসু হরাও-মথোই কাজরে। নমু য়ুল্লিংলে। সনামহি য়ুম চংলে, উমা সনা চিংজ্রোইবী ওইগী ফম্বাল ফল্লে। তাইবং মীওইবা হরাও মথোই কারে। নোংদা লাইরেন পাখঙবা কংলা মেন শেল্লে, লাইপুং চুকপা ৪ ফাংখোং তল্লে। খুঃ৩৩দা নোংদা লাইরেন পাখঙবা নিংথৌ ফম্বাল কারে, সনা ফম্বাল তোংলে, য়েক ৭ সলাই ৯ পুথোক্লে।

য়েক ৭ নাইরে, সলাই ৯ পোক্লে। চিংউ লাইয়াম পুম্বা লাইনিংথৌগা লোইননা লাই হরাও মথোই কাজলে।

য়েক ৭ সলাই ৯ পুম্বনা নোংদা লাইরেন পাখঙবগী ঈ ওইনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা চাদা নাওদা শন্দোকরক্লে। লাইগী ঈরেমখাক ওইরিবা নমু তাইবং মীওইবা পানবগী কংলা লাইপুংময়োন্দা শিদবা সলাই পোকপা/পোকপীগী লেংফদ্রবা য়াইবীরেন থৱায় থম্বীরল্লে।

- - - - - - - -

# Chapter - 9

## অহানবা মৈতৈ নিংথৌ পাখংবা

(খৃঃ ৩৩- ১৫৪)

খৃষ্টগী চহি ৩৩ শুবদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা মৈতৈ লৈপাক্কী অহানবা নিংথৌ ওইখি। পোইরৈতোন্না মৈতৈ লৈবাক্তা লাকপা মতমদা লোয়নরকপা মচম্নুপী লাইস্নাবু পাখংবনা ন্নহোংদুনা লৌদুনা মৈতৈ লৈমা হাপখি।

নোংমা পাখংবগী নুপী লৈমা লাইস্ননা মহাক্কী মবুং পোইরৈতোন উনানিংলম্মী। পোইরৈতোন্না ফৌ য়ৈবা (ফৌ লোংপা) লাকপদা লাইস্ননা চান্নবা হৈরাং খর পুদুনা চৎলম্মী। মতম কুইনা উনখিদ্রবা মচিন মবুং অনিদু উনবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী, হরাওরম্মী। মচলনা পুরকপা হৈরাদু ফৌ য়ৈবদা ৱারবা মীয়ামদু য়েন্নদুনা পোত্থাবদা চারম্মী। মচন্না পুরকপা হৈদু পোত্থাবদা চায হায়দুনা **হৈথা-পোত্থা** হায়না খঙনখি। পোইরৈতোন্নসু মচল লাইস্নদা চেং অমুবা পীরকখি। মবুংনা পীরকপা চেং অমুবদু পাখংবদা পীজরম্মী। মনম নুংশিবা, মরেক-মহাও যাওবা অহাওবা চেং অমুবগী চাক্কু পাখংবনা মথ্বায় তানা য়াম্না হাওনা চারম্মী। পোইরৈতোন্না পীরকপা অহাওবা চাক্লি খংননবা চেং অমুবা অদু **চাকহাউ** হায়না মমিং থোনখি। পোইরৈতোন চাকহাউ হায়নসু খঙনৈ। ফৌ লোকপা লোইরবা মতুংদা নোংমা লাইস্ননা মবুং পোইরৈতোনবু কংলাদা চাক কৌখি। মদুদগী হৌদুনা ময়ুম পাল্লবা মচলশিংনা মবুংশিংবু চাক কৌবা চৎনখি।

নিংথৌগী মচলনুপীশিং খুল্লক্তা থাজখ্রবা মচলনুপীশিংনা নিংথৌবু চাক কৌবদা, চাক চাবা চৎপদা খুদোংচাদবা অমদি নিংথৌগী নুপী লৈমাশিংনা মবুং-মপ্পাশিংবু কোনুংদা চাক কৌবদা খুদোংচাদবা কয়া থেংনবদগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা মচলনুপীশিংনা মবুংবু মপুরোইবগী ময়ুমদা চাক কৌবগী মহুত্তা মবুংনা মচলনুপীশিংবু ময়ুমদা চাক কৌরগদি মমা মপা মবুং মপ্পা অমদি কৈরোই-লৈকায় অদুদা হৌমিন-কামিন্নরকপা মমান্নবী ময়াম অমসু উনবগী খুদোংচাবা, ব্রারি ব্রাতাই শান্নজবগী নুংঙাইজবা অদু য়েংলগা মবুংনা মচলনুপীশিংবু চাক কৌবা হৌদোকখি। চাক কৌবগী মমিংসু **নিংঙোল চাক কৌবা** হায়না কৌনখি।

কংলৈপাক্তা শগোল কাংজৈ শান্নবা হৌদোকখিবা অসি নিংথৌ পাখংবগী মতমদা লাইয়াম্না মীচং খায়নরগা শগোল কাংজৈ শান্নখিবা অদুনা অহানবা নত্তে হায়না পুয়াগী লাইরিকশিংদা ময়েক শেংনা ইরি। নিংথৌ কাংবগী হাক্তক্তা হৌদোকখিবা শগোল কাংজৈনি খঙননবা কাংবগী মমিং লৌরগা কাংজৈ হায়না থোনখিবনি। কাংজৈ শান্নফম অদুনা কাংজৈবুং হায়না কৌনখি। হুন্নবা মতুম তাবা অদুবু কাংদ্রুম হায়না কৌখি। কাংবনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা উমংলাই ময়াম্না অহোং কুম্মৈ ওইনা হরাওদুনা শান্নখিবা মৈতৈগী শগোল কাংজৈ খুৎশান্ননি। লোইয়ালাকপা, ওক্লরেল, নম্বুল লাকপা, য়াঙ্গোই নিংথৌ, ব্রাংব্রেন, থাংজীং, খোরিফাবা লাই তরেৎনা খুৎ অমা ওইরগা মারজীং, খল্লাংবা, ইরুম্বা, ইকোপ্পা, ইরোংবা, নোংশাবা, পান্থোইবনচিংবা লাই তরেৎ অমনা নাপাক অমা ওইরগা কাংজৈবুং ময়ায়দা হন্দ্রে হুল্লগা পন্থক পনখা শগোল কাংজৈ শান্নখি। মতম অদুদগী কায়দনা চত্থরকপনা শগোল কাংজৈগী মশান্না অদু মৈদিঙু খাগেম্বগী মতমদা কাংজৈরোইশিংগী খুৎলোয়নবা অমদি অশোক-অপন নংদনবা নিয়ম খর শেমদোকপা হৌখি।

নিংথৌ পাখংবনা পানবা মতমদা মৈত্রবাক্তা লৈঙাক ব্রায়েল পথাপ্পা নত্তনা মমা-মপা, মচিল মনাও, মচল-মচেশিংগা লোয়নবদা চৎকদবা লমচৎ শাজৎ, ঙাঙগদবা ব্রাঙাং শাঙাং, থকসি-খাসি চৎনলোল, থৌগল্লোল কয়াসু নৌহৌননা মরিক চম্না শেমদোক-শাদোক্তুনা কংলৈবাক্তা চৎনবা হৌখি।

নিংথৌ পাখংবগী মতমদা হান্না খংনরম্বা- মঙাং, লুব্রাং, খুমন, অঙোম,

মোইরাং, চেংলৈ, খা-ঙানবা য়েক তরেৎপু (৭) শালাই মাপল (৯)- মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, চেংলৈ, শরাং-লৈশাংথেম, খাবা অমসুং ঙানবা হায়না খায়দোক্তুনা চারৌ-মৌরৌনবদা য়েক শলাই মান্নবা মশেল্ লৌনবা য়াবা/য়াদবা কয়াসু শেমদোক্তুনা চৎনবা হৌহনখি। শাগেগী মচে মচল লৌনদনবা অমদি লাইরুক তিন্নবা মশেন লৌনদনবা য়াম্না কন্না থিংলম্মী। লমহেনবা চৈরাক পীরম্মী। লাই হায়বদি শলাই, রুক হায়বদি কাংলুপ হায়না খঙনৈ। তোঙান-তোঙানবা য়েক শলাইগী নিংঙোল লৌদুনা পোকপা মচাশিং অদুনি শারুক তিন্নবা হায়রিবসি। খুদম ওইনা পীবদা পোইরৈতোন্না লৈমা লৈনাও তাবী পান্নদুনা শিংতাইপুং পোকই। শিংতাইপুংনা শম্বোং পুনেম্বা চনু পান্নদুনা **অৱোং, পামিংনবা** মচানুপা অনি পোকই। অৱোংনা চিনকুরোন লাইতোংলেন চিনখুবী পান্নদুনা তুনহাবা পোকই। অদুগা **খুমন য়েক শলাই ওইখি**। মনাওনুপা পামিংনবনা ওইমু লৈমা পান্নদুনা লুৱাং খুন্থিবা পোকখি। **অদুনা লুৱাং য়েক শলাই ওইখি**। অদুনা খুমন অমসুং লুৱাং শলাই অনি অসিগী মচা মশুশিং লৌন লৈনবা য়াদে। লাইরুক তিন্নে।

মৈত্রবাক্তা অয়ুক-নুথিল অমসুং নুমিদাংদা মতম খায়দোক্লরগা নিংথৌ ওইদুনা পানমিন্নবা **কুপত্রেং, শেন্ত্রেং** মচিন-মনাও অনিদুগী মনাই খ্বাই নুংজেং পীবাবা পোত্থাবা ফংদে হায়না শাউদুনা লিরুং তেল পায়রগা নিংথৌ অনি হাৎকদবগী হোৎনরক্লবদা কুপত্রেংনা শেলোই লংমাই (নোংমাইজিং চীংদা) লোত্তুনা **অঙোম য়েক শলাই ওইখি**। শেন্ত্রেংনা মোইরাংদা চেন্দুনা মতম খর লোৎলুরগা হল্লক্তুনা মৈত্রবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা **মঙাং য়েক শলাই শন্দোকখি**। অদুনা অঙোম অমসুং মঙাং য়েক শঙাই অনি অসিগী মচা-মশুশিং লৌন লৈনবা য়াদে। লাইরুক তিন্নে। লাইরুক তিন্নবা য়েকশলাই মশেল লৌন লৈনবা য়াদে, করিগুম্বা লৌন-লৈনরগদি ঈ মশেল ওইবনিনা মচা মশুদা ফত্তবা খুদম চাংদম কয়া পী, শোয়নাইবা, পুন্সি নুংশাংদে। নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা য়েক তরেৎ শলাই মাপল লৈরম্বদু মমৈথংদা চেংলৈ শরাং লৈশাংথেমগা পুনশিনখিবা মতুংদগীদি য়েক তরেৎ হায়না খঙনখি- মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, শরাং-লৈশাংথেম, খা-ঙানবা অসিনি। অসুম্না য়েক শলাই খাইনা লাই হাক্তক্তগী মথং মনাও নাইনা লাইগী লৈবাক ওইরিবা কংলৈপাক্তা

নিংথৌরেল কয়া পাল্লকখি।

**Yok-Salai :**

Angom comprised of (1) Akoijam (Koijam), (2) Longjam (3) Nongmaithem, (4) Khangembam, (5) Ningombam (6) Laitonjam, (7) Leitanthem.

পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লকপা মতম খর লৈরবা মতুংদা নোংমা লৈমা লাইস্লনা পাখংবদা ৱা অমা হায়খি, **"ইবুংঙো নহাক্না অয়ুক নুংথিল্দা নতিক নথৌনা লৈবা লাই ওইদুনা লৈবাক ৱায়েল থৌদাদুনা লৈরগা অহিংদনা কনা অমত্তা খঙহন্দনা মী ওইদুনা কোয়না চত্তুনা লৈরিবসি কনাগুম্বী শকহেনবী চনু নিংঙোন অমগা মরি লৈনবা মাগ্নি।"** লৈমা লাইস্লনা মখা তানা অমুকসু হায়রকখি, **"ঐসু ইবুংঙোগুম্না ইতিক ইথৌনা লৈনা মীসু লাইসু ওইজগে।"** লাইস্লগী ৱাদু তাবদা পাখংবনা মোমোন নোক্লগা খুল্লকখি, **"ঐহাক্কী কোরৌ শিদবা অতিয়াদগী কুম্লক্লগা নিংথৌ ওইবনি, ঐদি ইনিং ইখা তৌনা মী ওইবসু য়াই, লাই ওইবসু ঙম্মী। লৈমা লাইস্না নহাক্তী পোইরৈতোন্না লাকপদা লোয়নরকপনিনা মী ওইবদি য়াই, লাই ওইবদি য়ারোই।"** ৱাহৈশিং অসি তাবদা লাইস্না নীংবা কায়রম্মী। লৈমা লাইস্লনা ইবুংঙোগী মরুপ-মপাং লাইয়ামশিংগা উন্নদুনা শকখঙ মায়খঙনবা পাম্মী হায়না হনগৎচরম্মী। লৈমা লাইস্নাগী ৱাদু তারবা মতুংদা পাখংবনা লাইয়ামশিং অদুগা লৈমা লাইস্লগা উন্ননবা শকখং মায়খঙননবা শিল্লম্মী। মায়কৈ ঙাকপা মারজিং কৌরগা লৈমা লাইস্লনা পান্নিবদু খঙহল্লে।

মারজীং লাইয়ামগী মনাক্তা চত্তুনা পাউদু তমখ্রে। মৈতৈ লৈবাক্কী লৈমারেল ওইরিবা লাইস্লনা খোইয়ুম লাইয়াম ঐখোয়গা উনদুনা শকখঙ মায়খঙনজগে হায়বদু লাইয়াম্লসু তাইবং মীওইগী শক্তম লৌরগা লাক্লগে, অহোং কুম্মৈ তৌদুনা ফমিন্নরগা, চামিন থকমিন্নদুনা ৱারি ৱাতাই শান্নদুনা নোকমিন্নসি নুংঙাইমিন্নসি হায়রকখি। অসুম হায়না হায়নদুনা অফবা অশেংবা নুমিৎ অমাদা লাইয়াম শুনা তিল্লক্লবদা মারজীংনা লাইয়াম ময়ামদা য়েংলগা পাউমেন পীরকখি, - **"ঙসিগী তিনবিরিবা মৈতৈ লৈবাক্কী লাইয়াম পুম্নমক ঐখোয় ঐখোয়গী ইথৌদাং**

**পাংথোক্নবা হোৎনবদা লাইয়াম ঐখোয় পুম্নমক তোয়না তোয়না ঙনবা ফংদে। ঙন্নবগী তাঙ্গা ফংলিঙেদা নুংঙাইবা মপুং ফানবা অহোং কুম্মে তৌহৌসি। লাইয়াম ঐখোয় মীচং খায়নরগা শগোল কাংজৈদুম শান্নহৌসি।"** মসিদা লাইয়াম পুম্নমক্না য়ান্নরে। লাইয়াম ৭/৭ না পানা অমমম্ ওইরগা শগোল কাংজৈ কন্না শান্নখি। মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা লাইয়াম্না লম্বা লম্বা পান্নদুনা শান্নবা শগোল কাংজৈ অদু য়েংবদা নুংঙাইমনখ্রদুনা কাংজৈ কুম্মে য়েংলিবা লাইয়ামশিং অদু মীৎ কুপ্নখিদ্রে। অমগা অমগা থংননা ফমমিন্নরগসু মমায় মমায় ওনশিন্নদুনা ৱারি ৱাতাই শান্নবা ফংনখিদ্রে। অসুম তৌদুনা ঙাইহাক শান্নরগা শগোল কাংজৈ লোইরবা মতুংদা লাইয়াম পুন্না হরাওনা চামিন-থকমিন্নরে। লৈমা লাইস্নানা লাইয়াম পুম্নমক্না ঙনদুনা শকখঙ মায়খঙনরবদা লাইয়ামদু য়াম্না হরাওখি। লৈমা লাইস্না ইবেম্মা মহাকসু মনিং থুংদুনা হরাও তায়াম্মে। অসুম্না ঙন্নদুনা ৱারি ৱাতাই শান্নরবা মতুংদা মতম থেংজিল্লক্নুনা লাইয়ামশিংসু মাগী মাগী মফমদা হনখরে। লৈমা লাইস্না, নিংথৌ অনিসু মনাইশিংনা থৌগন তৌরগা কংলা কোনুংদা লেঙশিনখরে। পাখংবনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা চহি ৪৫ শুরকপদা শকাব্দ থিবা হৌখি। পাখংবসু মৈদিংঙু হায়নসু কৌখি। **পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা পানবা নিংথৌশিং অসি পাখংবগী মচা মশুনি হায়না খঙননবা মৈতৈ নিংথৌবু মৈদিংঙু হায়না কৌনৈ**। পাখংবনা মৈতৈ লৈবাক্তা চাকহোং ঙাহোংনা লৈবাক মরা তপ্না চহি ১২০ নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

\- - - - - -



**NONGDA LAIREN PAKHANGBA**

চীঙু পাঙ্গলবগী নুমিৎ লমতাগী ২৮নি

তাং ২১/০৩/১৯৭৪ ইং

# Chapter - 10

## KINGS OF MANIPUR

| Name | Period of reign (A.D.) | No. of Yrs./Months |
|---|---|---|
| Nongda Lairen Pakhangba | 33-154 | 121 |
| Khuiyoi Tompok | 154-264 | 110 |
| Taothingmang | 264-364 | 100 |
| Khui Ningonba | 364-379 | 15 |
| Pengsiba | 379-394 | 15 |
| Kaokhangba | 394-411 | 17 |
| Naokhamba | 411-428 | 17 |
| Naophangba | 428-518 | 90 |
| Sameirang | 518-568 | 50 |
| Wura Konthouba | 568-658 | 90 |
| Naothingkhong | 663-763 | 100 |
| Khongtekcha | 763-773 | 10 |
| Keirencha | 784-799 | 15 |
| Yaraba | 799-821 | 22 |
| Ayangba | 821-910 | 89 |
| Ningthoucheng | 910-949 | 39 |
| Chenglie-Ipan-Lanthaba | 949-969 | 20 |
| Keiphaba Yanglon | 969-984 | 15 |
| Irengba | 984-1074 | 90 |
| Loiyumba | 1074-1112 | 48 |
| Loitongba | 1122-1150 | 28 |
| Atom Yoiremba | 1150-1163 | 13 |
| Iyanthaba | 1163-1195 | 32 |
| Thayanthaba | 1195-1231 | 36 |
| Chingthang Lanthaba | 1231-1242 | 11 |

| | | |
|---|---|---|
| Thingbai Shelhongba | 1242-1247 | 5 |
| Puranthaba | 1247-1263 | 16 |
| Khumomba | 1263-1278 | 15 |
| Moiramba | 1278-1302 | 24 |
| Thangbi Lanthaba | 1302-1324 | 22 |
| Kongyamba | 1324-1335 | 11 |
| Telheiba | 1335-1355 | 20 |
| Tonaba | 1355-1359 | 4 |
| Tabungba | 1339-1394 | 35 |
| Lairenba | 1394-1399 | 5 |
| Punsiba | 1404-1432 | 28 |
| Ningthoukhomba | 1432-1467 | 35 |
| Kyamba | 1467-1508 | 41 |
| Koiremba | 1508-1512 | 4 |
| Lamkhyamba | 1512-1523 | 11 |
| Nonginphaba | 1523-1524 | 1 |
| Kabomba | 1524-1542 | 18 |
| Tangjamba | 1542-1545 | 3 |
| Chalamba | 1545-1562 | 17 |
| Mugyamba | 1562-1597 | 35 |
| Khagemba | 1597-1652 | 55 |
| Khunjaoba | 1652-1666 | 14 |
| Paikhomba | 1666-1697 | 31 |
| Charairongba | 1697-1709 | 12 |
| Garibniwaj | 1709-1748 | 39 |
| Chitshai | 1748-1752 | 4 |
| Bharatsai | 1752-1753 | 1 |
| Maramba | 1753-1759 | 6 |
| Chingthangkhomba | 1759-1762 | 3 |
| Maramba | 1762-1763 | 1 |
| Chingthangkhomba | 1763-1798 | 35 |
| Labanyachandra | 1798-1801 | 3 |
| Madhuchandra | 1801-1803 | 2 |
| Chourjit | 1803-1813 | 10 |
| Marjit | 1813-1819 | 6 |
| Takuningthou(Herachandra) | 1819 | 1 |
| Yumjaotaba | 1820 | 1 |
| Gambhir Singha | 1821 | 6 months |
| Jai Singha | 1822 | 1 |

| | | |
|---|---|---|
| Jadu Singha (Nongpok Chinslenkhomba) | 1823 | 1 |
| Raghab Singha | 1823-1824 | 1 |
| Nongchup Lamgaingamba (Bhadrasing) | 1824 | 1 |
| Gambhir Singha (Chinglen Nongdrenkhomba) | 1825-1834 | 9 |
| Chandrakirti (Ningthempishak) | 1834-1844 | 10 |
| Nara Singha | 1844-1850 | 6 |
| Debendra Singha | 1850 | 3 months |
| Chandrakirti (K C.S.I.) | 1850-1886 | 36 |
| Surchandra | 1886-1890 | 4 |
| Kulachandra | 1890-1891 | 1 |
| Churachand Singha | 1891-1941 | 50 |
| Bodhachandra Singha | 1941-1955 | 14 |
| Okendro | 1955-1996 | 41 |
| Sanajaoba Singh | 1996 | |

*Meidingu means king, e.g. Meidingu Gambhir Singha*

----------

## GENERAL KNOWLEDGE

| | |
|---|---|
| State Emblem : | Kangla Sha |
| State Bird : | Nongyeen |
| State Animal : | Sangai |
| State Flower : | Siroi Lily |
| State Tree : | Uningthou |
| Largest District : | Churachanpur |
| Smallest District : | Bishnupur |
| Highly Populated Dist. : | Imphal West |
| Less Populated Dist. : | Tamenglong |
| The Lion of Manipur : | Bir Tikendrajit |
| Mahakavi : | Hijam Anganghal |
| Melody King : | Nongmaithem Pahari |
| Melody Queen : | Smt. Laishram Mema Devi |
| Tarzan of Manipur : | Irom Leikhendra |
| Bob : | Ralengnao Kathing |
| Jananeta (Leader of People) : | Hijam Irabo |
| Kaksu : | Meidigu Tonkonba |

| | |
|---|---|
| Thangal General : | Kangabam Chitananda Singha |
| Leipok Keirungba : | Leimapokpam Dev Singh |

**REFERENCE BOOK**

1. Mahavir Scripture
2. Buddhist Scripture
3. New Testament
4. Hindu Scripture
5. Sanamahi Scripture
6. Cheitharol Kumaba




-------------

## BOOKS BY THE SAME AUTHOR

1. **Animal Welfare Education** *(Manipuri Edition)*
2. **Muni Kishishingee Lairik** ₹ 50.00
3. **Spiritual Life** ₹ 50.00
4. **Animal Welfare** *(English Edition)* ₹ 50.00
5. **Mind Control** *(Manipuri Edition)* ₹ 75.00
6. How to become a great man ₹ 91.00
7. Why marriage went wrong ₹ 91.00



8. My Lord ₹ 75.00
9. Holy man ₹ 75.00
10. How to make friends & conversation ₹ 75.00


**Books can be ordered at:**

E-mail: dhirenakoijam@yahoo.com